মণিপুরগী ইতিহাসতা

# ইরাবত

জননেতা ইরাবত সিংহ

সেপ্তেম্বর ৩০, ১৮৯৬-সেপ্তেম্বর ২৬, ১৯৫১

# মণিপুরগী ইতিহাসতা
# ইরাবত

সোয়াম ছত্রধারি সিংহ

সোয়াম পব্লিকেশনস
ইম্ফাল, মণিপুর

অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৭২

চাম্নরক শুবা মপোক
নুমিৎ কুমওনগী হল্লাওবদা, চাওথোকলগা অনিরক শুবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৬



কোপি মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

লেজর তাইপসেতঃ
লময়ানবা প্রিন্টরস
কোনুং লমপাক
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১
মণিপুর।

নম্বীবা ঃ
সঙাই ওফসেতস প্রিন্টরস
সেগা রোদ, থৌদাভাবোক লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১
মণিপুর।

ফোঙজবা ঃ
সোয়াম পব্লিকেশনস
কাঙবম লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১
মণিপুর।



মমল ঃ ১০০ (লুপা চাম্মা)

## অহিবগী ৱাহৈ খরা

জননেতা ইরাবতনা নোঙ্গাখিবসি ইং শোক ১৯৫১ সেপ্তেম্বর ২৬ নি। চহি অসিগী ওক্তোবর থাগী মনুংদা কলকাতাদা ফোঙবা দৈনিক বাংলা খবর যুগান্তর পত্রিকা (নিতি চেফোং) ঐহাক্না গৌহাটিদগী পার্টি কনফরেন্স লোইদুনা শিলচরদগী প্লেন্না ইম্ফাল চৎনবা লাকপদা শিলচরদা লৈরিঙৈ যুগান্তর খবর অসি পারুবদা থেংনখি। পাও অদু থেংনরুবদা ঐহাক অসি অঙাওবগা করিমত্তা খেন্নদবা মীশক অমা ওইখি হায়বদা লালোই। ঐনা খবর থেংনবসি অয়ুক্কী পুঙ মাপন তারমদাইনি। শিলচর সেন্ত্রেল রোড চৎপদা চৎলি হায়বদু খঙখিদে। লম্বীদা কমরেড অচিন্ত ভট্টাচার্জ্জ্যদা খবর অদু উৎপদা মহাক্না হায়খি, মণিপুর য়ৌরগা অশেংবা পাও খঙগনি, নহাক মণিপুর হয়েংমক চৎনবা তৌরো হায়দুনা প্লেন টিকেৎ ককপীরে। ইম্ফাল য়ৌরবা ফাওবদা অশেংবা পাও ফংবা ঙমদ্রে। নভেম্বর থাখাই চল্লকপা মতমদা কমরেড বীর উনবদা পাও অসি শেংলে। অশেংবা পাও হেক ফংবদা ঐখোয় অনি লোন্না কপমিন্নখি। অদুবু মহাক্না হায়খি - কাওদ্রি ঐখোয় অনিদা ঙাংলবা ৱানি মীদি খঙহনখিদে। তাদ, কমরেড লমাবম ইবোতোম্বী (মামো) গা ঐখোয় অহুমদগী হেন্না কনামত্তা খঙহনবা য়াদে। পার্টি হেড কোৱাটরগী ৱা তাখিসি হায়না লৈনখি।

অশেংবা পাও অসি খঙবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবসি জননেতা ইরাবতকী পুন্সিগী ৱারী-ৱাখোঙ থিবা হৌরকখি। মহাক্না চৎলম্বা খুঙ্গং, লৈরম্বা ইমুং, তিন্নরম্বা মীশকশিং, অফংবা চে-চাং পার্টিগী সার্কুলর, কৃষক সভাগী সার্কুলর, অনৌবা যুগ কোপী, ভোলুন্টিয়ারশিংদা ইবা চিঠি অরৈ-অরৈবদগী খোমগৎপা হৌরকখি।

পার্টি সেন্ত্রেল কমিটিগা মুন্না খন্নরবা তুংদা ওফিসিয়েল ওইনা মণিপুর ষ্টেট কমিটি কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী স্পেসিয়েল কনফরেন্স এরিয়ান থিয়েটর হোলদা ইং শোক ১৯৫৯ গী জানুয়ারী ২৮-৩১ ফাওবা ফমখি। তাং ৩১ জানুয়ারী নোংয়াই মতুং পুঙ ০১ (ইংরেজী কেলেন্ডর তাং ১ ফেব্রুয়ারী ১৯৫৯ ইং নোং-মাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্কী পুঙ ০১) তাবদা ইরাবত শিরে হায়না কমরেড থোকচোম বীর সিংহ, সেক্রেটরী (এম, এস, সি/সি, পি, আই) না ডেলিগেৎ সেসন্দা লাওথোকখি। পাও অসি লাওথোকপগা লোয়ননা সেসন অদু লোইশিনখি।

ইরাবত শিরে হায়না লাওথোক্রবা তুংদা, মণিপুরগী রাজনিতি দল অমদি অতৈ সংস্থানশিং জাৎ-বিজাৎ দলাদলি খায়দনা প্রজাগী ওইনা ইরাবত স্মৃটি উৎসব সমিটি অমা শেমখি। শ্রী নোংমাইথেম থানিল সিংহ, শ্রী অয়েকপম বীরমঙ্গোল সিংহ, শ্রী মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র সিংহ মথংশিংনা সমিটিগী প্রসিডেন্ট, সেক্রেটরী অমসুং কেশিয়ার খনখি। থৌরম মপুং ফানবগীদমক্তা ফন্দ খোমজনবা ড্রামা চেরিটি শো লৌনবা শ্রী ময়াংলম্বম বীরমঙ্গোল সিংহদা শিন্নখি। ইরাবতকী পুন্সি ৱারী ইননবা অইবা ঐঙোন্দা শিন্নখি।

সমিটি অসিনা তাং ৬ মার্চ্চ ১৯৫৯ ইং অসি হরীসঙ্কীর্ত্তনগা লোয়ননা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক্তা পাঙথোক্লবা থৌরাং তৌখি। হরীসঙ্কীর্ত্তনদি ঠাকুরবাড়ী মাণ্ডপ্তা লৈবাক্লা শক খঙলবা ওঝা ঙাঙোম যুগেন্দ্রনা ইশৈ শক্লগা ওঝা নোংমাইথেম ব্রজবিধুসিংহ অমসুং হাওবম গোপালমচা সিংহ অনিনা পুঙগী থৌগল তৌদুনা হরীসঙ্কীর্ত্তন পাঙথোকই।

হরিসঙ্কীত্তন য়াওনা লৈবাক্লা শকখঙলবা বেন পার্টিগী ওঝা মৈনম কামিনি অমসুং কৈশাম অঙাংহল সিংহনচিংবগী বেন পার্টিনা থৌগল তৌদুনা ইরাবতকী অয়েকপা ফোটো পুদুনা মণিপুরগী কাচিন কোয়াদগী নুপী নুপা হুপ্তুনা ইম্ফালগী অকোয়বদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক্তা মীয়ামগী মীটিন অমা তৌদুনা অৱাবা ফোঙদোকখি।

কমিউনিষ্ট পার্টিগী চেফোঙ চয়োলগী **অনৌবা মণিপুর** (ইরাবত স্পেসিয়েল ইশু) হিজম ইরাবতকী পুন্সিগী অশম্বা ইতিহাস অইবনা খোমজিনবা অসিনা ইরাবত পুন্সিগী ইতিহাস অহানবনি।

মথংদা অইবা ইশানা ইরাবত বার্থদে সেলেব্রেসন কমিটিগী সেক্রেটরী ওইদুনা কুম খুদিং সেপ্তেম্বর ৩০ থৌরম পাংথোক্তুনা লাকখি। ইং শোক ১৯৭২ গী বার্থ দে সেলেব্রেসন এম, ডি, ইউ, হোলদা শ্রী এলাংবম তোমপোক সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখিবা ফংসন্দা মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবত পেজ ৭৬ পানবা লাইরিক অমা ফোঙখি। মদুনা অনিশুবনি।

অহুমশুবা লাইরিক অসি ফাওবা ফোঙনবগী চঙশিল্লকপা থৌরাংদা পাঙজখিদ্রবা ঐনা হোৎনজরকপসি শোক ১৯৫৯ ইংদগী কুম খুদিংগী শরক শিহন্দনা ইরাবত বার্থ সেলেব্রেসন কমিটিনা, মফম হোং-হোংদুনা অমদি মণিপুরগী ৱাংমা শিলচর ডিষ্ট্রিক লাইব্রেরী হোলদা মণিপুরদগী কলচরেল ট্রুপ পুদুনা অমদি ত্রিপুরাগী কলচরেল ট্রুপ কাছাড়গী (অখন্নবা আই, পি, টি, এ, স্কাদ কা লোয়ননা নুমিৎ নিনি সেপ্তেম্বর ২৯-৩০, ১৯৮৮ ইংদা পাঙথোকখি।

মণিপুরগী খুঙ্গং খুদিং জাৎ-বিজাৎ খায়দনা ইরাবতনা য়ৌরম-লৈরম্বা অমসুং মণিপুরগী ৱাংমা কাছাড়গী খুঙ্গংশিংদা মরুওইবা কমিউনিষ্ট পার্টি লুচিংবা কয়াদগী মখোয়না অখঙবা রাজনিতিগী লমদা অমদি মহাক্কী লমচৎ-শাজৎ অখঙবা ৱারী হুং জরুই। মখোয়না খঙবা বারী খিবিক করিগুম্বা অমত্তা থুপ্তুনা লীবিরকখি।

লাইরিক অসি ইবদা থৌনা হাপ্পীখিবা মহাসভা হৌদোকপদগী লোয়নরকখিবা শ্রী লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ এক্স এম, পি, ইরাবত বীপ্লবিনি হায়বসি মহাক্কী ভাবন্দা ময়েক শেংনা তাকপীরম্মী। সবর্ব শ্রী বঙ্কবীহারী শর্ম্মা, কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, নোংমৈকাপম গোপাল সিংহ, নোংমৈকাপম নবকিশ্বর সিংহ, নোংমৈকাপম ইবোচৌ সিংহ, মিঃ তেবা কিলোং এক্স মিনিষ্টর, মিঃ কখংগাই এক্স এম, এল, এ, মিঃ মথিওহোম এক্স কমিশনার, মিঃ চীখোং কবুই, মিঃ এ, ডাইহো এক্স মিনিষ্টর,

মিঃ য়ংমাশো শৈজ্যা এক্স চিফ মিনিষ্টর প্রোঃ রিয়াজনচিংবনা ফংসন্দা ভাষন পীবিরম্বা ৱারী কয়াদগী খোমজিনজবগা লোয়ননা, (১) নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা, শ্রী লোইতাম য়াইমা সিংহ, শ্রী রাজকুমার মাইপাকসনা সিংহ (২) মণিপুর প্রজা সম্মেলোনি অমসুং অনিশুবা নুপীলাল, শ্রী লাইখুরাম ইবোবী, (৩) লুচিং পুরেল ইরাবতকী পাউজেল, ইরাবত মেমোরিয়েল ট্রষ্ট, (৪) ষ্ট্রগল ওফ দি সুর্মা ভেলী পীজেন্ত্রী বাই:- সর্ববশ্রী বীরেশ মিশ্র প্রানেশ বিশ্বাস, অচিন্ত্য ভট্রাচার্জ্য, ওল ইন্দিয়া কিষান সভা না ফোঙবা (৫) কমরেড ইরাবত, ৮৪ শুবা মপোক কুমওন পালনগা মরি লৈননা ছাত্র ফেডরেসন অমদি য়ুথ ফেডরেসন্না পুথোকচবা অখন্নবা চেফোঙ অসিনচিংবদগী মতেং লৌখি। কমরেড মৈত্রম শামু সিংহ সেক্রেটরী মনিপুর ষ্টেট কমিটি। সি, পি, আই (মার্কসিস) অমসুং কমরেড ৱাইখোম কুল্লা, থাংজম লিলা সিংহ, মাইবম বসন্তকুমার, অরাম্বম নিপামচা, হৈস্নাম ইবোসিং, লোংজম গ্যানেন অমসুং থাংজম বাবু অসিনচিংবদগী ব্রম্মাগী মমল য়ামলবা ৱারী কয়া ফংখি। পুন্নমক্কী মথক্তা শ্রী য়ুম্নাম বুদ্ধি সিংহ মরুপ অসিনা ইরাবত পোকফম (ইংখোল) পিশুমথোং ওইনাম লৈকাই, নোংথোম্বম লৈরক্কী ইংখোলদা ঐবু পুদুনা তাকপীখি। ইংখোল অসিদা হৌজিকমক লৈরিবসি ৱাংখৈ মৈরাবগী মশুশিংনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগী থৌরাং চঙশিল্লকপদা ক্ষেত্রি শান্তা, ৱাই রত্তন-নচিংবনা টাইপ কোপী লৌথোকপীখি। ইবা মতমদা ঐগী খুৎই শিন্দোকহনখিবী কুমারী ওইনাম থোইবী দেবীদগী মমল য়ান্নবা মতেং ফংখি।

ইরাবত সেন্টর ফোর মার্কসিস্ট ষ্টদিজগী থৌপুবা শ্রী নুংলেপ্পম শ্যামকন্হাইনা কলকতা মুজাফর অহমদ পাঠঘরদগী অরিবা মেগাজিনশিংদগী ফোটো খরা লৌবিরকখিবগী থাগৎচরি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি য়ান্না ফজনা নম্বীবগী অহকপা দায়িত্ব পুস্বা লৌবিরিবা লময়ানবা প্রিন্টরসপু থাগৎচরি।

সোয়াম ছত্রধারি

## অহানবা শরুক

পিশুমদগী মোইরাংখোমদা ইরাবত ১
মণিপুরগী অহানবা নুপী লান ৩
ছাত্রগী স্ট্রাইক ৫
ভোলুনটিয়র ৫
লৈপুং ফম্বা ৬
খুন্নাইগী লোনচৎ ৮
ফুরুপকী ফিজোল ৮
নাৎকী চৎন-লোন ৯
লাইনিংথৌ খুভম ১১
মৈতৈগী য়ুমওং ১১
ঢাকাদা ইরাবত ১৩
শোক ১৯১৫ দা ইরাবত ১৫
মণিপুরগী অহানবা বি,এ ১৬
শান্নবগী ইহৌদা ইরাবত ১৬
আর্ট অমসুং কলচরগী মীৎয়েংদা ইরাবত ২০
মণিপুরী সাহিত্য ২৪
জর্নেলিজমদা ইরাবত ২৭
সাসনগী মওং ২৮
ব্রহ্মসভা ২৯
ফোর্সি লেবর ৩১
ইডুকেশনগী ইহৌ ৩২
তাইবং ইচেল ৩৫
রাজনিতীগী লম্বীদা ইরাবত ৩৬
কলচরেল রিভোল্যুশন ৪১
নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা রাজনিতি দল ৪৬
লৌমীগী অন্দলোন (কৃষক সভা) ৪৯
আইন অমান্য অন্দলোন ৫১
নুপী লান ডিসেম্বর ১২ ৫৩
মণিপুর প্রজা সম্মেলোনী অমসুং অনিসুবা নুপী লান ৫৫
পব্লিক মিটিং ৫৫

**অনিশুবা শরুক**

জেল রিফোর্ম ৫৮
শিলেৎ জেলদা ইরাবত ৫৯
কাছাড়দা ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ ৬১
চয়োল অমগী ইস্মালদা ইরাবত ৬৪
আসাম এসেমব্লীদা ইরাবত ৬৪
৯শুবা কিষান অধীবেসন ৬৫
মহিলা আত্মারক্ষা সমিটি ৬৬

**অহুমশুবা শরুক**

অনিশুবা কৃষক সভা অধীবেশন ৭০
মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ ৭০
মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস ৭০
অনৌবা যুগ ৭১
ইরাবতকী রাজনিতি ৱাখললোন
অমসুং মণিপুরগী রাজনিতিগী ফীরেপ ৭৩
বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী পোলিষি হোংলকপা ৭৬
মণিপুর রাজনিতিগী অহোংবা ৭৭
দরবার মুথৎপা ৭৭
ইন্টরিম কাউন্সিল ৭৮
লাংদাই সরকারগী মন্ত্রিমন্ডল অমসুং পুগদবা ডিপার্টমেন্ট ৭৮
১৫ আগষ্ট ১৯৪৭ ইং ৭৮
মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কাংখোং চাইবা ৭৯
ইউনাইটেড ফ্রন্টকী লমজিং ৮১
এসেমব্লী ইলেকসন্দা ইরাবত ৮২
মণিপুরদা কমিউনিষ্ট পার্টি ৮৪
মণিপুরগী ইতিহাসতা সেপ্তেম্বর ২১ ৮৫
এন্টি পুর্ব্নিচল দে ৮৫
জন-নেতা ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ ৮৭
রিপ্রেসন ৮৭
মণিপুর এসেমব্লী ৮৯
মীখলদগী কারকপা দলশিংগী শক্তম ৯০
মণিপুর ভারতনা লৌশিনখ্রে ৯১
কেকু লোৎপী ৯২
ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগী পোলিষি খেন্নরকপা ৯৩
পুলিশ রিপ্রেসন ৯৫
ব্রহ্মাদা ইরাবত ৯৭

# অহানবা শরুক

খা-নোংপোক এশিয়াদা, ভারতকী নোংপোক ঙমখৈদা, স্কোয়ার কিলোমিটর ২২,৩২৭ পাক চাওবা লমদম, চীংলোন মাপলনা কোয়না লানবন ওইদুনা ঙাকশেনবা, নিং-খা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা, তোমথিন ঙান্দুনা লৈরম্বা মণিপুর সনা লৈপাক্নি। মথৌনা মরিংজেল লৈবা-লৈবী, শা-লান্দা থৌবা-থৌবী কয়া পোকপী মণিপুর সনা লৈপাক্নি।

শোক ১৮৯১ ইংদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুরবু খুদুম চন্নবা লান্দারকপা মতমদা মণিপুরগী লান্মীশিংনা মরৈপাক মজাতিবু কন্নবা বৃটিশকী মায়োক্তা অকনবা লাম্থেংনখি। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী মখুত্তা লান মায়থিদুনা মণিপুরবু বৃটিশনা খুদুম চনখিরম্মী।

য়েরুবা অমবু খুদুম চল্লবদি অমুক হন্না মঙক হাইগৎলক্তনবা নেৎথদুনা থম্বা, প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবা হায়বসি মহৌশানি। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুর প্রজা মীয়ামগী থৱায় অমসুং পুন্সি পুন্নমক শুপ্লায় পায়শিন্দুনা খা-রায় খংদনা অওক-ওকথোং তৌদুনা ওৎ-নৈবা মতম্নি। ইম্ফালগী মরুওইবা লমদা লৈবা লৈকায় কয়ামরুম তাম্থোক্তুনা পানগদৌরিবা সরকার অদুগী শাসনগী খুদোং চানবা লমশিং অদু লৌশিন্দুনা ইহাঙ-হাঙনা (রিজার্ব) তৌশিনখিরম্মী।

তাম্থোকখিবা লৈকায়শিং অদুগী মনুংদা হিজম লৈকায়শু য়াওখিরম্মী। হিজম লৈকায়না লৈরম্লিবা মফম অসি য়াইস্কুল পুলিসলেন মণিপুর রাইফলস কোলোনি মফম অসিনি।

লৈকায় হুপ্না তাম্থোক্লক্লবা মীপুম খুদিংমক খা-রায় খংদনা লাঞ্জেন্নদুনা চেন্নরবা পলেপফম খঙদ্রবা মতম অদুদা শ্রী হিজম ইবুংঙোহল সিংহনা চংজফম লৌরিবা মফম অসি নম্বুল মপাল পিশুমথোং ওইনাম লৈকায়দা লৈবা শাগৈগী মতোন শ্রী হিজম লোকনাথ সিংহগী য়ুমদনি। মফম অদুদা মতম খরা শাইদাংদুনা পুন্সি লেনখিরম্মী। শ্রী লোকনাথ সিংহ লৈপাক্না শক খঙবা অফাওবা পুং য়ৈবা ওঝানি।

শ্রী ইবুংঙোহল সিংহ মহাক্কী লোয়নবী শ্রীমতি চোংথাম চনু থম্বাল ঙাংবী দেবী অনিনা মতম অদুগী লৈপাক খুনাইগী শক্তমদা শুফম নোম্ফম খংদনা লেনবা, শেম্ছোক লৈতবা, লায়রবগী পনখৈ মখাদা লৈবা য়ুম্বান কৈবান খুদোং চাদবা অমা ওইরমখি। য়াম্না ৱানা নংনা খাঙদুনা লেনবা পুন্সি ওইবনা মশাগী ইংখোল লেপশিন্দুনা তোঙানবা ময়ুম মকৈ শাদুনা য়ুম্লিংবগী পাঙ্গল লৈরমদবা মীশক অমা ওইরমখি। মহাক্কী শাগৈগী মতোন অদুগী মমাঙ শঙ্গোইদা খাজিনদুনা মতম লেন্নবা য়ুম্বাল ওইনা লৈরমখিরম্মী।

ইবুংঙোহল অমসুং থম্বালঙাংবী মতমদুগী খুনাইদুদা অৱাবা খুদোংথিবা কয়া লাম্ছেংনদুনা পুন্সি লেন্লিঙৈ সেপ্তেম্বর ৩০, ১৮৯৬ ইং য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মখোয় অনিগী অমত্তা ঙায়জরবা মপারী জণ নেতা হিজম ইরাবত পোকখি।

ইরাবতকী অপোকপা শ্রী ইবুংঙোহল সিংহ লৈত-লায়রবগী চৈনা-চৈথেং খাঙবা ৱারকপদগী শেম্ছোক লম্বী থিবা ময়ুম থাদোক্লুনা মণিপুর ৱাংমা ঔৱা লৈপাক (ব্রহ্মা) তান্না চৎখিরম্মী। মতম পংশাং শাংদনা কবোদগী থোরকপগা শ্রী ইবুংঙোহল নোঙ্গাখ্রে। শ্রীমতি থম্বালঙাংবী লৈত-লায়রা মৈখু মরক্তা হিংনবগী লাম্ছেংনদুনা পিক্লিবা মচানুপা ইরাবতপু তুংগী অচৌবা থাজবা অমগা লোয়ননা নাওয়োক্লকখি। মীনোক চাওবা মৈতৈ খুন্নাইনি। মচাবু মী অমা ওইহন্নবগীদমক্তা নহা ওইবী মমানা মৈতৈ নুপীগী মরিংজেল মথৌনা ফুদোক্লুনা মীনোক চাওবা মৈতৈ খুন্নাইগা লাম্ছেংনদুনা কৈরোই লৈকায়দা মীগী ফৌশু লংদুনা অমদি ইমুং মনুংগী থবক ইনখাং নোমদুনা মচাবু নাওকোল্লকখি।

## পিশুমদগী মোইরাংখোমদা ইরাবত

ইরাবত লেপ্পা কোয়না চৎপা ঙল্লকপা মতমদা শ্রী ইবুংঙোহল সিংহগা পোকমিন্নবা মচননুপী শ্রীমতি হিজম নিঙোল সৌগাইজম ওংবী ইবেতোন দেবীনা মনম্মা থম্বালঙাংবী অমসুং ময়ানিপা ইরাবত মমা-মচা অনিবু লৌশিন্দুনা মহাক্কী ময়ুম মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈকায়দা নাওয়োক্লকখি।

শ্রীমতি ইবেতোন দেবীগী মপুরোইবা শ্রী সৌগাইজম ইবোচৌ সিংহ মতম অদুগী অঙম অথৌশিংগী মনুংদা অমনি। শ্রী সিংহ মণিপুর স্টেটকী ডরবার মেম্বরনি।

থম্বাল ঙাংবীনা মচাবু মতম শাংনা নাওকোনবা ঙমখিদ্রে। অমত্তা ঙায়জরবা নুংশিরবা মচানুপাবু "নঙগী নপুন্সিগী হিংনবা লম্বী থিজহৌরো" হায়বা মতাগুম পুন্সিগী কায়নরগদবা মচানি হায়দুনা নুংশিনা চিংনা মচাদা অরোয়বা ওইনা য়েং লম্নগা ইরাবতকী অপোকপী মমা চোংথাম চনু থম্বালঙাংবী নোঙ্গাখ্রে।

ইরাবত লৈত-লায়রবা ইমুংদা চংদুনা পোক্লুবগী মথক্তা নৌনা অপোকপা-অপোকপী অনিমক কায়নখিদুনা পিতৎ-পাতৎপা মচা অমা ওইনা চাওরকখি। মহাক্না হন্না য়েংথোরকপদা মনে নত্তুনা কন্না উরকত্রবা মতমদা মীরোল খজিক তারকপদগী হৌনা মশাদা অৱাবা চৈনা-চৈথেং খাঙদুনা লাকখিরম্মী।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা তঙ-তাদবা পুন্সি অমা ওইনা মতম অদুগী খুন্নাইগী শক্তম অদুগী মায়োক্তা লাম্ছেংনদুনা লাকখি।

ইরাবত লাইরিক-লাইশু তম্বগী মনুং মতম চারক্লে। পেটিগ্র পাঠশালা (এল পি) দা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌরে। স্কুল তম্মিন্নরিবা ছাত্র মমান্নবশিংদগী থোইনা তুং শোত্থরক্তবা অমা ওইরকখি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা লমচৎ-শাজৎ, থকশি-খাশি অমসুং হৌন-লোনচৎ খঙনা চৎলকপা মীশক অমা ওইরকখি। ওঝানা তাকপি-তম্বিবা লাইরিক্কী পাড়া য়াম্না পুক্লিং চঙনা তাবা, তাক্লিবা পাড়া অদু খঙননবা হোৎনবা ছাত্রশিংগী মনুংদা ইরাবতনি।

## মণিপূরগী অহানৰা নুপী লান

জন নেতা ইরাবত বিপ্লবী অমা ওইনা পোক্লকখি, হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। শোক ১৯০৪ ইং মণিপুরগী অহানবা নুপী লান থোকখি। নুপী লান থোকখিবগী ৱাহৌদি শোক ১৮৯১ ইংদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুরবু খুদুম চনশিনখিবা মতুং চহি তরাহুমদোই চংলকপা মতমনি। মণিপুর প্রজা মীয়াম্বু বৃটিশনা খা-রায় খঙদনা থক-খা তূনা ওৎ-নৈবা মতমনি। মতম অদুদা সাহেবকী বাঙ্গলা মৈ চাকখিরম্মী। হায়রিবা বাঙ্গলা অদু ৱায়ুম ইনা কুপ্পনি। বাঙ্গলা মৈ চাকখিবদু মদুদা লৈরিবা সাহেব অদুগী মশাগী চেকশিনবা ৱাৎপা অমসুং মৈদা কয়া চেকশিন্দবদগী ওইরম্বসু য়াই। মতম অদুগী সরকার অদুনদি মীওই খরা লৌতুনরগা মৈ অদু থাবনি হায়না লৌরম্মী। বাঙ্গলা মৈ থারম্লীবা লিখুন অদু থিবা খংদবদগী ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা প্রজা পুম্নমক্কী মথক্তা পোৎমাঙ-চৈমাঙগী অমাঙ-অতা কুপথৎনবা (ক্ষেতিপুরন) কলেক্তিব ফাইন জোরিমনা ওইনা নুপা মখৈনা ময়ুম ময়ুমদগী ৱা, ই, পায়া অমসুং মপোৎ মচৈ পুম্নমক পুথোক্লুনা অনৌবা বাঙ্গলা অমা শাদুনা শিংগদবনি হায়না ওর্ডর (হুকুম) অমা থোক্লকখিরম্মী।

সাহেবকী অনৌবা বাঙ্গলা অদু শাননবগীদমক্তা ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা নুপা খুদিংমক্না মহাক-মহাক্কী ময়ুম ইংখোলদগী ৱা, ই, পায়া অমসুং খুৎশু-খুৎলায়গা লোয়ননা হায়গৎনরকখিরম্মী। মতম অদুদা নুপী মীয়াম হৌদুনা সাহেবকী বাঙ্গলা শারুবা য়ারোই, সরকারগী ওর্ডর চৎনবা য়ারোই, বাঙ্গলা মৈ থারম্লিবা মীশক অদু ফারগা মত্তিক চাবা চৈরাক পীগদবনি হায়না মণিপুরগী নুপী মীয়াম্না লান হৌরক্তুনা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী সরকার অদুগী মায়োক্তা লাম্থেংনরকখিরম্মী। নুপাশিং অদুনা পুরক্লিবা ৱা, ই, অমসুং পায়া পুন্নমক অদু নুপী মীয়াম্না মুল্লগা নম্বুল তুরেলদা থাদখিরম্মী। বাঙ্গলা শাফমদগী নুপা মখৈসু নুপী মীয়াম্না হৌদুনা তানখায়দুনা নুপাশিং অদুনা শিজিন্নরম্লিবা খুৎশু-খুৎলায় পুন্নমক মুন্দুনা অমসুং লৈরম্লিবা মপোৎ মচৈ পুন্নমক চাইখাইদুনা "নুপী লান্মী" মীয়াম্না থিংখিরম্মী। নুপী মীয়ামগী লানজং অদু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী সিপাহীশিংনা মায়োক্নবা ঙমখিদে। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদ সরকার অদুগী তমথিরবা অহকপা ওর্ডর অদু হেনফদনা হন্দোকপা তাখি।

হায়রিবা নুমিৎ অসি ইরাবত মফম খঙদনা মাঙখিবা নুমিৎ ওইরমখি। মশাগী চহি ৮ চঙলকপা মতম্নি। লৈবাক ইরাং হৌবা নুমিৎনি। লানলক অদুদা মনে ইবেতোম্বীনা "ইরাবত! ইরাবত" হায়না কৌদুনা কোয়থি থিরকপদা ফংলকমন্দবদগী লৈকায়গী মী থাদুনা থিহল্লুবদা পিক্লিবা ইরাবত খুদৈ অমা শেৎ, খুদৈ-ফুরিৎ অমা লিৎ অকি-তুজুংলবা নুপী লানগী শক্তম অদুগী মরক্তা মশাদা নিংহন্নবা অমসুং অকিবা অমত্তা পোক্তনা অঙাং মতিক নক্তনা য়াওশিন্দুনা লৈরমখিরম্মী। মহাকপু থিরক্লিবা মীশক অদুনা মহাক্না তৌরম্লিবা মতৌ অদু উরুবমক্তদা য়াম্না ঙক্না থোকখিরম্মী।

মহাক্কী চহি মতাং অদুদা মমালৈবাক্কীদমক্তা য়েক্নবগী মায়োক্তা লৈতুম অমতং ওইরবসু খুল্লগা হুল্লকপা বিপ্লবীনি। মৈতৈ অহল লমনশিংগী পাউরৌ-পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংগী মপুঙ্গিগী তুংগী ওইরক্কদবা শক্তমদি মমাগী মতম্বাক্তা লৈরিঙৈ নিঙথাদগী খঙই-হায়বা ৱাহৈ অসি মতম পুন্নমক্তা চুমদুনা লৈরগদবা ৱাহৈনি। *

---

* ৱাফম অসি মনে ইবেতোম্না লিবিরম্বনি

## ছাত্রগী স্ট্রাইক

ইরাবত জোনষ্টোর্ন স্কুলদা মথং লাইরিক তমথরকখি। লাইরিক লাইশু মহৈ মশিং তম্বদা য়ামনা ৱানা নংনা তম্লকখি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা আউৎ বুক পানিংবা, লাইরিক পাবদা পুক্নিং য়াম্না চংলম্মী। জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লকপা ছাত্রশিংগী মনুংদা মেরিৎ লৈবগী মনুং চন্দুনা লাকখিরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হিরম খুদিংদা লমজিংবা অমা ওইরকখি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস ফাইভ তম্লিঙৈ মতমদা ওঝা অমনা ছাত্র ৱারকপা মতমদা চুম্না ৱারকপদা নত্তনা খোং পাক্না কাওখি। ওঝা অদুগী কা হেনজিনবা অদুবু নিন্দা তৌদুনা ইরাবতনা লুচিং দুনা অকি-অখং লৈতনা ছাত্রশিংগী মরক্তা ইহৌ শাগত্তুনা স্কুল পুম্নমক ষ্ট্রাইক তৌখি। ছাত্র পুম্নমক্ কী অকনবা ইহৌ অদুদা স্কুল ওথোরিতিনা ওঝা অদুবু ছাত্রশিংদা লাক্লে হায়না হায়জহনখি। ষ্ট্রাইক অদু ছাত্রশিংনা মায় পাক্না লোইশিনখিরম্মী। মণিপুরদা ছাত্রশিংগী ষ্ট্রাইক মদুনা অহানবনি। বিপ্লবী অসিবু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ষ্ট্রাইক অদুদগী হৌনা মীকুপ-নাহুম শিংনা চেকশিন্না য়েংবা হৌরকখিরম্মী।

ছাত্রগী ষ্ট্রাইক মায় পাক্ত পাংথোকখিবগা ইরোইননা ইরাবতনা লুচিংদুনা ছাত্রশিংগী স্কাউদ অমা লিংখৎখি। মণিপুরদা ছাত্রশিংগী সংস্থান মদুনা অহানবনি। ছাত্রশিংগী স্কাউদনা মতম অদুগী লৈবাক্কী অৱা-অনা, মৈহৌ-লাংপোক অমসুং ঈশিং-ঈচাওনচিংবা অৱাবা তারবা লৈবাক মীয়ামগী তেংবাংবগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। স্কাউদকী মরুওইবা থৌরমদি সোসিয়েল সার্ভিসনি। †

## ভোলুনটিয়র

মনিপুরদা সেবা-সমিটি হায়না লৈরম্বা অদুনা ভোলুনটিয়ার সংষ্ঠানগী অহানবা লময়ানবনি। ইরাবতনা সংষ্ঠান অসি লিংখৎনবগী চংশিল্লকপা থৌরাংদা মীওইবা খুন্নায়বু অৱা-অনাদা মতেং পাংনিংবা মহাক্কা তিন্নবা মরুপ মপাংশিংগী অপুনবা

† ৱাফম অসি শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহোন সিংহ এম এ, বি এল,এক্স এম পিনা তাকপিরম্বনি

মীফম অমা ফমদুনা মীওইবা খুন্নায়গী অৱা-অনাদা মতেং পাংনবা সেবা সমিটি ভোলুনটিয়ার সংষ্ঠান অমা লিংখৎখিরম্মী।

সেবা সমিটি অসিদা পুক্লিং চংনা থবক নোমলম্বশিং মনুংদা ইরাবতকা লোয়ননা সর্ববশ্রী সোরোখাইবম থম্বৌ সিংহ, হিজম অঙাংহল সিংহ, লোংজম বীজয় সিংহ, লাইশ্রম কনহাই সিংহ, তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহ, এলাংবম তোম্পোক সিংহ, পোৎশংবম তোমাল সিংহ, খ্বাইরাকপম তোমচা সিংহ অসিনচিংবশিং অহিং নুংথিল খাক্তনা থৌ পুরম্মী। লৈবাক্কী অৱা-অনা মৈহৌ লাংপোক, ঈশিং-ঈচাও থোকপা মফমদা সেবা সমিটিগী ভোলুনটিয়ার মফম অদুদা হান্না থুংলম্মী।

চহিগী মৈতৈ খুন্নাইগী বারুনি চীং কাবসি, অহল, নহা, লৈশাবী, পাখং খাক্তনা অহিং তুম্নদনা কান্নরিবসি মৈহৌরোলদগীনি। মতম অদুদা লম্বী-থোং হৌজিক ফরিবা অসুম্না ফরম্বা নত্তে। চীংকারোই কয়া খুদোংথিবা নংবা অৱা-অনা, অশোক অপন খীবিক অখং-অহৈ ডাক্তরশিংনা হিদাকনচিংবা য়াওনা বারুনি চীং খোংদা নোংমগী মমাংদা দমবুর খল্লগা কেম্প তৌদুনা সেবা সমিটিগী ভোলুনটিয়ারশিংনা চীংকারিবা মীশিংগী মতেং পীরম্মী। হায়রিবা সেবা সমিটি অসিনা মণিপুরগী অহানবা ভোলুনটিয়ার সংষ্ঠাননি। *

## লৈপুং ফম্বা

ইরাবত অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মতম অদুগী মণিপুর খুন্নাইগী "শক্তম" য়াম্না কুপ্না খঙনিঙনা থিগৎলকখিবা মীশক অমা ওইরকখি। ভারতবর্ষগী নোংপোক ঙমখৈদা নিংথৌ পানবা নিংখা তম্বা লৈপাক অমা ওইনা মালেম অসিদা পিকচরবসু হাইনা-হুন্না পাল্লকপা মণিপুর সনা লৈপাক্নি। মতৌ করম্না নিংখা তম্বা মাঙখিদুনা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী লোয়লম ওইদুনা মখোয়গী খুদুম মখাদা লৈরল্লিবনো? ৱাফম অসি অরায়বা ওইদে। মহাক্কী ৱাহং অসিগী ৱারী ৱাখোং কুপ্না খঙনবা মথক থোংবা অহল- লমন, অখঙ-অহৈশিংদগী থিজনবা মীওই ওইরকখি।

মতম অদুগী খুন্নাইগী লোনচত্তি ইকঙ থাগী নুংঙাইরবা মতমদা লৈকায় নত্রগা খুঙ্গংশিংদা নুংথিল নুমিদাংৱাইরম অসি লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংগী মচা মনাও মশক নাইবা মীওই মঙা তরা পুনশিন্নদুনা লৈপুঙ ফম্বা চৎনরম্মী। ফমফমদি লৈকাই নত্রগা খঙ্গংগী কাংজৈপুং নত্রগা উমাংলাই লমপাক্তনা নম্না ফম্নরম্মী। মতমদি নুংথিল নুমিদাং-ৱাইরমগী পুং মরি মঙাদগী নুমিদাং পুং তরামাথোই তরানিথোই তাবা ফাওবা ফম্নরম্মী। মতম অদুগী খুন্নাই অদু থকশি-খাশি ঙাক্না

* ৱাফম অসি শ্রীরাজকুমার মাধুরয্যজিৎ সিংহনা হায়বনি

চৎনরম্বা অকি-তুজুং থোইনা লৈরমদবা, ঙনবা থেঙবগী থোইনা খন্নরমদে। নুংঙাইরিমখৈ ৱারি শান্নদুনা ফম্নরম্বা মতম্নি।

হায়রিবা লৈপুং ফম্বসি কান্নদবা ৱারেম ঙাঙদুনা চাক ঙাইবগী মতম লেন্নবা পংফম ফম্বা নত্তে। লৈপাক খুন্নাইগী য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম হৌদোক্লদুনা খন্ন-নৈনরগা লৈপাক খুন্নাইগী কান্নবা লমজিং পুথোক্লদবা নত্তে। খুন্নাই অদুগী লৈপুং ফম্বা য়াওরক্তবা মীশিংবু মীথানরমদে। করিগুম্বা ৱাহৈ-ৱাতা তৌনরকপদা নোংমতা লৈপুংফম্বা য়াওরক্তবা নংগী নৱাবু লৌবা হৌনবরা হায়না হন্থবা মীৎয়েং য়েংনরম্মী।

লৈপুং-ফম্বদা মরু ওইনা নৈনরম্লিবা ৱাফমশিংদি হৌখিবা ইতিহাস, রাজনিতি, অর্থনিতি, সমাজিক, পুৱারি, লৈঙাক্লোন, নাৎকী চৎনলোন, লৈবাক খুন্নাইগী অশেংবা শক্তম খংনবা য়াম্না কুপ্পা থিজিনবা মীওইশিংদি লৈপুং-ফম্বা য়াওবা মীশক্লুনা ময়েক শেংনা খংবা ঙম্মী।

ইরাবত লৈপুং-ফম্বা অঙাং ওইনা মপুক্লিং চঙনা য়াম্না তোয়না য়াওরকপা মীশক অমা ওইরকখিরম্মী। মহাক অসি মথক-থোংবা অহল-লমনশিংনা পাখোন শীবদা নোংমত্তা মাই হায়রক্তবা মীশক অমা ওইরকখি। অহল-লমনশিংনা নৈনরিবা ৱারি-ৱাখোং য়াম্না পুক্লিং চঙনা খঙনিংনা তাশিনবা মীশক অমা ওইরকখি। মহাক্লা খঙদবা ৱাহৈ কয়া মথক থোংবা অহল-লমনশিংদা হং-হংদুনা ময়েক শেংনা খঙনবা হোৎনবা মীশক ওইরকখি।

মতম অদুগী লৈপুং-ফম্বা অদু হৌজিক্কী খুন্নাই মীরোন্নদি করিসু লৈতনা য়াম্না লায়না খল্লম্বা য়াই। য়াম্না কুপথনা হঙ্গৎনা য়েংবা মীশক্লদি তরাই তরাই লৌরোই। অনৌবা খুন্নাই অমগী য়াওন পুরক্লবা ৱাখল লৌশিং পোরম য়াৎপনি হায়না লৌগনি। হৌজিক্কী খুন্নাই অসিদি ক্লবতা ফমদুনা ৱাতানরি। মতমদুগী খুন্নাইনা ফম্ফম য়ুম লৈতবা মরম্না লমহাংদা ফমদুনা ৱাতানবা অসিনি খেন্নরিবসি। হৌজিক্কী ক্লবতা ফমদুনা ৱাতানরিবসিদি মালেম অসিগী ই-পাউ খুদক-খুদক্তা

খণ্ডবা ঙম্বগী খুৎলাই মরাং কায়না মাঙদা থমদুনা খন্নবনি। শন্না হায়রবদা, পাউ-চে কয়াগী মথক্তা রেদিও, তেলিভিজন, অথু অকায়গী টেলিফোন অসিনচিংবা। মতম অদুগী খুন্নাইদি - পাউ-চেনি হায়দুনা চে মচেৎ অমা ফাওবা উদবা মতমনি।

## খুন্নাইগী লোনচৎ

মতম অদুগী খুন্নাইগী লোনচত্তা চুন্না লৈপুং ফম্বা য়াওবা লাক্লবা মীওইশিংগী মনুংদা হান্না লাক্লুনা ফমদুনা লৈরম্বা মীওইশিংদা পীকপা-চাওবা, অহল-নহা খায়দনা কোন্না লাকপা মীওইশিংনা খুড় লৈতোনা কুম্নগা "ঐহাক খরদং থেঙখ্রে" হায়না খুরুম্বসি চৎনবিনি। অহল-নহা, থকশি-খাশি অশুক্কি মতিক ফজনা চৎনরম্মী। করিগুম্বা মতমদা হরাও-কুম্মৈগুম্বা মফমদা নহা অমনা ফমদুনা লৈরম্বা ফীদা মথক থোংবা অহন অমনা কোন্না লাকপা থোক্লবদি অহন অদুগী ফমফম ফীদা লৈতবা উবদা নহা অদুনা হৌগত্তুনা মহাক্কী ফমফম ফীদা অদুদা চংশিনদুনা ফমহনবসি চৎনবিনি।

লংফৈ চৎমিন্নবদা খরা নহা ওইবা অদুনা মথক থোংবা চৎমিন্নরিবা অদুগী পুরিবা পোৎশিংদু নহা অদুনা পুগনি। অহিং য়ারেক্তুনা লৈবা তারবসু নহা অদুনা চাক থোংবা অমসুং চাবা থক্পা লোইরগা লুখাক-চগুম শেংবা অমসুং কোল্লিক ফেংবা অসি নহাদুগী মথৌনি।

মীনুংশি চাওবা মৈতৈ ফুরুপনি। মীরৈবাক্তগী কনাগুম্বা মীওইশিং লাকপদা লায়রজরবা মহাক্না অরৈবা লৈজবা খরনা পেলহন্নবা হোৎনজদুনা ইরাৎচবসি চৎনবিনি।

## ফুরুপকী ফিজোল

মালেম অসিদা লৈরিবা মীওই পুন্নমক অসি মশা-মশাগী ফীজেৎ চাকচানা ফুরুপ অদুগী মশক তাকই হায়বসি লান্দবা ৱাহৈ ওইগনি।

মৈতৈ ফুরুপ ঐখোয়গী ফিজোল মীরৈপাক্তগী তাংদনা মৈতৈ ইমুং ইমুং খুদিংদগী ইমা-ইবেনশিংনা পুথোকপা ফি-লোন্না মরাং কায়না শিজিন্নদুনা হিংলক্লি হায়বদা অরানবা ৱাহৈ ওইরোই।

মৈতৈ ইমা-ইবেন, অহল ওইরবীশিংনা অহিং-নুংথিল নাইদনা ইরমদমদা থোকচবা শিনৌ-লশিং মতিক চানা শেম-শারগা য়ুমথোংগী কপত্রেংদা তক্লগা লশিং কাপোন্দা হুইত্রিনা কাপথোক্লগা মোইথাপ নাইদুনা পুথোক্লকপা লং লংদুম অদুনা য়ুমথোং খুদিংগী ইয়োংদা পুথোকপা ফিনা মরাং কায়না শিজিন্নরকখিরম্মী।

মাঙলমচৎতগী হৌনা মৈতৈ ইমাশিংনা শাবা ফি মীরৈপাক্লা পাম্লরকই হায়বসি হেনজিনবা ৱাহৈ ওইরোই।

মতম অদুগী খুনাইদা নুপাশিংনা শেৎলম্বা ফিজোলদি অনাইলংগী ফৈজোম খোংদাইনি। নুপানা নাদা নাইন য়ান্নরম্মী, শম লেংপাক ফাওবা শাংনা থাক্লরম্মী। অনাইলং ঙবোং ইন্নরম্মী। ফৈজোম ফীজেৎতি কপত্রেং ফীজেৎনি।

ওইগী ফৈগন্দা ফৈজোম খোংদাই অতায়বা পরেংদু তাহল্লগা শেৎনরম্মী। খুদৈনা খাওন ওন্নরম্মী, ফুরিৎ লিৎনরমদে। চৎথোকপদা কোয়েৎ শলাই য়েৎলি। লিচৈ মরু পায়নৈ। খোংউপ তোংলমদে, নিংথম থাদা উগী খুপ্রাং তোংনরম্মী।

অঙম অথৌশিংনা ফী চাংখ্রং তাবীনা কোয়েৎ ফৈয়েৎ য়েৎনরম্মী। ফুরিৎ খুৎনা তুবা পুময়াৎ অমদি থবাক খায়দোকপী লৌখাও ফুরিৎকী মওং লিৎনরম্মী।

মতমদুগী য়াওন মতুং ইন্না ভারতবর্ষ অসি বৃটিশকী লোয়লম ওইদুনা ভারতবর্ষগী পোৎথোক মাঙহল্লগা বিলাতকী পোৎনা মহুৎ শিনখ্রবনিনা মণিপুরসু বৃটিশকী লোয়লম ওইরবনিনা বিলাতকী পোৎশিংনা তপ্না-তপ্না মহুৎ শিনজিল্লক্লুনা মণিপুরগী লশিং পোৎথোক তপ্ন-তপ্ন মাঙখিরম্মী। নুপাশিংগী ফীজোল অয়ুক-নুংথিল শেৎলম্বা ফৈজোম শোক ১৯৪২ ইংদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা মণিপুরদা জাপান্না থাদখিবা অহানবা বোমগী মতুংদগীদি মণিপুরগী নুপা পুম্নমক্কী ফীজোল পুমহোঙ হোঙখ্রে। ফৈজোমগী মহুত্তা খোংগ্রাওনা তপ্ন-তপ্ন মহুৎ শিনখ্রে। নাৎকী ওইবা থৌরমশিংদদি ফৈজোমবু ইকাই খুম্নরি।

মৈতৈ ফুরুপকী নুপীশিংগী ফিজোলদি মহৌশাদগী ফনেক ইন্নফীনা ফিজেৎ লৈতেংলকই। অঙনবা খুনাইদদি ফুরিৎ লিৎনরমদে। লৈশাবী মপুং ফারক্লগা ফিদোন চীংখত্নুনা শেৎনরম্মী। অয়ুক-নুংদাংলৈবদা ফি মতুপ অমা ইন্দুনা লৈ। শম্না শাই ক্কই। খোংউপ খুরুম শিজিন্নদে ।

মতমগী য়াওন মতুং ইন্না অপাম্বা খুলোয়বা থিনরকপদা লৈশাবী পুম্নমক শম শাই ককপগী মহুত্তা খোমগৎনরে। ফিজোলদি ফুরুপকী শক্তম ঙাক্লা শেৎলি।

## নাৎকী চৎন-লোন

মণিপুর হায়রগা চীং অসুং তম্পাক অনিগী অপুনবা শক্তমবু খঙনৈ। লৈপাক অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকপা লৈপাকচা (প্রজা) শিং অমদি চীংদা

চীংমীশিংনা মপুংদা খুনদা লৈতারকখি। তম্পাক্তা খুন্দারিবশিংগী মনুংদা মৈতৈ ফুরুপ্পা মপুংনি।

মণিপুরগী অপুনবা মীশিংগী মনুংদা মৈতৈ ফুরুপ্পা চাদা ৭৫ নি হায়বা য়াই। মৈতৈ ফুরুপ্পা অতৈ ফুরুপশিংগী মীশিংদগী মীশিং হেন্না তাবা মণিপুর লৈপাক্লি। মণিপুরগী নিংথৌদি মৈতৈ ফুরুপকী মঙাং শলাইনা ওইদুনা লাকই। মণিপুর লৈপাক অসিদা লৈরিবা লৈপাকচা ফুরুপ পুন্নমক্না মৈহৌরোলদগী ঐখোয়গী ইনিংথৌনি হায়দুনা ইকায় খুম্নদুনা লাকমিন্নরকখি।

লোনদি মৈতৈলোনবু লৈবাক অসিগী মিংগী মতুং ইন্না মণিপুরী লোন হায়না খঙনরক্লি। মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈরিবা লৈবাকচা ঐখোয় খুদিংমক্না মণিপুরী লোন অসিনা চৎনলোন (লৈবাক্কী লোন) ওইনা য়েৎনবা লৈতনা লাক্লি।

মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈরিবা ফুরুপশিংগী মনুংদা মৈতৈ ফুরুপ নাৎ(ধর্ম্ম)গী চৎন-লোনচত্তি হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মনি। হিন্দুগী লাই খুদিংমক লাৎলি। মপুংদি "রাধা-কৃষ্ণ" অমদি "গৌড়চন্দ্র-মহাপ্রভু" গী শক্তম (মুর্ত্তি) শাদুনা লাইশং মনুংদা সিংহাসন মথক্তা থমদুনা লাৎনৈ। হায়রিবা লাইশিং অসি মৈতৈ অমত্তনা লাই অদুবু হকথেঙননা লাইশঙ মনুঙদা চংলগা লাইগী থৌগল তৌবা য়াদে। লাইগী থৌগলদি ব্রাম্মনশিংগী তুংগী চারোন-শুরোন ফাওবা হিংনবগী লম্বী ফজনা য়াত্তুনা থম্মী।

লৈকাই, খুঙ্গং নত্রগা কনাগুম্বা মরনাই লাৎচবা মীওইশিংনা লাইগী লৌ ইংখোল অমসুং ব্রাম্মন অদুগী লৈনবা য়ুম-কৈ শাদুনা পীবা অসি হেনফদনা চৎনরম্মী। লাইগী লৌ ইংখোলবু "দেউটর" হায়নসু খংনৈ। লাইগী মরল মথুম পুন্নমক লাইগী থৌগল (সেবা) তৌরিবা ব্রাম্মন অদুগী মরন্নি হায়না লৌবা য়াই।

চহিগী গোবর্দ্ধন পুজা নুমিত্তা চাকনৌ কৎপসি নাৎকী চৎনবী ওইরকই। নুমিৎ অসিদা লৈকায় অমদি খুঙ্গংগী য়ুমথোং খুদিংনা ফৌনৌ শংবাই অমা অনি অমসুং কুম অমগী ইংখোলদা হৌবা অনৌ-অপেন অরৈবা পুন্নমক অথেনপোৎ শেমদুনা লাইগী হান্না কৎত্রিফাওবা কনা অমত্তনা ময়ুম ইংখোলদা হৌই হায়দুনা পৎ-থত্তুনা চানদে।

হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন মতুং ইন্না কনা কনাগুম্বনা মহৈ চাওই হায়দুনা হরাও-কুম্মৈদা চীংলগসু রাস, ষনশেনবা (গোস্ট), উদুখোল, গৌড়লিলা,

কালিদমন্নচিংবা শেল চঙনা লিংখৎনদুনা মচা-মশু, নিংঙোল অমসুং পিবাশিংবু কনানা রাধা শাহল্লি। কনানা মকোকচিংবী কনানা কৃষ্ণ অমসুং কনানা মহাপ্রভু শাহল্লি মতৌ অশুন্না মশা-মশাগী অপাম্বা লম্বী মতুং ইন্না কৎনৈ। মালেম অসিদা লৈবা মৈতৈ ফুরুপ পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা হিন্দু ধৰ্ম্মগী লাইনিং-লাইশোন অসিনা পুন্দুনা লাক্লি হায়বসি অরানবা ৱাহে ওইরোই।

হিন্দু বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম অসি ভারতবর্ষগী অতৈ ফুরুপশিংদগী মণিপুরী ফুরুপ্পা লোনচৎ কুপসিনবসি হেল্লি হায়বা, ৱাহে অসি, থোইদোক্লা হেনজিনবা ওইরোইদ্রা হায়না লৌই।

## লাইনিংথৌ খুভম

মৈতৈ ফুরুপ্পা হিন্দু বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী লাইনিং-লাইশোন লৌরবসু মৈতৈগী হৌরকফমদি খক মী রাইরক্তে। মেহৌরোন্দগী নাৎকী চৎনলোনগী মতুং ইন্না মৈতৈগী য়ুমথোং খুদিংগী লাইনিংথৌ "সনামহি" অমসুং "ইমা লৈমলেন" খুভম থমদুনা নোংমা কাংদনা মৈ-মেক্রপ (ধুপ-থাওমৈ) কৎতুনা ইরাৎ থৌনিজরকলি। পাখংবা-উমংলাই, অমাইবা-অমাইবী অখং-অহে য়াওনা লাইপৌচোংদুনা জগোই-ঈশৈ থৌগল তৌদুনা নাহারোলশিংনা নাৎকী মশান্না মুক্লা-কাংজৈ শান্নদুনা লাইপুংদা খুঙ্গং অমসুং লৈকায় লৈকায়দা লাই হরাওদুনা লাইগী থৌগল তৌদুনা ইরাৎ থৌনিজদুনা লাক্লি।

## মৈতৈগী য়ুমওং

মৈতৈশিংগী য়ুমওং অমসুং য়ুমশা-কৈশা অসি অতৈ ফুরুপশিংদগী তোপ-তোপ্পি হায়বদা লাল্লোই। মৈতৈশিংগী ইংখোলগী শক্তমদি মরাকপুদি ময়ুংনা শাংই। য়ুমওংদি য়ুমজাও লাইখন তাবা, মায়োন্না নোংপোক ওল্লি। য়ুমজাও অয়াম্বা কা মঙা চাওবনা নম্না শানৈ। মরন মথুম লৈবা অঙম অথৌশিংনা কা তরেৎ, কা মাপল মহাক মহাক্কী মতিক মথৌনা মতুং ইন্না শানৈ। য়ুমগী নোংপোক্তা মাঙ্গোন থম্মী।

মতম নুংঙাইরিঙৈ চীং-অগী পোখোক মরাঙ কায়রিঙৈ মতম ওইরম্বনা মশক শেংবা অখন্নবা উ-ৱানা মশক থোক্লা চংখোন্না শানরম্মী। শুম-তাও চাদবা উ-ৱা, উইন মখোং উপুন্না য়ুম্বী মখোং ওইরগা উনিংথৌনা লোয়রি লোয়খাং ওইদুনা মাঙ্গোলগী শরুক্তা শুকতু-খাঙেন চন্দুনা শানৈ। শুম-তাও চাররোইদবা শনৈবীগী অরিবা ইতিংলবা হুমদাংৱা ৱাচেৎনা চংখোন্না কায়রংলগা তুমনৌ নাকুপ্পীনা ইখা থাদুনা কুপ্পা য়ুমশিং অদু য়ামদ্রবদা চহি নিফুদি নোং মরিক অমত্তা ফাওবা য়ুরমদে হায়না শীংথানরম্মী।

মতম অদুগী য়ুমশিংদু য়োৎপী চঙদে, লীতনা পুল্লগা শারম্মী। য়ুমগী থোঙজাও চনবসু য়োৎপী অমত্তা চঙদে। য়োৎপীগী মহুত্তা ৱা-শনৈবী অরিবনা

হুই-লেংদুনা শানরম্মী। য়ুমশিং অদু অশুক্কী মতিক ফজৈ। মাঙ্গোল উখোকতেনগী ফক্লাং কিবদা য়াইরী তংখায়না চং থোক্না পুল্লি। ফক্লাং লৈমু তৈনৈ।

য়ুমগী মোইরাং লাইজিদা লাইনিংথৌ সনা মহি খুভম থম্মী। মোইরাং লাইজিবু শন-থোং হায়নৈ। য়ুমগী ময়াই কাদা ফুঙ্গা থম্মী। ফুঙ্গাগী মনিং থংবা মৈরি-লাম্বা মায়কৈদা ফুঙ্গা লাইরু তোংতক্না থম্মী। ফুঙ্গাগী মপা অৱাংদা লৈমরেন খুভম থম্মী। চাকখুমদা কৌব্রু লাইজি, অহলগী চাক চাফম, মচা পাখংগী, নিংঙোলগী অশুম্না নিংঙোলকা-পিবাকা। মাঙ্গোলগী ফম্মেনদা অহনগী ফীদা থাই। থোংজিল ময়ানা মচা নিপা পাখংগী। অৱাং থংবা কানা নিংঙোনগী শিন শুফম, পাং ইয়োং নত্রগা খ্বাংগী ফি শাফম থম্নে।

ইংখোলগী মনুংদা ঈশিংগীদমক্তা পুখ্রি অমা থম্বসি হেনফদবনি। পুখ্রি অসি ইংখোলগী চীংখৈ পাংবদা তৌনৈ। শুমাং মরাং কায়না থম্মী। মমাং শঙ্গোই শাবা হেনফদবা ওইনৈ। য়ুমজাও অমদি মমাং শঙ্গোইগী শুমাং ময়ায়দা “তুলশী” পামবী থাগনি। য়ুমগী নিংঙোল মৌশিংনা তুম্বা হৌগৎপা, ৱায়শিৎ-ৱায়শেং লোইরগা মমায় মমিৎ তাথোক্তুনা ইরুজথোক্লগা তুলশী মখোংৱায় তৈগনি। ঈশিং অশেংবনা তুলশী পাম্বী চাইগনি। লোয়ননা তুলশী মচুম থক্কনি। মাঙ্গোলদা নুমিত্তা ঈশিং খুজাই অমা, শেমপাক্তা তুলশী অমসুং লৈ হাপ্লগা ধুপ-থাওমৈ কৎতুনা নুমিৎ খুরুম্বা অসি মৈতৈ ফুরুপকী চৎন লোনচৎনি। কনাগুম্বা ইমুংগী অসি-অনা য়াওবা থোক্লবসু পুথোকপা মাঙ্গোলগী অৱাং থংবা নাকথদা পুথোক্কনি। শুমাংদা তুলশী মখোং খাঙেনফমদা খাংপোক শঙ শাদুনা শঙ মনুংদা কোক অৱাং ওন্না থম্বসি চৎনলোন্নি। পোৎলোয়বদি শিংখন তরেৎ শেম্লগা মথক্তা চন্দুৱা (ধাকন) খনগনি। মৈ চুবসি মচা নিপা অহলনা হান্না চুরগা পোৎলোয়বসি নাৎকী চৎনলোনচৎনি।

মতৌ অসুম্না মৈহৌরোনদগী মৈতৈ ফুরুপকী নাৎকী চৎন-লোনচৎ অসি ঙসি ফাওবদা চৎথরী।

## ঢাকাদা ইরাবত

ইরাবত মনিপুরগী জোন্সটোন হায় স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাওবা লাইরিক তম্লম্মী।

মহাকপু অৱাংবা থাক্কী লাইরিক তমহন্নবগীদমক্তা মনে ইবেতোম্না পোরম অমা য়াৎলকখিরম্মী। মদুদি শ্রীমতি ইবেতোন দেবীনা পোকপা মচানিপা অহল, শ্রী সৌগাইজম সোমোরেন্দ্র সিংহ (সনাজাওবা) অৱাঙবা থাক্কী লাইরিক তমহন্নবগীদমক্তা, মনিপুরগী ৱাংমা নোংপোক বাঙ্গলা ঢাকা সহর (হৌজিক্কী বঙ্গ লাদেশকী কেপিতেল) দা থাখিরম্মী।

মতম অদুগী খুনাই অদু মৈতৈ মচা অমনা, মণিপুরগী ৱাংমদা লাইরিক তম্বা থারম্বা হায়বসি অরায়বা থবক অমা ওইরমদে। মরমদি মৈতৈশিংনা ঐখোয় অৱাঙবা থাক্কী ফুরুপনি, অচৌবা শাগৈনি, হিন্দু বৈষ্ণব, ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌবা মরমনা, য়াম্না নাপল অমগা লোয়ননা হিংলম্মী। ধর্ম্মদা অশুককী মতিক থাজরম্মী। গৌরিয়া অসুককী মতিক কন্নরম্মী, মদুদি নোংঙাম্বগী নোংমগী ইরুজদ্রবদি, ঈশিং ফনা খৌরাংলবসু থক্তনা খাঙনরম্মী। মরবাক (ননমণিপুরী) শিংনা শোকপা ঈশিং অয়ুক্কী মায়মিৎ তাবা চিন-য়া তেংবা ফাওবা তৌনরমদে। মীতৈ মচাগী মনুংদা ফাওবা, শাগৈ অচৌ পিশক খায়দুনা চামিন থকমিন্নরমদবা মতমনি। গৌরিয়া চত্তবা ধর্ম্ম "লাইনিং লম্বী" তিন্নদবা কনাগুম্বা অমত্তা, মৈতৈশিংগী য়ুম মাঙোল কাহল্লমদে। মীগা মীগা অশুক্কী মতিক খেৎননা য়েংনরম্বা মতম অমা ওইরমমী।

শ্রী সোমোরেন্দ্র সিংহ মীরৈবাক্তা, মীতৈ মচা কনা উদবা মফমদা, য়ুম অমদা মরোমদোম লৈদুনা, নোংঙাম্বগা ইরুজথোক্তুনা ফিশেং হোংদুনা, ঈশিং অশেংবা শোকতুনা মরম্নাই চাক থোংদুনা চারগা, লুখাক চগুম শেং কোল-লিক ফেঙদুনা লোইশিল্লগা, লাইরিক তম্বা হায়বশি অরাইবা থবক অমা ওইরমদে। শ্রীসিংহনা খুদোংচাদবা থবক থৌরম খুদিংমক ময়ুমদা খংহল্লম্মী।

মচানিপাগী ৱাফম অদুগী মতুং ইন্না শ্রীমতি ইবেতোম্না ময়ানিপা ইরাবতপু ঢাকাদা ময়াম্বা সোমোরেন্দ্রগী মনাক্তা থাখিনবা মপুরোইবগা খন্নরমখি। মরম চাবা ৱাফমনি, মীতোপ অমা থাবগী মহুৎতা ইরাবত মরম অনী থোক্লা কান্নরে। মহাক্কী

অম্বাংবা থাক্কী লাইরিক তম্বগী খুদোংচাবসু ফংজবা হায়বসি শ্রীইবোচৌবা সিংহগীসু অপাম্বা ওইরমখি। ইরাবত ঢাকাদা, শ্রীসোমোরেন্দ্র সিংহগী মনাক্তা থাগ্রে। ঢাকাগী পৃগোজ হায় স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক মখা তমথখি।

ইরাবত ময়াম্বা শ্রীসোমোরেন্দ্র সিংহ মচিন মনাও য়ুম অমদা চাকখুম লিং লগা লৈমিন্নদুনা লাইরিক তম্মীন্নরকখি। মচিন মনাও লৈমিন্নবা অদুদা, অমুক হায়নরুবা তৌদনা চাক ঈশিং থোং-থাকপা কোলিক ফেংবা, ফিশু-ফিজাম্নচিংবা থবক পুন্নমক ইরাবতনা মহাক্কী থৌদাংনি হায়না লৌই। উহৌ খংহৌবগী মনুং দা, ইরাবত মরম মোকপা, চাক ঈশিং থোং-থাকপা, ফিশু-ফিজামদা হৈথোই শিং থোইবা মশা নাম্বা, মীওই অমা ওইরকখি।

মতম অদুগী খুন্নাইদু হৌজিক্কী খুন্নাইগা অশুক্কী মতিক খেৎনরে। মদুদি হৌজিক্কী খুন্নাইদি হোস্টেলদা লৈরিবা মহৈরোই পুন্নমক্কী অপুম্বা চাকখুম অমদা, শাগৈ জাৎ খায়দনা চাক ইনশাং থোংবা হৈবা মীওই অমনা থোংবা অদু পুন্নমক্না চামিন্নরি।

মতম অদুগী মৈতৈ খুন্নাইগী লোনচৎকী মতুং ইন্না, ইরুজরগা, ফিশেং শেৎলগা, চাক থোংই। চাক চারমদাইদা ইরুজরগা ফিশেং শেৎলগা চাই। য়ুম লং ফৈগী খেন্নবা লৈতে, মসি হেনফদবনি। মতৌ অসুম্না মণিপুরগী ব্রাংমদা মৈতৈ মচাশিংনা মহৈ মশিং তম্বা চৎপশিং পুন্নমক নাৎকী চৎনবি ঙাকপা হায়বশি, হেনফদবনি হায়না লৌনরম্মী। ইরাবত ঢাকাদা মহাকপু মনেনা লাইরিক তম্বা থাবশি মচু মকপা সনাবু সফরি লুপতুনা মচু লোকপা, থৌফাত্তবা থাং মথৌ শং বা ওইনা থোকখিরম্মী।

ঢাকাদা লাইরিক তমদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা, বৃটিশ মচা (সাহেব) শিংনা ভারত মচাশিংবু য়াম্না হম্বুবা মীৎয়েং য়েংবদু উবদা ইরাবত, মৈরি ব্রাংনা চাকপা মৈদা ঘী হৈজিম্বা ওইনা থোকখি, অদুক্কী মতিক মথ্বায় চাকখি। মতম অদু ভারত মচাশিংনা ভারতবর্ষবু নিংখা তমহন্নবগীদমক্তা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদ সরকারগী মথক্তা অকম্বা লালহৌ চংলম্বা মতমনি। বিপ্লবী ইহৌ ময়াম অদু উরকপদগী, মহাককী পুক্নীংদা লাইরিক তম্বনা মরু ওইবা থবক্কী হায়না লৌখিদ্রে।

মহাককী পুক্সিগী থৌরম পরেং য়াৎপা পুন্নমক ঢাকাদা লাইরিক তমদুনা লৈরিঙৈদা শেম্বা পুমলোই লোয়থোক্লমখিব্রা হায়বগী ব্রাহং অমা থমনিংই। ঢাকাদা লৈরিঙৈ মতম অদুদা, বংলা লৈপাককী মরৈপাকনিংবা বিপ্লবীশিং উনদুনা, মখোয়গা লোয়নদুনা ভারত নিংখা তম্বগী লানজংদা ইরাবত শরুক য়ারকখিবা মীশক অমা ওইরকখিব্রা? ব্রাহং অনি অসি থমনিংই। মরমদি ইং শোক ১৯১৩ - ১৫ ফাওবা ঢাকাদা লৈরিঙৈ মতম অসিদা লমদম অদুগী লমমিৎ-তুমিৎ পুন্নমক মতম মাং

হন্দনা খংজিন্বা, কোয়না চত্তুনা, লৈবাক অদুগী শাংনরিবা লোন, চৎন-লোনচৎ, ফীজেৎ-চাকচা য়ুম্বান-কৈবান, অমদি পাক-শন্না মরুপ-মপাং খংন-চান্নদুনা অমনা অমগী তেংবাংনবগী থৌরম য়াৎপনা ইরাবতকী মরু ওইবা থবক ওইরমখি।

ইরাবত ঢাকাদা শ্রীসোমোরেন্দ্র সিংহগা লোয়ননা, মচিন-মনাও লাইরিক তমদুনা লৈমিন্নবদু ৱাখল চাওনা খেনরকখিরম্মী। মরমদি শ্রী সোমোরেন্দ্রনা লাইরিক তম্বগী ৱাখলদা পুক্নিং চংলমখি। ইরাবতনা রাজনিতিদা পুক্নিং লুপলমখি। মচিন মনাও অনি অসিগী ৱাখল অসি খা-ৱাং চৎনরে। ইরাবতনা মীথা পোল্লগা, হিংদুনা লৈগদৌবগী শরুকপুদি নোংমতং ওইরবসু নিং-খা তম্লগা শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না খল্লমখি। মরম অদুনা মহাক্না য়াৎপা থবক থৌরম পরেংগী মরু ওইবদি, বৃটিশ সম্রাজ্যাবাদকী মায়োক্তা লানথেংনদুনা মরৈবাক মজাতিবু মনিং তমহন্বনি।

ইংশোক ১৯১৫ দা ইরাবত ঢাকাদগী মাঙখিরম্মী। লৈমিন্নরিবা ময়াম্বদা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা হায়রম্বা, তাক্রুম্বা, তৌখিরমদে। ময়াম্বা সোমোরেন্দ্রনা চুম্না মচৎথোককী মচৎথোক থোইনা থিরুবা তৌদনা লৈরমখি। হুমনি-মরিনি চুপ্না হল্লক্তরবদা, ময়াম্বনা ইরাবত ঐঙোন্দা করিমত্তা হায়রমদনা অমদি খংহল্লমদনা মফম খংদনা চৎখ্রে। মহাক য়ুমদা য়ৌরক্রবা হায়না ময়ুমদা চিঠি ইদুনা হংলকখিরম্মী।

ইরাবতকী মরুওইবা থবক থৌরম পরেংদি, মণিপুরগী ৱাংমদা খুন্দালৈতাদুনা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিং পুন্নমককী খোঙ্গুল লীদুনা, খুনথাং য়ৈনা চংদুনা মালেম অসিদা মৈতৈ পুন্নমককী খোঙ্গুল লীবনা মহাককী, থবককী, থৌরম পরেং ওইরমখি। বাঙ্গলা লৈপাক, ত্রিপুরা (তখেল), কছার, অসাম অসিনচিংবদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরিবা মৈতৈশিংগী, য়ুম্বাল কৈবাল হিংদুনা লৈরিবা খুৎহিং অসিমচিংবা পুন্নমক কুপ্না থিজিন-খোৎচিল্লমখি। ঢাকাদগী খোংশাল্লকপা থা ৪ রোমগী মতুংদা ইরাবত মণিপুর য়ৌরকখিরম্মী।

## শোক ১৯১৫ দা ইরাবত

ইরাবত শোক ১৯১৫ দা ঢাকাদা লাইরিক তমলম্বদগী তোক্তুনা মফম খঙদনা থা মরিরোম মাঙলুরবা মতুংদা মণিপুর য়ৌরকখি। মহাক মনেগী ময়ুম সৌগাইজমদা চংদ্রে। শ্রীমাইবম শমদেন সিংহ ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপানগী ময়ুমদা চংজফম লৌদুনা লৈরমখি। মহাক্না করিগীদমক্তা মনেগী ময়ুমদা চংদুনা লৈত্রিবনো? মনেনা মহাকপু মীরাইনা তৌদে। মহাক্না হেক পোকচবা মচাগা করিমত্তা মিৎয়েং খেনন্না য়েংদে। মনেনা মহাকপু অৱাঙবা থাককী মহৈ লাইরিক তমহননিংদুনা ঢাকাদা শেল তিংনা থারি। নুংশিনা তৌজবা ময়ানিপানি। মহাক্না করি পেন্দবা লৈদুনা মনেগী য়ুমদা চংদ্রিবনো? পাওখুম ৱারবা ৱাহংনি।

বিপ্লবী অসিনা ঢাকাদা লাইরিক তমদুনা লৈরিঙে, মহাককী পুন্সিগী তৌগদবা থবক থৌরম, চৎকদবা রাজনিতিগী লম্বী, খুনাইগী অনৌবা য়াওল (সমাজ বিপ্লব) অরোইবা ওইনা য়াত্তুনা শেমখিবা পরিংদা মনেগীদা লৈরবদি পাংথোকপদা অপন্বা থোককনি হায়না খন্বদগী ওইগনি হায়বদা অরানবা ওইরোই। মরমদি মনেগী মপুরোইবা, মহাককী মাম্মা ইবুংঙো মতম অদুগী লৈবাককী অঙম অথৌনি। মহাককী মাম্মা ইবুঙো শ্রীশৌগাইজম ইবোচৌ সিংহ মতম অদুদা সরকার অদুগী মণিপুর স্টেট দরবার মেম্বরনি। বিপ্লবী মহাক্তি, মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা মহাককী ৱাশক অমগা লোয়ননা কৎথোক্তুনা বিপ্লব অমগী ৱাখল, থৌরম পরেং য়াত্তুনা চং শিন্বা হৌরক্লবনি। থবক থৌরম পুন্নমক সরকারগী মায়োক্তা লানথেংনবগী লম্বী য়াৎতুনা চংশিল্লকপা মহাককী পুন্সিগী লম্বীদা, অথিংবা অকায়বা কয়া লাককনি খন্দুনা মনেগী মনাক্তা চংদুনা মনেদা অমুক য়েৎশিন্দুনা অৱাবা পিনিংদবা ওইগনি হায়বদা অরানবা ওইরোই। মরম অসিনা ইরাবত শ্রীশমদেন সিংহগী য়ুমদা চং জফম লৌদুনা লৈখিবা ওইগনি।

## মণিপুরগী অহান্বা বি এ

মণিপুর ইদুকেসনিস্টশিংগী ইতিহাশকী অহান্বা লমাই হাংদোকখিবা মীশক মণিপুর মচাশিংগী মনুংদা শ্রী সৌগায়জম সোমোরেন্দ্র সিংহ নি। মথক্তা পনখ্রে, মৈতৈ মচানা মপান্দা লৈদুনা লাইরিক তম্বগী চৈনা-চৈথেং, নাৎকি-চৎন লোনচৎ ঙাক্লা অৱাবা কয়া মায়োকন্দুনা লানথেংনরগা তম্বনি। শ্রীসোমোরেন্দ্র সিংহ ইং শোক ১৯২০ দা বি এ পাশ তৌখি। শ্রী সোমোরেন্দ্র সিংহ, শ্রীমতি হিজম নিঙোল সৌগাইজম ওংবী ইবেতোন দেবীগী অহান্বা মচানিপানি। মহাক ইংশোক ১৮৯৪ ইং জুলাইগী তারিক ১দা পোকই। মতম অদুদা মৈতৈ মচা অমনা মণিপুরগী ৱাং ম লংফৈদা লাইরিক তমলুরগা বি এ পাশ তৌদুনা থোরকপদা মণিপুরগী মীয়াম্না চাওথোক্লরম্বগা লোয়ননা হরাও মথোই কানখিরম্মী।

মতম অদুগীদি য়াম্না অতাঙবা ৱাফম অমা ওইনা থোকপনা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহরাজদা হঙ্গৎলুবদা, শ্রীযুৎনা সনা পুক্লিং পেনবিরদুনা, অৱাং সেকমাই ফাওবা বেন্দ পার্টি থাদুনা শ্রীসোমোরেন্দ্র সিংহবু ওকহনখি হায়না উহৌবা অহল লমনশিং না ৱারি লিবিরমখি। শ্রীমতি ইবেতোন দেবীনা মচানিপা অহলগুম্না, মহাককী নুং শিজরবা মবুং অহলনা পোকচবা মরাইবক থিরবা ময়ানিপা ইরাবতপুশু বি এ ওইহননিংজরম্বনি। বিপ্লবী মহাক্তি মনেগী ৱাখলগী ৱাংমদা চৎখ্রে।

## শাম্নবগী ইহৌদা ইরাবত

শান্নবগী ৱাফম অসি মখল অনি থোক্না খাইদোকপা য়ায়। অহান্বদা মৈতৈ ঐখোয়গী মৈহৌরোলদগী, নাৎকী লৈজরকপা মরুওইবা নাৎকী মশান্না খরগী মনুংদা পনবা য়াবদি - উমং লাই হরাওবদা অহললোন-নহারোন শীংনদুনা শান্নবা, পানা পানা শীংনদুনা শান্নবা অসি চৎনরকলী। মশান্না মখলশিংগী মনুংদা মরুওইনা শিংথাবা য়াবশিংদি-খোঙ কাংজৈ, মুক্না লমজেল, য়ুবী লাকপী, থৌরী চিংনবা, মাং জোং, চেনজোং, খোংজাই, খুউ যৈ চোংবা, নুঙ-শুক, তা লংবা অমশুং শগোল কাংজৈ অসিনচিংবা অকল অথৌশিংগী মশান্না।

অতোপ্পা মখলনা নাৎকী ফীজোল শেৎ চাদুনা, ফীজেৎ লৈতেংদুনা নুপী নুপা পুন্না শান্নমিন্নবগী মনুংদা কাং শান্নবা হায়বসি মালেম অসিদা তাঙন থোক্লবা নাৎকী অরেমবা তোপ তোপ্পা মশান্না অমনি। অথেন পোৎ শেম্নদুনা লান্নবা খুদোলপোৎ পীনদুনা অথোই অহেন তান্নদুনা চীংলেম্না শান্নবা মখলনি।

মসি পুন্নমককী মথক্তা হিয়াং তান্নবা হায়বসি মণিপুর সনা লৈবাককী অঙম অথৌ ফমনাইবশিংনা নাৎকী ফীজোল নিংথম শমজি, খামেন চৎপা শেৎতুনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা লৈবাকচা মীয়াম চোন্না তিনবদা তান্নহি তোংনরগা হিয়াং তান্নবা হায়বসি নাৎকী অথোইবা মশান্নগী মনুং চনবা কুম্মৈ মখল অমনি। মৈতৈ অহল লমনশিংগী ৱাহৈদা হিয়াং কুম্মৈগুমবনি হায়নরি। ইরাবত নাৎকী মশান্না মখলশিং অসি য়াম্ন ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা য়োকখৎলম্বা মীশকনি হায়বদা লাল্লোয়।

ইরাবত মৈতৈ নাৎকী শান্নবা মখলশিং অসিগী মনুংদা মহাক্না খ্বাইদগী পামনা মপুক্লিং চঙনা শান্নবশি খোঙ কাংজৈ অমসুং কাংনি হায়বদা লাল্লোয়। খোঙ কাংজৈ অমসুং কাং মখল অনি অসিগী মশক নাইবা অফবা শান্নরোইনি হায়না শিংথানৈ।

নোংমা কোনুং মনুংগী কাংজৈবুঙদা অহললোন-নহারোন শিঙনদুনা কাংজৈ শান্নরমখি। শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুরাচান্দ সিংহ কে সি এস আই সি বি ই কাংজৈবুঙদা লেঙথোক্নুনা কাংজৈ শান্নবদু মীৎয়েং তাবিখি। কাংজৈ খুৎ অনিগী মনুংদা নহারোল কাংজৈখুত্তা ইরাবত অমশুং শ্রীমাইবম ইবোতোন সিংহ অনি মীচং ওইমিন্নৈ। অহললোনগী মনুংদগী শান্নরোই অমনা মরম চাদনা ইরাবতপু ফুরমখি। ইরাবত মশাদা ফুরকলিবদু করিমত্তা থৌ-ৱা শাদনা শান্নরিবা অদুদা মপুক্লিং চঙনা থোইদবা য়াদে হায়না শান্নরমখি। পানজনশু থোইখি। মৈতৈ নাৎকী অকল অথৌশিংগী মশান্না খোঙ কাংজৈ য়াম্না পামজবা অফবা শান্নরোই অমা ওইরকখি হায়বসি নুমিৎ অদুদা মহাক্না চৈ চারবা ফাওবা মশাদা অশাওবা অমত্তা পোক্তনা ইঙনা তপ্না মপুক্লিং চঙনা শান্নখিবা অদুনা ময়েক শেংনা তাকলী।

শান্নবদু লোয়রগা মহারাজগী সনা নাক্তা চঙদুনা কাংজৈ খুৎ অনিমক্লা খুঁরুম্নরগা হৌগৎনরকপদা মহারাজনা নহারোল কাংজৈখুত্তা হংলমখি - ঙসিগী কাংজৈ শান্নবসি কনানা থোইখি? ৱাফম অসি নহারোল কাংজৈখুৎনা চঙকনরিঙৈদা ঙসিগী শাননবসি অতৈ কনানা থোইবা নত্তে ইরাবতনা থোইবনি। মতম অদু নিংথৌগী মঙালনা ফললিঙৈ, মহারাজমক্লা ইরাবতকী মীং পন্দুনা তাকপিরম্মী। মদুদি, ঙসিগী শান্নবা অদুদা অহললোন কাংজৈখুৎকী মনুংদগী শানরোই অমনা ইরাবত্তা ফুখিবদু মরম চাদনা ইরাবতনা ইচুম চুমবদা ফুখিবনি। কনাগুম্বা মচিং ফৎতবা শান্নরোই ওইরম্লবদি ওনশিন্নদুনা ফুনরগা শান্নবা ফাওবা তোকলম্বা য়াই। ইরাবতনা শানরোই অমগী গুন চেনবদগী মশাদা অশাওবা, ফিংগৎপা অমত্তা পোক্তনা শান্নবদগী পানজন থোইবনি। মহাক অসি অথোইবা শানরোই অমনি হায়না মহারাজমক্লা তাকপিরম্বা ৱাহৈনি।

ইরাবত অথোইবা অফবা কাং শানরোই অমনি। মহাকক্তা মীচং ওইমিন্নদুনা শান্নরকপশিংনা ঙসিফাওবা শিংথানরি। মহাক চেকফৈ তানবগী কাংফমদা শান্নে। ইরাবত মহাক্লা নিংথেম পুখ্রি মপালদা লৈরিঙৈ মতমদা ৱাংখৈ কাংখুৎকি চেকফৈতানবগী কাংফমদা শান্নে। মতম অদুদা ৱাংখৈ কাংখুৎ অসি য়াম্না মমিং চৎলম্মী। মহাককী শান্নবগী স্টাইল য়াম্না ফজৈ, মীনা তমজনিংঙাই ওই। মহাক য়াওনি হায়রবদি মহাককী খুৎকাপ খুৎশান্না য়েংনিংবা ভাবোক্লা পিক থল্লি হায়না ৱারিনরম্মী। নোংচুপলোমগী মশান্না অসি মণিপুরদা খরা থেঙনা চংলকখি। হোকী, ফুটবল, ক্রিকেৎ, বেদমিন্টন, ভোলিবল অসিনচিংবা শান্নবগী মখল অনৌবনি। হায়রিবা মখলশিং অসি নৌনা হৌদোক্তুনা শান্নবগী লময়ানবগী মনুংদা ইরাবত অমনি। মহাক শান্নবগী লমদা মখলশুনা খঙহৈবা অফবা শান্নরোই অমাওইরকখিবা মীশকনি। নোংচুপরোমগী মশান্না মখলশিং অসি মতম অদুগী নহাশিংবু লমজিং লমতাক্তুনা শান্নবগী ইহৌ পুখৎখিবা মীশক ওইরমখি। চুম্না শান্নবতা নত্তনা শান্নবগী সংস্থান লিংখৎতুনা মতম শাংনা তুংফাওবা লৈহৌনবা লমজিংলম্বা মীশকনি।

শোক ১৯২২ ইং জুন থাদ টাউন ক্লব লিংখৎলম্মী। মণিপুরদা শান্নবগী সংস্থান ক্লব লিংখৎখিবসি টাউন ক্লব অসিনা অহানবনি। অসিগী মমাংদা মণিপুরদা শান্নবগী ক্লব অমশুং টিম মীয়ামগী ওইবা অমত্তা লৈরমদে। ইরাবত ক্লব অসিগী ফাউন্দর মেম্বরনি অমশুং ক্লব অসিগী লুচিংবা শানরোইনি।

শোক ১৯২৭ ইংদা মণিপুরদা অহানবা ক্রিকেৎ টিম অমা লিংখৎখি। ইরাবত টিম অসিগী অফবা শানরোই অমা ওইরম্মী।

শোক ১৯২৮ ইংদা মণিপুরদা ইহান হানবা ফুটবল অমশুং হোকিগী টুর্নামেন্ট আসাম রাইফলসকী গ্রাউন্দদা শান্নবা হৌখি। ইরাবত ফুটবল অমসুং হোকি শান্নবা য়াওখি। মহাক টেনিস অমসুং বেদমিন্টনগী অফবা শান্নরোই অমা ওইরম্মী।

মহাক শান্নবা পামবা নহারোলশিংবু য়াম্না থৌগৎলম্মী। মতাং অসিদা পনবা য়াই মদুদি, শোক ১৯৩৬ ইংদা মণিপুর রাইফলসকী গ্রাউন্দদা হোকি টুরনামেন্ট তৌখি। মতম অদুদা মহাককী চহি ৪০ (নিফু) রোম শুরে, সদর পঞ্চায়েৎ মেম্বরনি। কোর্টতগী কুমলকলগা পোপুলার ক্লবগী অরাংবা য়ুনির্ফোম লিৎলগা খোংগ্রাও অককপা শেৎ খুৎতা হোকি স্টিক পায়দুনা কালিমাইগী অদোমদগী গ্রাউন্দ মনুং দা চংশিল্লকই। মদু উবদা ভাবোকশিং ইঙক ঙকনখি। মরমদি শান্নবা য়াওরিবা শান্নরোইশিং অদু চহি ২৪/২৫ গী মখা ঙাক্তনি। চহি ৪০ শুবা শান্নরোই অসি গ্রাউন্দা তানদ্রবনি, চুম্নগী নহারোলশিংবু শান্নবদা থৌগৎপা নত্তনা অদুবু অঙকপনি শান্নরোই অমগী শান্নফম থোকপা চপ চাবা শান্নরম্মী।

বেদমিন্টন শান্নবদা অথোইবা মশক নাইবা শানরোই অমা ওইরম্মী হায়বসি শ্রীরাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহনা মরিক চুম্বা ৱারি লিবিরকখি। মদুদি, শ্রীরাজকুমার বীরচন্দ্রজিৎ সিংহ (মপাবুং) অমসুং ইরাবত অহল অনিনা মীচং ওইমিন্নবা, নহারোলদা শ্রীনোংমাইথেম রেবতি সিংহ, অমদি শ্রীরাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহ অনিনা মীচং ওইমিন্নরগা শ্রীরাজকুমারগী শঙ্গাই জনমষ্ঠান দা শান্নমিন্নে। শান্নবদা অহল অনিবু নহানি হায়দুনা করিমত্তা লাকচবা হেনজিনবা য়াদে। পানজন মান্ননা পোবা থোইবা নাইনৈ। অশুম্না নোংচুপলোমগী মশান্নশিংদশু ফুটবল, হোকি, ক্রিকেৎ, টেনিস, বেদমিন্টন, ভোলিবোলনচিংবগী অফবা শানরোইনি। ইরাবতনা শ্রীহট (শিলেৎ) কী জেলদা লৈরিঙৈগী ৱারি তোঙানবা অমা মহাক্কা জেলদা লৈমিন্নরম্বা মৃনাল কান্টি দাসগুপতা কৌবা ভদ্রলোক অমনা ৱারি তৌরকখি। মহাককী ৱাহৈ চপ চাবা অদুদি - ইরাবত বাবুগা বেদমিন্টন শান্নমিন্নবদা জেল মনুং

* শান্নবগী ৱারী অসি মণিপুরগী থোইদোক হেন্দোক্লা শকনাইরবা নেশনেল প্লেয়ারশিং মথং শিৎনা সর্ব্বশ্রী মাইবম ইবোতোন সিংহ, নোংমাইথেম রেবতি সিংহ, রাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহ, সৌগাইজম বিরেন সিংহ নচিংবদগী ফংজবনি।

ইরাবত শান্নবতা নত্তনা নোংমৈ কাপ্পদা খুৎচুম্বা মীশকনি। মহাক শাফাবা শিকাব নচিংবা থোইদোকনা পামজবা মীশকনি হাইবদা লালোয়। ৱাফম অসি মমাক ইবুংঙো লাইশ্রম গৌরহরি সিংহদগী ফংজবনি।

অদুদা লৈবা হৈর হৈরবা মশক নাইবা প্লেয়ারশিংনা অমুক্তা থোইবা ঙমদে, মহাক্তনা থোই, মহাককী শান্নবগী স্টাইল অশুককী মতিক ফজে হায়না শিঙথানৈ। মহাক্লা শান্নবসি জেল স্টাফতা লৈরিবা পুম্নমক্লা থাগৎতবা অমত্তা য়াওদে। মহাক শান্নবতা নত্তনা রেকেদগী গদ তিংবদা ওনথোক্লা হৈখ্রে, অয়াম্বনা কুম্মৈ ওইনা য়েংই। মহাক থোইদোক হেন্দোকপা বেদমিন্টনগী প্লেয়ারনি।*

## আর্ট অমসুং কলচরগী মীৎয়েংদা ইরাবত

মণিপুর হায়বা সনা লৈবাক অসি, চীংলোন মাপলনা কোয়সিন্দুনা লৈবা, লম্বী থোংগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবা লমদমনি। মালেম অসিগী মফম অতৈগা ঈ-পাউ, চৎথোক-চৎশিন্দা অৱাবা কয়া মায়োক্নরম্লবসু কলচরগী মীৎয়েংদদি নাৎকী শুরবা জগোয় ঈশৈ অমদি হরাও কুম্মৈ কয়াদা পুক্লিং চংজবা লমদমনি। মতমগী খোংচৎ হোংলকপগী মতুং ইন্না ভারতবর্ষদা নোংচুপ কলচরগী ইথিল চংলকখিবসি ইংশোক ১৭৫৬ তা কলিকতাদা ষ্টেজ শেম-শাদুনা নোংচুপলোমগী থিয়েটরগী মওংদা শান্নবা হৌখিবদগীনি। অদুবু মণিপুরদদি ইহান হানবা ওইনা, মসিগী মওং গা মান্ননা, ইংশোক ১৯০২ দা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি বি ই - না "প্রভাস মিলন" কৌবা লীলা অমা বাংলা লোন্দা শান্নহনখি। মতুংদা ইং শোক ১৯০৫ দা বাবুপাড়াদা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা মণিপুর ফ্রেন্স ড্রামাতিক ইউনিয়ন হায়বা হোল অসি বাঙ্গালী ভদ্রলোক খরনা কন্না হোৎনদুনা শাখিবনি।

হায়রিবা হোল অসিদা বাংলা লোনদা লীলা পুম্না শান্নরম্বদু মৈতৈ মচা কয়ানা লীলা অয়াম্বদা পার্ট লৌই। মসিদা য়াওখিবা মরুওইবা মৈতৈ মচাশিংদি সবর্বশ্রী হিজম ইরাবত সিংহ, চিংঙাখম ময়ুরধজ্জ (অঙৌবী) সিংহ, রাজকুমার বিরচন্দ্র সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, অমসুং ডাক্তর লাইশ্রম কীর্ত্তি সিংহনি। মখোয়সি চুম্নগী পার্ট মচা মচাদা কুম্বা নত্তে। মপুং ওইবা পার্টশিংদা কুম্মী। মসিনা তাক্নে, ইরাবত য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা ড্রামা পাম্বা অমদি ড্রামা হৈবা মীশক অমা অদুম ওইরক্নে। মতম অদুগী লীলা পুম্বা বাংলা লোলদা ঙাক্তা শান্নবা মরম্না ভাবোকশিংনা মীৎয়েং অমদা লীলা য়েংনরম্মী। হায়বদি লীলা নুংঙাই নুংঙাইতে হায়বদু ফাওরবসু চুম্না মতম মতমগী আর্ট এক্তিং ফজবরা ফজদবরা হায়বদুদি কন্না ফাওবা ঙম্নরমদে হায়বা য়াই। অদুনা লীলাদা কুম্নিবা "মীশকশিংবু" ফজৈদা হায়বদগী হেন্না "হৈখ্রেদা" হায়বদি কয়া পন্নরমখিদে।

মথংদা মৈতৈলোনদা লীলা শান্নবা হৌরক্লবসু বাংলাগী খোনথোক্তা, শাওং শাদাদা অদুম শান্নবনা শারিবদু চুশিন্নব্রা চুশিন্নদব্রা থোইনা ময়েক শেংনা খং নরমখিদে। মমৈথংদা ইংশোক ১৯২৫ গী এপ্রিল ৩০ দা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মান্দবতা শ্রী লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী "নরসিংহ" কৌবা লীলা অমা মৈতৈগী চপ

চাবা খোনথোক্তা, শাজ্জৎতা, ফীজেত্তা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা শান্নহনখিবদগী আর্টিষ্টশিংগী মগুন ময়েক লানা খঙনবা হৌরকখিরম্মী। হায়রিবা লীলা অসিদা ইরাবত সিংহ মরৈপাক নিংবা মচা কুমুদ কী পার্টতা কুমখি। মসিদগী মহাক ড্রামা চংখোন্না হৈবা মীশক অমনি হায়বা লৈপাক্লা শিন থুংনা খঙনখি। মথংদা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা "গর্দ্দভ লাইয়া না কাল" হায়বা বাংলা বারি মৈতৈ লোনদা ড্রামা শেমদোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মান্দবতা শান্নহনখি। লীলা অদুদসু ইরাবতনা "গাধা" মপুগী মচানুপা অদু শাখি।

মতুংদা য়াইস্কুলদা লৈবা শ্রীঙাংবম শ্যামকিশ্বর সিংহগী মমাং শঙ্গোয়দা ষ্টেজ শেন্নগা শুমাংদনা ভাবোককী ফমফম ওইদুনা লিংখৎখিবা মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নদা ইহান হান্না টিকেৎ লৌদুনা শান্নখিবা শ্রীসোরোখাইবম ললিত সিংহগী অরেপ্পা মরুপ হায়বা লীলাদা ইরাবতনা চন্দ্রসিংহগী পার্ট লৌখি। পার্ট অসি অঙকপা ফংনা ফজনা শাখিবনা লীলা অদুবু উহৌবা ভাবোকশিংনা ঙসি ফাওবা বারিনরি। লীলাদুদা রজনিনা লুপা ২০০ (চনি) পীয়ু হায়দুনা তকলক্রবদা চন্দ্রসিং না " লুপা চনি চনি হৌজিকপু কদায়দগী! চনি নত্রবদি রজনিখোইদা চংবা য়াদ্রবা!" হায়দুনা লম্বেলদা চৎখিবা ফিভম খোনথোক কাওঙমদনা নিংশিংনরি।

কাওবা য়াদ্রবা বাফম অমনা, নোংমা মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা অরেপ্পা মরুপ লীলা অসি সনা মীৎয়েং তাবিনি হায়না সনা য়াথং তাকপিরক্রবদা লীলা শান্নগদবা অয়ুক্তুদা অরুবা মরম অমা ওইনা মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নগী লুচিংবশিংনা কুইনা খন্নরবা মতুংদা রাই অমা তানখি। রাই অদুদি - চন্দ্রসিংহনা রজনিগী য়ুমদা কোয়বা চৎপদা মতম অদুগী মৈতৈগী হৌনবী মাঙ্গোন্দা মোড়া অমদা ফৈজোম কুনজা কাওদুনা খোঙ নামা অতোপ্পা খোঙগী ফৈথক্তা থাঙ্গত্তুনা শারৈ অশাংবী অমদা হীদাক থকপদু শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙশিন্নবনিনা থৌগল্লোন কায়বা থোকই, অদুনা মদু পুন্নমক তোক্নুনা চুন্নতা ফক অমদা ফমপেক্লনা ফম্বা তাই অসিনি। ময়াম্না খন্নরিবদু ইরাবত থোইনা য়াওদে, খরা লাপ্পক মোড়া অমদা ফন্নগা হৌজিকমকসু মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নগী শিজিন্নরিবা এমব্লেম "লাঙ্গোল অনি কারল চৎলগা মরক্তা এম ডি ইউ থাবসি" কুরাউ মচেৎ অমদা খুজিন থাঙনা হক্নুনা শাবা লাক্রদুনা লৈ। ময়াম্না শিন অদুগী রোল মথক্তা পনথ্রিবা অদুম্না তানরবদা ইরাবত ফিংনা হৌগৎলগা হায়রকই "অদু ওইরবদি ঐ হোরেলগী লীলাসি য়াওররোই, কনানো অমা ঐগী পার্ট চন্দ্রসিংহসি শাহল্লো"। মসি তাবদা ময়াম্মক তুমিন তুমিন্না লৈনখ্রে। মহাক্না মখা তানা হায়রকখি "লীলাদি লীলানি। সমাজগী কলচর অমদি ফীভমনচিংবা উত্তুনা অফ-ফত্ত নৈনফম্নি। মদু ফাওবদা

নিংহন্নরবদি ঐ লীলা য়াওজররোই” অসি হায়রগা ফুক হৌগত্তুনা চৎনবা থৌরাং তৌরে। নুমিত্তুগী নুমিদাংমক শান্নগদবা লীলানি, অদুগী মখক্তা লৈবাক্কী নিংথৌনা মীৎয়েং তাবিগদৌরিবনি। করিনো তৌগদবা। ময়ামমক কুমদুনা হান্নগীদু কায়দনা উৎপা য়ানখি। শো অদু অদুমক উৎখি।

মথংদা মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়ন্না শ্রীচিংঙাখম ময়ুরধজ্জ সিংহগী মমাং শঙ্গোইদা হোংলগা **দেবলা দেবী** লীলা শান্নখি। **দেবলা দেবী** লীলাদা ইরাবতনা বলদেবকী পার্ট লৌখি। পার্ট অসিসু অচুম্বা পাম্বা মরৈবাক নিংবগী পার্টনি। শক্লা ফজবগা, আজমেরি কোয়েৎ য়েত্তুনা অকন-অথৌগী ফীজোল শেৎলগা ষ্টেজদা কুম্লকপদি অয়েংবা ভাবক্কী মীৎফম হোংবা য়ানরমদে। অদুগী মথক্তা আর্ট এক্তিং দা অসুক্কী মতিক চুশিন্না তৌখ্রে। লীলানি হায়বদু কাউহনবা ঙম্মী। ইরাবত তুং গী পুন্সিগী মরি লৈনবদা ড্রামাগী মতেক খরদংগী খোংচৎনা কয়ামুক কল্লবা ইথিল লাকহনখিবা। নহা ওইরিঙৈদগী চেল্লক্লবা মরৈবাক মজাতিবু য়োকখৎকে খনবা ৱাখলদু, লাইরিক্তা খংদে, ড্রামাদা খংদে, স্পোর্টতা খংদে অদুম ফোংদোক্লম্বা মণিপুরগী কাওররোইদবা লুচিংবনি।

ইরাবত মহাক্না কুম্লম্বা প্লেশিংগী মনুংদা শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহগী **নরসিংহ** প্লেদা কুমুদগী পার্ট, শ্রীসোরোখাইবম ললিত সিংহগী **অরেপ্পা মরুপ** প্লেদা চন্দ্রসিংহগী পার্ট, শ্রীচিংঙাখম ময়ুরধজ্জ সিংহগী **দেবলা দেবী** প্লেদা মারাঠা নিংথৌ বলদেব সিংহগী পার্টনি। হায়রিবা প্লে অহুম্মক ইরাবতনা ষ্টেজ কুমখিদবদগী থুপচিনখি।

ইরাবত চুম্না আর্টিষ্ট অমা ওইবতা নত্তে, মণিপুরগী ইতিহাসতা খুদোন তম্লম্বা মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নগী ফাউন্দর মেম্বরনি। ইউনিয়ন অসিগী হোলগী এমব্লেম লাঙ্গোল অনি কারন থেৎলিবসি মহাক্কী খুদোলনি।

কুম খুদিংগী মথংশিৎনা ইরাবত বার্ড দে সেলেব্রেসন কমিতিনা পাংথোকখিবা থৌরমশিংদা ৱাঙাংখিবশিংগী মনুংদা ড্রামাগী লম্বীদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা সবর্বশ্রী খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, সোরেনশংবম নবকান্তা সিংহ অমসুং অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহদগী ফংজবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা “সাহিত্য” চেফোংগী ৬৬/৬৭ শুবা মশিং, মে ১৯৮৭ ইংদগী লৌখৎপা ৱাহৈশিং মখাদা থম্লি।

আর্ট এন্দ কলচরগী লম্বীদা চুম্না ড্রামা খক্তদা মশক নাইবা নত্তে। ধর্ম্মগা মরি লৈনবগী লম্বীদা পুং, ঈশৈ, জগোয়, নিপা পালা, নিপা-খুবাক ঈশৈ, হরিসঙ্কীর্ত্তন, মতমগী (আধুনিক) ঈশৈ সুরলিপিনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোইদবা ৱাহৈনি।

মরৈপাক্লা মীখা পোন্দুনা লৈরগা নিংঙাইদনা তুমদুনা লৈবা প্রজা মীয়াম্বু মীকপ থোকহন্দুনা অনৌবা যুগ অনৌবা য়াওল অমা পুরক্লবা লাম্ছেং চংশিনবদা কলচরবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরকখি। মহাক অসি বিপ্লবী আর্টিষ্ট অমনি হায়বসি মহাক্কী চৎথরকপা থবক থৌরম পরেংনা ময়েক শেংনা উৎলি।

ইরাবত মতম অমগী নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভাগী অমাং-অশেংগী মীওইবনা খাঙহৈদ্রবা অওৎ-অনৈ চৈনা চৈথেং, মী অশিবা পোৎলোইহন্দ্রবা, নাৎ (ধর্ম্ম) গী চৎনবী থৌরম অমত্তা পাংথোকপা য়াহনদ্রবা মতমদা বিপ্লবী মহাক্লা লুচিংদুনা নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভাগী য়াথং (হুকুম) গী মায়োক্তা অৱাবা তোল্ল-তারবা প্রজা মীয়ামগী মায়কৈদা লেপতুনা নাৎকী চৎনবী অমত্তা কায়দনা মশানা হরিসঙ্কীর্ত্তণ শক-শোন্দুনা মী অশিবা পোৎলোইদুনা মহাক মশানা শ্রাধগী ঈশৈ শক্তুনা লানথেং নরকখি। শক্লা ফজবনে, মান্দব ময়ায়দা কোয়েৎ অচৌবা য়েত্তুনা খুত্তা কোর্তাল পায়দুনা পালা চোলোম তৌবদি য়েংবগী পেনবা নাইদে হায়না শোন্নদবা মীওই অমত্তা য়াওদে হায়বদা হেনজিন্দ্রবা ৱাহৈনি।

ইংশোক ১৯৪৫ দা পাঙথোকখিবা ৯ শুবা ওল ইন্দিয়া কিযান সভা কনফরেন্স (নেত্রকুনা, হৌজিক্লা বাংলাদেশকী মনুংদা লৈথ্রবা) তা বিপ্লবী ইরাবতসু দেলিগেট অমা ওইনা শরুক য়াখি। মদুদা মহাক্লা কাছারগী আই পি টি এ ক্রুপকী লুচিংবা ওইনা মশানা লুচিংদুনা "থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ" হায়বা ঈশৈ অদু শক্তুনা জগোই শাখি। মী লাখ কয়াগী মমাংদা শাখিবা জগোই অদু নেশনেল পেপর কয়াদা ফোতোগা কোন্ননা ফোঙদুনা থাগৎনখি। জগোয়দু উহৌবা মীওইশিংনা ঙসি ফাওবা কাউদ্রি।

মহাকপু মণিপুরদা চংহনদ্রিঙৈদা, মহাক্কী রাজনিতিগী ৱাখললোনদি - চন্দ্রকালা দেবীদা "থাঙ্গোল অদু" অমসুং "হৌরো অৱাবা অহিংগী" হায়বা ঈশৈ অনি অি- তম্বীরগা রেকোর্ড লৌদুনা শকহল্লগা মণিপুর প্রজাশিংদা তাহনখিবা অদুনা লময়ানবা।

ওইখি। কাছার অমসুং মণিপুরদা কৃষক সভা, মহিলা সম্মেলনী, ভোলুনটিয়ারশিং না শকখিবা ঈশৈ পুন্নমক বিপ্লবী মহাক মশানা ইবা অমসুং সুর পানখিবা ঙাক্তনি।

মতম অমদা মীওইবনা খল্লম্বসি জগোয় ঈশৈ অসি নাৎকী ওইবা থৌরমতগী শিজিন্নবা ওইনা লৌনরম্মী। বিপ্লবী ইরাবতনা মরৈপাক মজাতিগী নিং-খা তম্বা অনৌবা যুগ অমা পুরক্লবগী লানথেংনবদা শিজিন্নরমখি। মহাক বিপ্লবী আর্টিষ্টনি।

## মণিপুরী সাহিত্য

ইরাবত মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবি অমনি। মহাক্কী মতমদা শিং থানরম্বা "শৈদম শৈরেং" কৌবা শৈরেং লাইরিক অসি মতম অদুগী স্কুল ছাত্রশিং গী তম্নবা লাইরিক বাৎপদগী ইরম্বনি। লাইরিক অসি মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা লৌশিন্দুনা ক্লাস ফাইভকী টেক্স বুক ওইনা তম্নরম্মী। লাইরিক অসি শৈরেং ২৩ য়াওই অমসুং লমাই ৩২ পাল্লি। "শিন্দম শৈরেং" অসি মণিপুরগী অহানবা লময়ানবা শৈরেংনি হায়না শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ কবি অমসুং এক্স দরবার মেম্বরনা ফোংদোক্লম্মী।

ইরাবতকী ইমাগী পুজা কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিসু মণিপুরী শৈরেংশিং গী মনুংদা অনৌবা মখলগী বিপ্লবী শৈরেংগী খুৎমাবা অমনি। শৈরেং লাইরিক অসিগী লমাই ২১ দা য়াওরিবা শৈরেং "মখোইসিনি" অসি খন্দোক্তুনা য়েংবা মতমদা মহাক্কী বিপ্লবী খুৎই অদু খংই। শৈরেং অদুদি ঃ

মখোইসিনি

(১)

চিংলেম্বা চীং খেৎনা চৎপা
লৈঙাং লম্বী মনাক্তা মী খরা
নুং থুগাইরি 'কেক' 'কেক' - নুংথংনা
কালেন নুংশা য়ক থোকপদা।
মনাক্তা মপুক থনবা মটর লোরি
ধমকা তৌদুনা চেনখি মরী মরী।
লাপুক ইঞ্জিন অমা ছন্ত্রি তৌরি।
মী খরসু য়েংলম্লগা চৎখি।
মখোইগী হুইনসু হাইফেৎ য়েংলম্মী।
হা হা কারবা ক্বাক খরনা

নুংশা য়াকহল্লম্নগা পাইখি।
অয়ুক্কী নুমিৎ অমা উবদগী
তারমদাই অমা উবা ফাওবা
মখোইগী নুংথং মখোল লেপত্রি,
অতিয়াগী অঙাংবনা ন্নাওরকপদা
মখুৎনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোক্কনি।

(২)

ওইদা শাজৈ, য়েক্তা লাঙ্গোল
অর-তিতি থৌরি মখোইগী যন।
য়েৎকি খোঙনা য়োৎচিন্দা হাপু কাওরি
মিৎনা য়োংলম মুন্না মুন্না য়েংলি।
য়েন্দা ক্বাক্লা কোকথক্তা তুবৎ পাই
অমম্বনা হন্না য়েংলগা হনখি।
নুংশিৎনা মতুং কোইইন ইল্লি
নুমিৎনা চাগদবগুম য়েংলকই।
নুমিৎনা কোকতোন্দগী য়েংথরকপদা
যনশিংনা কামদুনা নাপি থৎকনি।
নুংশানা অমুক ইরুজগনি
নোংদা অমুক হুমাং ঙানগনি।
তিনফা কাকফৈনা য়াওনগনি
তুমিৎ কাংনা শাগোন্নগনি।
নুমিৎনা হন্না য়েংলম্নগা হনখিবদা
মখোং তিংথোক্কনি মাঙ্গোন্দা।
মপুক শিৎপতনা শরুক ওইবা
শেগাইবা ফিতনা ফিথুং ওইবা
মখোইশিনি —।

ইরাবতনা লোকমান্য তিলককী জিবন চরিতসু ইরম্মী। তিলককী জিবন চরিতদা অসুম্না ইরম্মী "বন্দা, জঙ্গলদা, মন্দিরদা, মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা

থিবা চিংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি, ফি-শেৎনিংঙাই লৈতবা তোল্লবা মীখা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি, মখোয়গী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি" হায়বসি লোকমান্য তিলক্না উৎলমলে। ৱাহৈ অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি মদুদি মহাক অসি বিপ্লবী অইবা অমনি।

শৈরেং অমসুং ড্রামা ফোর্মদা মশামক্না ইবা অমসুং বাংলা লোনদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মতম অদুগী মণিপুরী খুন্নাইদা সাহিত্যগী লম্বীদা লময়ানবা মীওই অমসু মহাক অসি ওইরম্মী। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক মশিং অসি ১২ (তরানিথোই) রোমনা ফোঙলবা লাইরিকশিং পনবা য়াবদা — **শৈদম শৈরেং, দরখাস অমসুং দলিল, লোকমান্য তিলক, কেপিতেল্লিজম, ইমাগী পুজা** অসিনচিংবা (অকোনবগী অনি অসি মশা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা ফোঙদোকপনি)। ফোংদোকত্রিবা লাইরিকশিংনা — জয়মতি (ড্রামা), সিতা, কৃষ্ণকান্তগী উইল (অনুবাদ), রাজনিতি ঈশৈ অসিনচিংবা অসিনি।

ইরাবত চুম্নগী লাইরিক ইবা অইবা অমা ওইবতা নত্তে, মহাক্কী মীৎয়েং অসি তুংগী লাক্কদবা মীরোলগী ৱাখলনা মাঙদা থম্লগা মণিপুরী সাহিত্যগী অচৌবা লনগৈ অমা লিংখত্তুনা খিল্লগা থম্লম্বগী মীৎয়েংদা মতম অদুগী মণিপুরী সাহিত্য প্রেমিশিং পুনশিন্নরগা ইহান হানবা ওইনা ইংশোক ১৯৩৫গী মে থাগী তাং ২৬ তা শ্রীযুক্ত অঙৌবা সিংহ মেম্বরনা সভাপতি ওইদুনা মণিপুরগী তুংগী নিংশিং নিঙাই মীফম ফমখি। খন্নখিবা ৱাফম্না সাহিত্য সম্মেলনি অমা লিংখৎপা, ইমারোল চাউখৎনবা হোৎনবা অসিনি। মীফম অদুদা খন্নখিবা ৱাফমগী মতুং ইন্না ইংশোক ১৯৩৫ গী জুন ২৩ দা পাঙথোকখিবা মিটিংদা মমিং থোনদুনা লিংখৎখি। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহনা সেক্রেটরী ওইদুনা মমারোল নুংশিবা মীওই খরগা লোয়ননা থবক পুবা হৌখি। পরিষদ অসিগী অহানবা থবক পুবা মীওইশিংগী মনুংদা (কার্যাকারি সমিতি) সর্ববশ্রী মাইবম নবদ্বীব সিংহ, খ্বাইরাক্পম চাওবা সিংহ, সোরোখাইবম ললিত সিংহ, হিজম অঙাংহল সিংহ অমসুং নোংমৈকাপ্পম গোপাল সিংহনি।

* (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৩৭ শুবা চহিগী অধিবেশনগী নিংশিং চেফোং ইংশোক ১৯৭২ )

পরিষদ অসিগী জেলেরেল সেক্রেটরি শ্রীহিজম ইরাবতনা মথংশিংনা থংন-থংননা ইংশোক ১৯৩৬ - ৩৮ ২শুবা অধিবেশন অমসুং ৩শুবা অধিবেশন ফাওবা ওইরমখি। অসিগুম্বা তুংগী লাক্ক দবা মীয়োলগীদমকতা সাহিত্যগী অচৌবা লনগৈ অমা লিংখৎলমদুনা ইজাতিগী লেঙদ্রবা চুক অমা খিল্লগা থমম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা ইরাবতনি।*

## জর্নেলিজমদা ইরাবত

ইরাবতকী **মৈতৈ চনু** মনিপুরগী লময়ানবা বিপ্লবী চেফোংনি। চেফোং অদু পুথোক্লবগী থৌরাং চংশিল্লকপদা বাঙ্গলা লোন্দা কলিকতাদা ফোংবা **প্রবাসি পত্রিকা** চেফোং মহাক্কী মরুপ মপাংশিংগী মফমদা উৎ-উৎতুনা মণিপুরী ঐখোয়গী ইমালোন্দা মেগাজিন্নচিংবা চেফোঙ ফোঙনবগী ৱাখল অমসুং পুক্নিং চিংশিল্লমখি।

ইংশোক ১৯২২ দা **মৈতৈ চনু** বিপ্লবী মশানা মখুৎমক্লা কার্বোন থাদুনা ইরগা মণিপুরী লোনগী অহানবা লময়ানবা বিপ্লবী চেফোঙ অমা ওইনা পুথোকখি। চেফোঙ অদুগী সম্পাদকসু ইরাবত মশানা ওইরম্মী। চেফোঙ অদু পুথোক্লবগী থৌরাংদা চেফোঙ অদুগী ফন্দ অমা শেল্লমখি। ফন্দ অদু মহাক্কা তিন্নবা ৱাখল মান্নবা মরুপ মপাংসিংদগী অঙম-অঙমবা মতেং নিখি। মদু পুন্নমক্কী মথক্তা চেফোঙ অদু ফোঙনবগী অচঙবা শেন্‌ফম শ্রীরাজকুমার বীরচন্দ্র সিংহনা পুথোকপিদুনা মণিপুরী ইমালোনগী অহানবা লময়ানবা বিপ্লবী চেফোং **মৈতৈ চনু** ফোঙলম্মী। কবি ডাঃ কমলগী **মৈতৈ চনু** হায়বা অদুমক ইরাবতনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখিবা **মৈতৈ চনু** পত্রিকাদগী মিং লৌদুনা থোক্লম্বা য়াই হায়না নিংই হায়দুনা শ্রী অশাংবম মিনকেতন সিংহনা ৭৫ শুবা ইরাবত নিংসিং থৌরমদা ফোঙদোক্লম্মী।

ইরাবত লমাই নিপান পানবা **অনৌবা যুগ** চয়োলগী চেফোং অসিসু মখুৎমক্লা ষ্টেনসিল কক্‌লগা অমসুং সাইক্লোষ্টাইল তৌরগা চয়োল অমত্তা কাংদনা পুথদনা চাং-নাইনা ফোঙদোক্লম্বা চেফোঙনি। হৌজিক্‌কী খুন্নাই অসিগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা অঙক্‌পা ওইনা লৌনরি।

অনৌবা যুগতা নত্তনা মাঙলমচত্তা **মাসিক মণিপুর, য়াকাইরোল, ললিত মঞ্জুরি পত্রিকা** অমসুং অতৈ অতৈশিং ফোঙনবগী থৌরাংশিংদসু অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা মীশক অমা ওইরকখি।

## সাসনগী মওং

মণিপুর নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুর অসি লোয় চল্লবা মতুংদদি মখোয়না মখুৎ চাবা মীওই খল্লগা মণিপুরগী নিংথৌ "মহারাজা" ওইনা হাপ্লম্মী।

শোক ১৯০৮ দগী মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা মণিপুরগী সাসনগী চুক্রি পায়রকখি। বৃটিশনা হাপ্পা নিংথৌ ওইবনা মখোয়না য়ানবা চৎপা হায়বসি মহৌশানি। প্রজাদা হেন্না ওৎ-নৈবা মহারাজগী পোলিষিনি।

নিংখা তম্লিঙৈ মতমদা পাল্লম্বা নিংথৌদি, প্রজাবু য়ান্না কিনা চৎলম্মী। মরমদি করিগুম্বা লৈপাককী ওইবা চৎনলোন অমা খন্নরকপদা প্রজানা করি হায়গদগে হায়বসি লৈপাককী অঙম অথৌশিংগা মুন্না তান্ন-তিন্নদুনা খন্নরম্মী। মরমদি নিং থৌনি ঙম্মী হায়দুনা লৈপাক প্রজানা য়ানিংদবা পামদবা চৎনলোন অমত্তা শেমদুনা চৎলমদে। মরমদি প্রজানা য়ানিংদ্রবদি লান হৌরক্কুনা নিংথৌ মফম ইরাই লাইনা শিন্দোকপা ঙম্মী।

মীখা পোল্লবা মতুংদা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহদি বৃটিশনা হাপ্পা নিংথৌনিনা বৃটিশনা লৌথোককে মনিং, লৈহন্নিংঙে মনিং শক্তি পুন্নমক বৃটিশকী মখুত্তা লৈ। মরম অসিনা হাপ্পা-লৌথোক্পা, ঙন্নিবা অঙম্বা অদুগী য়ানবা চৎপা হায়বসি মহৌশানি। নিংখা তম্লিঙৈ নিংথৌদি প্রজাবু কিনা চৎলম্মী। বৃটিশকী মখা পোল্লিঙৈ মতমদি মখোয়বু য়ানবা চৎপা হায়বসি হেনফদবনি।

অওৎ-অনৈগী মওংদি প্রজাশিংনা লম্বী-লমখাংদা মহারাজ অমসুং সাহেব (অঙৌবা জাতি) থেংনবদা ছাটিন তুপতুনা চৎপা থুপচিনগদবনি, ফৈজোম কুপ্পা থাদবা য়েপখৎকদবনি, খুরুমদবা য়াদে, দন্দিনি। মীগী মথক্তা মীনা তোংদুনা চৎপা মীনাই লৈবা-য়োনবা চৎনরম্মী।

মতাং ওইনা পনবা য়াবা ৱাফমদি - ইরাবত মথৌনা মরিংজেল লৈবা মীওইশিং গী মনুংদা অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অচুম্বগীদমক্তা অঙম-অথৌশিংগী মায়োক্তা লেপ্পুনা থেংনবদা খোংথাং হন্দবা মীশক্তি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই। মদুগী খুদম অমা পীবা তারবদি, নোংমা মহাক্না থবক চৎলুবদগী হল্লকপদা নোংজুথা ওইবনা ছাটিন তুপ্পুনা লাকপদা লম্বী সোরোক্তা খোঙনা লাকপা মণিপুরগী ষ্টেট দরবার মেম্বর পি এম এস ডি - গী বঙ্গলাগী থোঙ্গাল মপাগী লম্বীদা নোং সু কুপ্নি কুপ্নি চুদুনা ছাটিন তুপ্পুনা লাকপদা মীঃ ক্রোফোর্দ সাহেবকা থেংনবদা মহাকপু সাহেবনা কৌশিল্লগা "নহাক করিগী ছাটিন থুপচিন্দে, ঐ লাকপা উদবরা"

হায়বদা ইরাবতনা "সাহেব, নোং চুবনিনা ছাটিন থুপচিনবা য়াদ্রে" হায়না খুমখি। মতম অদুদা সাহেবনা ছাটিন অদু মুন্নগা থুপচিনখি। মদুদা, ইরাবত অমদি সাহেব অনিমক্না ঙাইহাক ছাটিন অদু মুন্নরগা মমৈদা ইরাবতনা ঙমদুনা সাহেবকী মখুত্তগী ছাটিন অদু মুন্নত্তুনা পুদুনা লাকখি হায়বগী ৱারি লৈ।* মসিনা তাক্লি মদুদি মণিপুর প্রজা অসি শা-ষনদগী হেন্না তোল্লম্মী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। সাহেবকী ইথিল্লা প্রজাশিংনা তেংথাফম লৈজদনা খাঙলম্মী।

সাসনগী মওংদি মহারাজগী দরবার অমা লৈরম্মী, মদুগী মেম্বর মৈতৈ মচাশিংদি মহারাজনা হাপ্লি। তৌইগুম্বসুং দরবার অদুগী প্রেসিদেন্টতি বৃটিশনা হাপ্পা বৃটিশ মচা অমা ওইগনি হায়বসি লৈঙাক্লোন্নি। শক্তি পুন্নমক্তি মহারাজনা খুত্তা পায়শিল্লি। বৃটিশকী মখাপোনবা লৈপাক ওইরবসু মণিপুরগী মহারাজগী শক্তি চাওই। শালামী তোপ তরামাথোই কাপ্পী। মীশক অমত্তনা আইনসু শেম্বা বিচারসু তৌবা অসিনি। চীংগী শরুক্না বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী মচেৎ মচেৎ খায়দোকপগী পোলিষিদা তোঙানবা এডমিনিষ্ট্রেতর (চীংগী সাহেব) অমা হাপ্তুনা তোঙানবা সাসন মওংদা চৎথরম্মী। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা লোই হেক চনখিবদা চীং-তম য়েং থিনবগী পোলিষি শিল্লমদবা নত্তে।

## ব্রহ্মসভা

শ্রীফুরাইলাৎপম অতোমবাপু দেব শর্ম্মা বিদ্যরত্ননা ব্যবস্থাকারি ওইরগা মণিপুরগী ব্রাহ্মন য়াইতোংবশিংগা লোয়ননা ব্রহ্মসভা হায়দুনা ধর্ম্মগী সংস্থান অমা মণিপুরেশ্বর মহারাজগী মীৎয়েং মখাদা লিংখৎলমখি। সংস্থান অদুগী মরুওইবা থৌরমদি হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা প্রজা মীয়াম্বু ধর্ম্মগী মীংথোন্দা মকোক মরু হাইগৎপা ঙমদনবা, নেৎথদুনা থম্বনা মরু ওইবা লম্বীনি হায়বদা ৱাহৈ অসি অরানবা ওইরোই।

ব্রহ্মসভা অসি ধর্ম্মগা মরি লৈনবা থৌরমগী চৎনলোন পুন্নমক শেম্বা ঙম্বা খ্বাইদগী ৱাংবা মপাঙ্গল কনবা সংস্থাননি। ব্রহ্মসভা অসি ষ্টেটকী লৈঙাক "সাসন"গী মপুং ওইবা সংস্থান অমা নত্রবসু হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংদি সংস্থান অসিগী মখা পোল্লি হায়বদা লান্দ্রবা ৱাফন্নি। মণিপুর অসি মতম অদুগী খুন্নাইদা শেনখোক লম্বী লৈতবা, পৈশা অমনা মতেক-পাই কায়থোক্তুনা অনি অহুম থোক্লগা

* (ৱাফম অসি শ্রীরাজকুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহনা লিবিরকপনি)

ৱানা নংনা শিনবা লৈপাকনি হায়বসি হেনজিনদ্রবা ৱাফমনি। হায়রিবা মতম অদুদা ব্রহ্মসভানা শেম্বা চৎনলোনদি ধর্ম্মগী মীংথোনদা প্রজাদগী খাজনা লৌনবা মখল মখা কয়ানি। চাবোকপা, অশিবগী শাগৈ য়ুম মাংবা য়ুমশেং কৈশেংবগী থৌরমদা নাপেৎ (হজাম) য়াওদবা য়াদে, অদুগী মীংথোনদা (ক) পাজ-নাপেৎ য়ুমথোংগী চহি চহিগী ফৌ লাইতং অমা নত্রগা শেল ওইনা শিকি অমা, (খ) চন্দোন-শেনখায় - চহিগী লাইমিং লৌরবশিংগী মীকোক্তা পৈশা মঙা ব্রহ্মন গোশ্বাইগী শরুক, (গ) অমাং-অশেংগী চৈনা চৈথেং অসিগুম্বা অঙক অঙকপা চৎনলোনশিং শেমদুনা চৎনহল্লম্মী। মী অমবু মাংহনবসি করিসু লৈতবা মরম হেক্তা হায়জিল্লগা ইরায়-লায়না মাংহল্লি। শন্না হায়রবদা কনাগুম্বনা উরিক লুগুন করিগুম্বদা মোৎল্লি হায়দুনা সাপোন নোইদুনা শেংদোকপা ফাওবা মাংহল্লি।

ব্রহ্মসভানা কনাগুম্বা মীওই অমবু মাংলে হায়রবদি অমাংবা অদুনা লৈরিবা ইমুং অদু হুপ্না মাংলে, লৈকাই নত্রগা খুঙ্গংশিং করিগুম্বা চংথোক চংশিন তৌনরবদি লৈকাই নত্রগা খুঙ্গং হুপ্না মাংহল্লি। অমাংবা অদু প্রাইচিৎ তৌবদা লুপা ৮০/০.৯ পাই(মরিফু শিকি পাই মাপল) মাংলিবা অদুনা ব্রহ্মসভাদা পীরগা শেংদোকই। প্রাইচিৎকী শেনফম অসি পুথোকপা ঙমদবা ইমুংদি শন্ন হায়রবদা মী শিরবা ফাওবা পোৎলোইহন্দে।

মতম অদুগী অশেংবা লৈঙাকলোনগী শক্তমদি ব্রহ্মসভানা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলিবা মৈতৈশিংগী অহোবা মুন্না খংই। মদুদি মৈতৈশিংদি অমম্বদা চেৎনা থাজবা ফুরুপনি। পুকচৎপা (কোলেরা) দা খয়োম লাকপা চবান থাবা ফুরুপনি। লাইবু অকি অখংগা লোয়ননা থাজবা ফুরুপনি।

নিংথৌ হায়বসি অশেংবা বিষ্ণুনি। নিংথৌনা তৌবা ঙমদবা লৈতে, নিং থৌদি অশংবা চাগে মনিংনি, অমুনবা চাগে মনিংনি। নিংথৌগী য়াথংদি লাইমক্কী ময়াথংনি। লাইগী য়াথং লৈখা তাহৈদে, য়াথং অদুগী মায়োক্তা লৈবা মীশকশিং অদু মশাদা লাইথুং পানগনি। নিংথৌবু চৈরবদি চীন-য়া কেনগনি, নিংথৌ মনা ফক্লাংদা থেৎলি হায়বনচিংবা অকিবা ৱাহৈ কয়া অসি লৈপাক প্রজা পুন্নমক্তা শিন-থুংনা অকনবা প্রচার শন্দোক্তুনা মীপুম খুদিংমকপু ৱাহৈশিং অসি থাজহন্দুনা কিহল্লি।

(ক) সংস্থান অসিনা শেম্বা চৎনলোন (আইন) গী মনুংদা অমাংবা মী প্রাইচিৎ তৌদ্রিবফাওবা (মৈথাবা) য়াদে। লৈরোন চনবদি থিংদে।

(খ) কনাগুম্বা মীনা মরোমদোম থৌরি য়ান্দুনা শিজবা নত্রগা করিগুম্বা চাইহেদবা চাদুনা শিজবা (আত্মাঘাট) থোক্রবদি মহাক অদু পোলোইবা য়াদে, মৈ থাবা য়াদে, লৈরোন চনবা ফাওবা য়াদে। আত্মাঘাট তৌবা অশিবা অদু লাঙ্গোলগী মঙারক কানবী হায়রিবা মফম অসিদা হুন্দোক্কদবনি। শ্রীযুৎ মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহজীগী সনা হাকথং ওইনা লৈজবা শ্রী শীতল সিংহনা য়েক লৌই হায়দুনা নিপা ময়ুমসু চংহন্দা, নুপী ময়ুমসু চংহন্দা তৌবদগী মতৈ-মনাও নোংমৈনা কাপ্পদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউগী মমাং থংবা লমপাক্তা শিদুনা লৈরম্মী।*

## ফোর্স লেবর

লৈঙাক্লোনগা মরি লৈননা পুবদা ৱারবা থৌ কয়াসু মীচম প্রজাদা নমদুনা মমল পীদুনা থবক শুহল্লি। মদুদি, য়ারেক-শন্ত্রি, পিয়ন-আমিন চাকথাক, পোৎথাং -বেগার, দোলাইলেং অসিনচিংবা।

খুঙ্গংদা ষ্টেট গোভর্নমেন্টকী কর্ম্মচারি, পিয়ন্না চে-সমন্নচিংবা থীনবা চৎপা অমসুং লৌরুংশংগী কেরানি মুহোরি অসিনচিংবনা খাজনা থৌবা চৎপদা মখোয়না অহিং লেকপা মফম অদুদা প্রজানা মখোয়গী নুংঙাইনবা শিন্দুনা লৈহনগদবনি। মখোয়না নুংঙাইনা চা-থক্কুনা মৈফু য়াইদুনা তুম্লগা খুঙ্গংগী মীকোক তরা নত্রগা কুনবু শিনথা পীদুনা অহিং মিৎশেং খাংদুনা শংবা। মখোয়না চানিং থকনিংবা ঙা-চাক শঙ্গোম অহাও-অথুম খুন অদুনা দন্দি ওইনা পিজগদবনি। খুঙ্গং অদুদা কনাগুম্বী চনু নিংঙোল মশক মতৌ ফজবী, মখোয়না মীতাবশিং অদু কৌহল্লগা দন্দি ওইনা মখোয়গী চাক ঈশিং থোংহনবী, মখোয়গী মপুক পেন্নবা সেবা-সেবী তৌহনবা। ৱাফম অদুদা য়ানিংদবা নিংঙাই তৌরবদি মহারাজগী সনায়াথং থৌওইদে হায়বগী মীংথোন্দা নুপীমচা অদুবু অকনবা চৈরাক পী। মতাং অদুদা মপা-মমা, মবুং-মৌপ্পানা চৈরাক অদুগী মায়োক্তা ৱাহৈ অমা ফাওবা ঙাংজবা ঙমদে।

য়ারেক শন্ত্রিগী শিনথা পীরিবশিং অদুগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎতুনা নিংঙাই তৌবা য়াওরক্লবদি মখোয়শিং অদু পাং তিংলগা লীচৈনা মশিং কক্তনা ফুদুনা চৈরাক পী। অসুম্না মহারাজগী সনা য়াথংগী মীংথোন্দা তাবদা তুজুংলবা, অকিবা পোক্লবা থম্মোয় কায়বা অসিগুম্বসিনা ৱায়েল পথাপ্পি।

* (শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহ অমসুং শ্রীরাজকুমার মাইপাক সনা সিংহ অনিনা ইবা মহাসভাদগী)

খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অতোপ্পা অমদা হোংবা তাবদা শিনথা পীনদুনা মখোয়গী মপোৎ মচৈ থিল্লুবা মীনুংশি খঙদবা মীওই য়াওরগা দোলাইদা তোংহল্লগা থিল্লুবা, চীং মানদা চৎপগী অকা-অকুম দোলাই লেং ৱায়েল পাথাপনি।

অঙকপনি মতম অদুগী সাশনগী শক্তম, মতম অদুগী সমাজ। অঙম অথৌশিংগী মচানিঙোল থাজবদা অওং অউল তমনবা পোৎলম লাংশিনবদা, মীগী মচানিঙোল মমা মপানদি নুমিৎ-থা য়েংবগুম য়েংজরিবীশিংবু নিঙোল পোকপী মমা মপাগী লাইর অনংবগী অহোবা খুদোংচাবা লৌদুনা, নংগী নচানিঙোল অসি ঐগী ইচানুপীগী অওং-অউন্দা "অউন নাই ওইনা" হাপথ্রগে। নখোইগী লৈতালাইর কান্নজহৌরো হায়দুনা ষন ইরোই লৈবা য়োনবগুম মনতিক্লরগা, শেল পীদুনা লৈরগা উন্নরম্মী। মতৌ অশুন্না মীবু মীওইনা খন্নরমদবা সমাজনি হায়বদা লান্দ্রবা ৱাফমনি।

## ইডুকেশনগী ইহৌ

ইরাবত সোসিএল ৱার্কর অমা ওইনা পোক্লকখি হায়বসি মহাক্কী পুন্সিগী চৎথরকপা থবক থৌরমশিংনা ময়েক শেংনা উৎলি। মণিপুরদা অনৌবা অহোংবা খুনাই অমা শাগৎনবগী থৌরাং চংশিল্লকপদা লাইরিক হৈবা য়াম্না মরুনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। মতম অদুগী প্রজাশিং ইস্কালগী ময়োল খরদা অনৌবা ইডুকেশনগী মঙাল খজিক ফংলবসু শিন থুংনা হৌজিক লৈরিবা খুন্নাই অসিগী শক্তম ওইরম্বা নত্তে। শন্না হায়রবদা মণিপুরগী ৱাংমা মপাল লৈবাক্তা লৈখিবা মরি মতা, মরুপ মপাংশিংনা চিঠি থারকপদা পাবিনবা লৈরমদে। থারকইবা চিঠি অদু করি পাউ ওইরিগদগে হায়বসি খঙনিংবা হৌনৈ। পাউ অদু খঙনিংবগী লাং তরুবশিংনা অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদগী চেংজেনগা লোয়ননা চিঠি অদু পুরগা অখং-অহৈশিং থিরগা পাহল্লুনবগীদমক্তা ইস্কালদা হাইগৎনরকুনা অহিং য়ারেক্কুনা লৈরগা পাহন্নরম্বা মতম ওইরম্মী। মতৌ অসুন্না মীৎ উরগসু উদবগা চপ মান্নবা য়াম্না তোম্না হিংবা খুন্নাই অদুগী শক্তম ওইরম্মী।

হায়রিবা মতম অসি লাইরিক তম্নিংলবসু তম্ফম স্কুল লৈরমদে, তম্বিনবা ওজা লৈরমদে, লৈপাক্কী কোনুং ইস্কাল অসি ফাওবদা অকরুবা উর্চ্চ প্রাইমারিদগী পাস তৌরকপা ছাত্রশিংদগী নিফুদং খনগৎলগা জোনস্টোন স্কুলদা মিং চন্দুনা তম্বা ফংহল্লম্মী। মিং চনফম ফংহৌদবা অতৈ ছাত্র-নহারোলশিং তম্নিংবা কয়া কক্ঙাওনদুনা লেপ্লিবা শক্তম অদু উবদা, স্কুল অমা লিংখৎনবা থৌরাংগী লময়ানবা শ্রীরাজকুমার বিরচন্দ্রজিৎ সিংহনা চিয়ারমেন ওইরগা ইরাবত, শ্রীইরোম চন্দ্রহাস সিংহ অমসুং শ্রীগোকুলচান্দ সিংহনচিংবগা লোয়ননা কমিটি অমা শেমদুনা মাদর ক্লব হায়না মিংথোন্দুনা লিংখৎখি।

ক্লব অদুগী থৌরমগী মরুওইবা থবক্তি লাইরিক তন্নিংবা নহারোলশিংবু স্কুল লিংখত্তুনা তমহনবনি। ক্লবকী মেম্বরশিং অৱা অনা খাওদুনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা স্কুলনা ফীভম চাদ্রিবা ফাওবা ওঝা ওইদুনা তলব লৌদনা ছাত্র-নহারোলশিংবু লাইরিক তম্বিবনি। ইরাবত মশামক ওঝা ওইদুনা ছাত্র-নহারোলশিংবু লাইরিক তম্বিবদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। ইরাবত ওঝা ওইবদা থোইদোক হেন্দোক্ল মতিক মগুন লৈবা, ছাত্রশিংবু লাইরিক হৈহন্নবগী ৱাখলনা মাঙদা থন্নগা তম্বিবা মীওই ওইরম্মী। মহাক্কী ছাত্রশিংগী মনুংদা মিঃ এ ডাইহো, এক্স-এডভাইজর টু দি ফাইনান্স মিনিষ্টর, শ্রীলৈমাপোকপম গুনি সিংহ, এক্স- কম্মিশনার ওফ ইম্ফাল মিউনিসিপাল বোর্ডনচিংবনা থোইদোক্পা শিংথানরম্মী। হায়রিবা মাদর ক্লব অদুনা মেত্রিক ফাওবা ছাত্রশিংবু তম্বিদুনা মেত্রিক থাহনখি। অনৌবা অহোংবা খুন্নাই অমা পুরক্লবা থৌরাংদা ইডুকেশন্না মাংজিন থারম্মী। হৌজিক্কী চুড়াচান্দ হায়ার সেকেন্দরি স্কুল অসি মাদর ক্লবনা হৌদোকখিবদগী শমথরকখিবনি। মতম অদুগী খুন্নাই অদুনা নুপী লাইরিক তম্বসি য়াম্না হংগোইনরম্মী। ওহোকপনি, মীনোক চাওবা খুন্নাইনি। নুপী লাইরিক হৈহন্নবগী লম্বীদা ইরাবতনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা মতম অদুগী খুন্নাইদুদা য়ুমথোং খুদিং লাইরিক তম্বা য়াবা লৈশাবী মচাশিংবু লাইরিক তমহন্নবগীদমক্তা মমা-মপাশিংদা লাইরিক হৈহননিংবগী ৱাখল, পুক্নিং চিংশিনবগা লোয়ননা নিংঙোলশিংবু স্কুল থারক্লবা অচৌবা কেমপেইন অমা চংশিল্লমই। মতমদুগী সমাজনা নুপী লাইরিক তম্ববু তিনশিৎ-মায়শিৎনরবসু ইরাবতকী উইল কনবা লমজিং অদুনা তপ্না-তপ্না নুপীমচাশিং লাইরিক তম্বা হৌরকখি।

মতৌ অসুম্না নুপীমচাশিং নোংম-নোংমগী মহৈরোইশিংগী মশিং য়ামখৎলক্লম্মী অমসুং মদুগী মতুং ইন্না নুপীমচাশিংতগী ওইবা তোঙানবা স্কুল অমা লিংখত্তুনা লাইরিক হৈহন্নবগীদমক অচৌবা থৌদাং অমা লৌরকখিবা মীওইনি। লাইরিক তম্বতা নৎতনা, নুপী ওইবগী চৎন-লোনচৎ, ইমুং মনুংগী শিনফম, ফিশা-লোনশানচিংবা খুৎশা হৈবগী থবক্তা তাকপী তম্বীদুনা লমজিংবিরম্বা মীশক অমা ওইরকখি।

খুন্নাইদুদা নুপিনা লাইরিক তম্বদি লায়রদুনা নুপামক্লা তম্বদা থন্নরম্বা মতম অদুদা মহাক্লা নুপীনা লাইরিক তম্বগী ৱা অসি কন্না তকশিন্দুনা ইরম্মী। মহাক্লা ইংরেজ পন্ডিত অমনা হায়বম্বা "ৱান ইডুকেতেদ মাদর ইজ বোর্ড এ হন্দ্রেড মাদর" মহাককী পাওজেলদা ইরম্বা প্রবনধ অসিদা পন্দুনা ইরম্মী। মহাক্লা হায় নুপাতবু লাইরিক তম্বীগদবনি নুপীদি লাইরিক তম্বীবা য়াদে হৈহনবা চুমদে হায়বসি বেদ-শাস্ত্র অমত্তদসু লৈরমগনি নিংদে। য়াম্না চুক্তি লৈবা ৱানি। প্রবনধ অসিদা

ইরমলিবশিং অসি পারুরগা শ্রীইরাবত তশেংনমক মতম অদুগী ইজুকেশন্নিষ্ট, হিউমেনিষ্ট অমসুং মোরেল্লিষ্ট অমগী চপ-চাবা মগুন চেনবা নুপানি হায়নিংই।*

মতৌ অসুন্না মতম অদুগী খুন্নাই অদুদা লাইরিক হৈহন্নবগী মঙাল অমা নুপী-নুপা খাক্তনা পীনবা লমজিংলম্বা ইরাবতনি।

মহাক্না ইডুকেশনগী মরমদা মহাক্কী হৌবদগী পুন্সিগী অরোইবা ফাওবা মীয়ামদা হেনফদনা মীপুম খুদিংমক লাইরিক-লাইশু হৈবগী লমজিংদা অতৎ-অখম নাইদনা চংশিল্লম্মী।

মণিপুরদতা নত্তনা খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈপাক মীয়াম অমসুং খঙ্গংগী লৌমী মরক্তা লাইরিক হৈবগী কমপলসরি ইডুকেশন (মীপুম খুদিংমক লাইরিক হৈতবা য়াদবা) গী খোল্লাও লৌখত্তুনা মণিপুরগী অতৈ মফম খুদিংদা সংষ্ঠান লিং খত্তুনা, লৌমী মরক্তা কৃষক সভা লিংখত্তুনা, খুঙ্গং খুদিংমক্তা কৃষক সভাগী ভোলুনটিয়ার অমত্তংবু লৈরবদি মফম অদুদা স্কুল অমা লিংখৎত্তুনা লাইরিক তম্বিবা হায়বসি হেনফদবা শিনফম অমা ওইরম্মী। চুন্নগী স্কুল লিংখৎলগসু তোক্তে, ছাত্র খোম্বগী অচৌবা কেমপেইন-খুঙ্গংগী অঙাংশিংগী মমা-মপাশিংদা চংদুনা মচাশিং বু লাইরিক হৈহন্নিংবগী পুক্নিং চিংশিন্নবা, ওঝশিংগী অচাশেন পীনবা মুষ্ঠি ভিক্ষা তৌদুনা স্কুলগী ফন্দ শেমগত্তুনা অচৌবা ইহৌ অমা চংশিল্লম্মি। স্কুল শঙ শাবা, স্কুলগী ফরনিচর লৈহন্নবগী হোৎনবা অসিনচিংবা থবকশিং অসিগা লোয়ননা চং শিল্লম্মী। এদল্ট ইডুকেশনগী মতাংদা চয়োল অমগী মনুংদা নোংমগী পুং মরিদং তম্নবা নুপা-নুপী খাক্তনা লাইরিক তম্বগী থৌরাংদা অকনবা খোংজং চংশিন্দুনা অনৌবা য়াওল পুররুবগী লম্বীদা ইডুকেশন হায়বসি অসুক্কী মতিক মরু ওই হায়বসি ইরাবতকী ৱাখল্লোন্নি। চুন্নগী মণিপুরদতা নত্তে, কাছার অমসুং কবো (ঔৱা লৈপাক) মৈতৈনা তাবা লমদম, খুঙ্গং খুদিংগী মীয়াম মরক্তসু লাইরিক তম্বা হায়বসি অসুক্কী মতিক মরু ওই হায়বসি ইরাবতনা অচৌবা কেমপেইন চংশিল্লকখি।

অসিদসু নত্তনা মণিপুর অমসুং মপান লৈপাকশিংদা মণিপুরী ইমালোন্না লাইরিক তম্বা হৌদোক্লল্লিবসিসু ইরাবতনি।**

মসি শ্রীহিজম গুণ সিংহগী আর্টিকলদগী লৌথোক্পনি।
নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ৱারেপশিং

## তাইবং ইচেল

ইরাবত মহৌশা লাইরেম্বীগী ইচেল মতুং ইন্না ময়ুম-মকৈ পান্নবগী লম্বীদা চংশিল্লম্মী। সনা লৈপাক মণিপুরগী মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই সি বি ই-গী পোকমিন্নবা ময়াম্বুংতোন শ্রী রাজকুমার চন্দ্রহাসগী মচা ইবেম্মা অহল শ্রীমতি রাজকুমারি খোমদোনসনা দেবীবু লুহোংদুনা পুন্সিগী লোয়নবী ওইখি। মমাক ইবুঙো হায়বা মিংথোল অদু ফংখি।

মমাক ইবুংঙো অমগী মগুনবু মতম অদুগী মীচম প্রজা অমনা মমাং তুবৎ চৎপা ঙম্লরমদবা অসুক্কী মতিক অচৌ-অশাং ইকাই খুম্নবগী অৱাংবা থাক্তা লৈরম্বা খুন্নাইনি। মমাক ইবুংঙোগী ইকাইখুম্নবা অদু ঙাকপগী ওইনা মণিপুরেশ্বর মহারাজনা মহাকপু মণিপুর ষ্টেট সদর পঞ্চায়েৎ মেম্বর হাপ্তুনা লৈপাক্কী অঙম অথৌগী থাক্তা লৈরমখি।

ফৌজদারি অমসুং দেৱানি ওইনা লৈবা বিচারপতিগী ফম্বৈদা ফমদুনা লৈপাকক্কী অচুম অরানগী ৱায়েন তৌবা য়াওরমখি। ইরাবতগী থাগী তলব লুপা ৩০/- (কুনথ্রা) অমদি লৌচানা পরি ২৫ (কুনমঙা) নি। লৌ-শিং অসি খাজনা থিদনা চানরম্মী। মসিগী মথক্তা মচা ইবেম্মগী অউনলৌ, মসি পুমনমক্কী মথক্তা পঞ্চায়েৎ মেম্বর অমদি মচাইবেম্মগী মনাই মশল কয়ানা থৌগল তৌদুনা পাল্লমখি।

ইরাবত নোংমদি মীনা মীথানবিরমদবা পিতৎ-পাতৎপা মচা, মাগীনি হায়বদা লৌরি য়ুমফম, ময়ুম মকৈ অশেংবা লৈজদবা, পোল্লেপফম খংদবা "পথের ভিক্ষারি" (লম্বীগী চাক্লিবা) পুন্সি, ঙসিনা লৈপাক্কী অঙম-অথৌ অৱাংবা থাক্কী বিচারপতি, লৈপাক্কী ৱায়েনশঙদা, অঙকপনি! তাইবংগী ইচেল!

# রাজনিতিগী লম্বীদা ইরাবত

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

মীওইবনা য়ুম অমা শাগে হায়না থনগৎলক্পদা অহানবমক্তদা শাগদৌরিবা য়ুম অদুগী দ্রোইং চংগদবা মচাক, মপোৎ-মচৈ মাংজৌননা লাংশিন্দুনা থম্বা হায়বসি হেনফদবা থবক্নি হায়না লৌই। মতৌ অসুন্না লান অমা থেংনবা তারবদি লানমী শাগৎপা, খুৎশু- খুৎলাই লাঙশিনবা, মীচং খোম্বা হায়বসি হেনফদ্রবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা থবক্নি।

ইরাবত মহাক্কী রাজনিতিগী বাখলনদি মীগা-মীগা মান্নবা, খেন্নবা থমদবা, ইনৌ-নৌবা অওনবা খুন্নাই (সোসিএলিজম সমাজ) অমা শাগত্তুনা নিংখা তম্বা মণিপুর সনা লৈপাক ওইহনবসি মহাক্কী অমত্তা ঙায়রবা লম্বীনি।

মহাক্কী বাখল্লোনসি নোংমদা, নিনিদা, হুন্নিদা, থা অমদা অমদি চহি অমদা হেক্তা ওইগনি হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা থাজবা থম্লক্কে। নিংখা তম্বা অনৌবা য়াওল অমা পুরক্কদৌরিবসি কনানো? মশা মতোমতদা হংজখিবা বাহংনি। অহানবমক্তদা মহাক্কী অচেৎপা থাজবা থমখিবসি লৈপাক প্রজা মীয়ামদনি। মীয়ামগা লোয়ননা পুকচেল অমত্তা ওইনা লান চংমিন্নরগা পুরক্কদবনি হায়বা বাফমসিনি।

বাফম অসিগী খুদম খরা পনবা য়ারবদা, মহাক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকশিংগী মনুংদা শোক ১৯০৪ ইংদা মণিপুরগী অহানবা নুপী লান। মথংদা বিপ্লবী মহাক্না জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিঙৈ, মহাক্কী লূচিং মখাদা থোকখিবা ছাত্রগী অন্দলোন (ইহৌ) লানহৌশিং অসিদা মায় পাকখিবসি লিচিং মান্নবা পুকচেল-খোইজেল তিন্ননা মীয়াম হৌদুনা থেংনখিবননি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবা থমখি। মহাক্না থাজখিবসিগী মতুং ইন্না লম্বী অসিদা তপ্না-তপ্না চংশিনবা হৌরকখি।

ইরাবত, মহাক্না মণিপুরগী লৈরম্লিবা রাজনিতি, অর্থনিতি, সমাজিক্কী, শক্তম অদুদা রাজনিতি দল লিংখৎপা হায়বসি ইরায়-লায়না লৌরমদে। ইতিহাস হঙ্গৎনা য়েংবদা ভারতবর্ষ বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী লোয়লম্নি। লোয়লম ভারত্তা ভারত জাতীয় কংগ্রেস লিংখৎপসি ইং শোক ১৮৮৫ নি। কংগ্রেসকী ইহান-হানবা সভাপতি অদু বৃটিশ মচা (সাহেব)নি, মমিংনা এ ও হ্যুম কৌই।

মতৌ অসুন্না মণিপুরগী রাজনিতি দল অমা লিংখৎকদৌরিবা অসিসু মণিপুর মহারাজগী পেনগদৌবা মওংদা পুখৎলগা মালেম অসিদা লৈরিবা মৈতৈ পুন্নমক্কী লিচিং অমগী মনুংদা, অপুনবা শক্তম অমা পুরক্লবগী লম্বীদা ধর্ম্মগী মীংথোলদা

লিংখত্তুনা, মদুগী প্রসিডেন্ট মণিপুরেশ্বর মহারাজবু ওইহনবা, লম্বী অশোমদা চং শিল্লবদি মহারাজগী সনা পুক্লিংসু পেনবিবগা লোয়ননা য়াবিরক্কনি অমসুং থবক অসি মায় পাক্কনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থম্লম্মী।

সভা অসিগী থৌরম পরেংদি ধর্ম্মগী মীংথোন্দা **নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা** হায়দুনা সভা অমা লিংখৎনবগী থৌরাংদা চংশিনবা হৌরকখি। মহাসভা অসি লিং খৎনবগী খোংজংদা ইরাবত, মহাক্না লুচিংদুনা মহাক্কা লোয়নবা মণিপুরগী শক্লাইরবা মীওইশিং অদুদি সর্ববশ্রী সোরোখাইবম থম্বৌ সিংহ, নোংমাইথেম থানিল সিংহ, হিজম অঙাংহল সিংহ, হিজম অঙৌবা সিংহ, লৌরেম্বম কামদেব সিংহ, লোংজম নিংথেমজাও সিংহ, হুইদ্রোম বিরহরি সিংহ, ডামুদোরচন্দ্র পাল সিংহ অমসুং তখেল্লম্বম দামুদোর সিংহ হায়রিবা ভদ্রলোকশিংসিগা লোয়নদুনা শ্রীফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মা, বিদ্যরত্নদা নুমিদাং চৎলগা ৱা থংলম্মী। অজ্ঞা, খৃঃ ১৯৩৪ ইং হন্দক্কী ফাইরেনগী নিনি পানবসিদা সনা কোনুংদা ঐখোয় খরা লাকচগে। মীরৈবাক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবা মণিপুরী ইজাতি খুদিংমক শ্রীযুৎ সনা য়াথংনা কৌবিদুনা অচৌবা সভা অমত্তং ফম্লবা থৌরাং তৌবিয়ু হায়না সনাচরন্দা হঙ্গৎচরগে, অদুদা অজ্ঞাসু য়াওবিয়ু হায়দুনা ৱা থংলম্মী।

শ্রীদ্বিজমনিদেব শর্ম্মা, শ্রীকোইজম অমুবী সিংহ, শ্রীখুমনথেম মুহিন্দ্রো সিংহ, শ্রীললিতা মাধব শর্ম্মা, শ্রীবঙ্কবিহারি শর্ম্মা, শ্রী সোরোখাইবম ললিত সিংহ, শ্রীমুতুম যুলোন সিংহ। অতৈ তুংইনবা খরা অমসু লোয়ননা সনা কোনুংদা লাক্কুনা স্পোর্টকী মী কুনথ্রা রোমগা মণিপুর সনা কোনুং মনুং কাংজৈবুংগী তোমাল মখোঙদা শ্রীযুৎ মহারাজ লেংথোরকপা ঙাইদুনা লৈরগা মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহজী লেংথোরকপগা ময়াম চপ-মান্ননা খুরুমজখি। লোয়ননা ইরাবতকা লোয়ননা লাকমিন্নবা পুন্নমক্না মতম অদুদা মহারাজদা হঙ্গচরম্মী। শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী সনা হাক্তক অসিদা মণিপুরগী ৱাংমদা, মীরৈবাক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবা নপুধৌশিংগী সনা হাক্ততা অমদি ঔরা লান্দা চহি তরেৎ খুনতাকখিবা মতমদা লানগাইনদুনা লানজেন্নখিবা, খুন্দা লৈতাখিবা ইজাতিগী মৈতৈ পুন্নমক অমুক্তং খোমজিনবিদুনা মণিপুরী জাতি পুন্নমক্কী ওইনা শেমগৎ শাগৎপিরম্মু অমসুং নুংশিবগী লংলানা চেৎনা পুনশিনবিদুনা লমজিংবিরম্মু হায়না শ্রীযুৎতা হঙ্গৎচরম্মী। মতাং অসিদা শ্রীযুৎনা ঙাইহাক্তং সনা বুধি তৌরগা হরাও তয়াম্না শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যরত্নদা ময়াম্না হায়রিবসি অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা ঐঙোন্দা ঙসিমক খংহল্লু হায়না সনা য়াথং তাকপিরম্মী। খুদক অদুমক্তদা শোক ১৯৩৪ ইংগী মে ৩০ না খ্বাইদগী হেন্না ফবা নুমিৎনি হায়না হঙ্গৎখি।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই সি বি ই-না সভাপতিগী ফমফমলাংদা লেংশিনবিদুনা শোক ১৯৩৪ ইং মে ৩০, কালেন থাগী ১৭ পানবা ইরাই নুমিৎত্তা সনা কোনুংগী ৱাস মন্দোলদা অহানবা অধিবেসন ফমখি। অধিবেসন্না রিজোল্যুসন কুন্নিথোই তাখি।

ইরাবত নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা অধিবেসন ফম্নবগী স্বাগতকারী সভা (রিসেপশন) গী সভাপতিনি। অধিবেসন অসি মায় পাক্লা পাং থোক্নবা থৌরাংদা করিগুম্বা অমত্তা সরক শিহন্দনা ফজনা শিনখিরম্মী। শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ কে সি এস আই সি বি ই-না সভাপতি অমসুং ইরাবতপু জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনা খন্দুনা মেম্বর ১৭ কী ৱার্কিং কমিতি অমা অধিবেসন অদুনা শেমদুনা থম্লম্মী।

ইরাবত তেক্ত কায়দনা মালেম অসিদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী অপুনবা, মপাঙ্গল কনবা সভা অমা লৈহনবা ঙম্লকপসি মহাক্কী মপুন্সিগী থৌরম পরেং য়াক্তুনা চংশিল্লকপা খোংজংদা অচৌবা মায়পাকপা অমনি হায়না লৌরম্মী। মহাসভা অসিনা মতম অদুগী ধর্ম্মগী মিংদা ওৎলম-নৈরম্বা, লায়রবা প্রজা মীয়ামদা অৱাবা চৈনা-চৈথেং পীরম্বা, পোকপদগী অৱাবা পোৎলুম কোকথোং পুদুনা লাকপা মীপুম খুদিংমক খরতা ওইরবসু তপ্না-তপ্না কোকহনবা ঙমগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। মতৌ অসুন্না মালেম অসিদা লৈরিবা হিন্দু মণিপুরী খুদিংমক্না য়াওবা য়াবা ধর্ম্ম সংস্থান অমগী মীংথোন্দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা হায়না কৌরগা ইরাবতকী লমজিংদা মপাঙ্গল কনবা অচৌবা রাজনিতি দল অমা লিংখৎলি।

মহাসভা অসিনা মণিপুরদা ৱাজনিতি দল অহানবনি।

মণিপুরগী অহানবা মপাঙ্গল কনবা রাজনিতি দল অমা ইরাবতনা লুচিংদুনা লিংখৎলে হায়বদা লানদ্রে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী থৌরম পরেংগী মরুওইবদি মালেম অসিদা লৈরিবা মণিপুরী (মৈতৈ) পুম্নমকপু খোঙ্গুল লিরগা, লিপুন অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা মরাচেৎপা মপাঙ্গল কনবা জাতি **ফরুপ** অমা নিংখা তম্নালৈবনি। থৌরম অসিগী মতুং ইন্না মণিপুরগী মপান্দা মীরৈবাক্তা মণিপুরীশিংনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা মফমদা চত্তুনা মহাসভা ফমলুনবা থৌরাং পায়খৎলকখি। নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেসন আসাম প্রদেশকী কাছাড় জিলাগী শিলচর তারাপুরদা ইংশোক ১৯৩৬ জানুয়ারি ২৬ তগী ৩০ ফাওবা চীং লেম্না মায় পাক্লা পাংথোকখি।

অহুমশুবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অধিবেসন ব্রম্মা লৈপাক্কী মন্দলে সহ্রদা ইংশোক ১৯৩৭ কী ফেব্রুয়ারি ২৮ দগী মার্চ্চ ২ ফাওবা চীংলেম্না মায় পাক্না পাংথোকখি। মতৌ অসুম্না মীরৈপাক্তা চৎ চৎতুনা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাগী অধিবেশন ফমলুরবা মতুংদা মালেম অসিদা লৈরিবা মণিপুরী পুন্নমক্কী খোঙ্গুল লীবা লোইদুনা মণিপুরী জাতি অসি মরা চেৎপা পাঙ্গল শেম্বা লোইরে হায়না ইরাবতনা লৌখি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি রাজনিতি দল অমা ওইনা চোংথোকপা অসি মতাং চারে মতিক চানা মপাঙ্গল কল্লে হায়না বিপ্লবী মহাক্না অচেৎপা থাজবা অমা থমলম্মী। মহাসভা লিংখৎত্রিঁডেদগী হৌনা মহাক্কী অনিংবা অমগী লম্বীদা লিংখৎলকপা ভলন্টরি ওর্গেনাইজেশন পুন্নমক্কা মহাসভাগা মরি য়াম্না ফজনা থমদুনা তেংবাংনরগা লাকই। মহাসভানা য়ুম্ফম (প্লেটফোর্ম) ওইবা থৌরম পরেংগী মনুং চনবা ভলন্টরি মাস ওর্গেনাইজেশনশিং ১) ছাত্রশিংগী স্কাউদ ২) সেবা সমিতি, ৩) মণিপুর প্রজা মন্দল ৪) মণিপুরী প্রজা সম্মেলনী, ৫) মণিপুর কৃষক সভা, ৬) মণিপুর প্রজা সঙঘ, ৭) মণিপুর মহিলা সম্মেলনী, ৮) মণিপুর ছাত্র সম্মেলনী, ৯) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১০) মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়ন, ১১) মণিপুর টাউন ক্লব, ১২) ইম্ফাল রিডিং ক্লব, ১৩) মণিপুর প্রইমারি টির্চার্স এসোসিএসন, ১৪) মণিপুর ষ্টুদেন্টস ফেদরেসন, ১৫) ওল মণিপুর য়ুথ লিগ, ১৬) মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি অমসুং রেডগার্ড (রেড আর্মি) নি। অসিতা নত্তনা অচেৎপা থাজনবা মরুপ ওর্গেনাইজেশনশিংগী মনুংদা ১) তাংখুল্লোং, ২) কুকি নেসনেল এসেম্বলী, ৩) কবুই এসোসিএসন, ৪) খুলমি ইউনিয়ন, ৫) মিজো ইউনিয়ন অমসুং ৬) মৈতৈ ফুরুপ অসিনচিংবা অসিনি। য়েংগদবদি ওর্গেনাইজেশনশিং অসি নোংমদা নিনিদা হেক্তা লিংখৎখিবা নত্তে। শিনফমগা চান্নবা, ভলন্টরি ওর্গেনাইজেশন অমসুং পেন্দবনা থল্লবা প্রজা মীয়ামনা পাল্লিবা সরকার অদুগী মায়োক্তা হৌবা ইহৌ চংশিল্লকপা মতমদা ইহৌ মনুংদা লিংখৎখিবা ওর্গেনাইজেশন ঙাক্তনি। মতম অমসুং মফম চানা ইহৌ শাগৎপা, ওর্গেনাইজেশন লিংখৎপদা থোইদোক্না হৈ-শিংবা বিপ্লবীনি।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা রাজনিতি দল ওইরবা মতুং ফাওবা বিপ্লবী মহাক্না লিংখৎলকপা অমসুং মরি থন্নরকপা ওর্গেনাইজেশন ময়াম অসিনা মহাক্না চঙশিল্লকপা লানজং খুদিংমক্তা বিপ্লবী লান্মী অমগী থৌদাং লৌদুনা চঙমিন্নরকখি। মরুপ মপাং ওইনা অমসুং চেৎনা লোয়নরকপা ত্রাইবেল ওর্গেনাইজেশন্নচিংবা পুন্নমক্না ইরাবতকী মতুংদা লেপ্তুনা য়েক্লবগী মায়োক্তা লৈতুম অমত্তং খুল্লগা লংবা য়াওরকখি হায়বদা হায়মনবা থোকত্রবা ৱাহৈনি। মতাং অসিদা পনবা য়াই মদুদি, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি ইরাবতকী লমজিংদা রাজনিতি লম্বীদা তপ্না-তপ্না খোংদাবা হৌবগা লোয়ননা অসোমদা ভারত শিনবা থুংনা মহাত্মা

গান্ধীগী লমজিং মখাদা থুমখোংগী অন্দলোন, বারদলী সত্যগ্রহ অন্দলোন, অসহজোক অন্দলোন (নন-কোওপরেশন), স্বদেশী অন্দলোন্নচিংবা মখল মখা কয়াগী অন্দলোন ভারত শিন থুংনা হৌরকখি। মহাত্মা গান্ধী অহিংসা অন্দলোন্দা নত্তনা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা খুৎলাই পায়দুনা তেরোরিষ্ট মুভমেন্ট ভগৎ সিং, খুদিরামগী লমজিংদা পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গোলনচিংবা ভারতকী মফম কয়াদা খুৎলাই পায়বগী লানহৌ হৌরকখি।

হৌরকইবা লানহৌ অদু নমথমবগীদমক্তা সম্রাজ্যবাদনা ভারত মচা লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইদুনা ফারগা বিচার তৌদনা জেলদা থমজিল্লে। ভগৎ সিং, খুদিরাম্নচিংবা ফাসি তৌদুনা হাৎখ্রে। অন্দলোনদা মতেং পাংই হায়দুনা সরকারগী কর্ম্মাচারি মশিং লাকঙমদনা থবক্তগী লৌথোকখ্রে। অন্দলোন নমথনবা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা অকনবা রিপ্রেশন লৌরকখি। জালিয়ান্‌ৱালাবাগতা বৃটিশ লান্মীগী মকোক জেনেরেল দায়ারনা প্রজা মীয়ামগী মিটিং অমদা মার্শেল লো দিক্লার তৌদুনা নোংমৈ অমদি মেছিন গন্না কাপ্পুনা হাৎখ্রে। অদুবু নিংতম্বগীদমক্তা হৌরক্লিবা অদুবুদি নমথবা ঙমখিদে। অহোইনদুম অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম থোকখি।

স্বদেশী অন্দলোনদা ইরাবত

মতম অসিদা ইরাবত নিং হন্নবা তৌদনা অনাইলংগী ফিজোল বিপ্লবী ফিজোল গান্ধী তুপী উপ্লগা বিপ্লবী শ্লোগান "বন্দে মাতরম" লাওদুনা স্বদেশী অন্দলোন্দা খোংদারক্লে। মণিপুরদসু বিলাতি পোৎ শিজিন্নদনবা, ইরৈপাক্কী শিজিন্নবগী অকনবা অন্দলোন বিপ্লবী মহাক্কী লমজিংদা চং শিল্লকখি। ইরাবত মশামক্কী অমসুং মহাক্কী নুপী মচা ইবেম্মগী শিজিন্নরম্বা বিলাতিগী ফিজোল, ফিরোন অমসুং ইমুংগী অকে অমৌগী শিজিন্নরম্বা পোৎ-চৈ পুন্নমক চৈরাপ মমাংদা পুথোক্লুনা মৈ থাখি অমসুং মাঙহনখিবসি মনিপুরগী মনুংদা মহাক মতোমতনি। মদুদগী মশামক, মহাক্কী নুপী অমসুং মহাসভাগী কর্ম্মী অয়াম্বা অনাইলংগী ফিজোল ফিরোল অমদি ইরৈবাক্তা থোকপা পোৎথোক শিজিন্নবা হৌরকখি।

# কলচরেল রিভোল্যুশন

ইরাবত মহাক অসি থবক অমা তৌগেনিংবমক্তদা তৌগদৌরিবা থবক অদুগী থৌরম য়াৎপা (প্লান), থবক অদুগী মাই পাকপা-পাক্তবা মহৈ (ফল) অমা খঙবা হায়বসি হৌনশা ওইরকই। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসি লিংখৎলকপগী মরু ওইবদি, হিন্দু ধর্ম্মগী মীংথোলদা পাল্লিবা নিংথৌগী সাশনগী মনুংদা ব্রহ্ম সভানা ওৎ-নৈরিবা অসি মরু ফুক্তোকখিবা, মালেম অসিদা লৈরিবা মণিপুরী জাতি পুম্নমক পুনশিন্নদুনা "মণিপুরী জাতিগী পাঙ্গল শেম্বা" মথংদা রাজনিতি দল অমা ওইনা চোংথোক্তুনা নিং-খাতম্বগী লানথেংনবা, থৌরম পরেং অসিগী মতুং ইন্না লিংখৎখিবনি।

মহাসভা লিংখৎলকপা নুমিত্তগী থেংনরক্লিবা অওৎ-অনৈগী মনুংদা মথং মনাও নাইনা শেংদোক্লকপগী মনুংদা ১) মণিপুরগী কায়বা য়াবা মওংদা সুর্মা ভেলিদা লৈরিবা মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়া অনিমকতা নুঙাইতবা ৱাহৈ গোর্ভর্মেন্টতা পীবা মেমোরেন্দমনচিংবদগী লৌথোকউ হায়না ৱারেপ তারম্বা, ২) মণিপুরী পুম্নমক ইউনিভরসিটিনা রিকোগনাইজ তৌরিবা মণিপুরী লোল স্কুলগী ভার্নিকুলার ওইনা তম্বগী ৱাফম, ৩) মণিপুরীশিংনা অতোপ্পা জাতিগী নুপী লুহোংবদা অথিংবা থমদবা, ৪) ব্রাহ্মনশিংনা মৈতৈ নুপী লৌরগা মখুৎ চাবিদবা, মহাক্না পোকপা মচা চাকইন খোমইনবা য়াদবা, করিগুম্বা খাইনবিরগা মপামগী চফু চাবা য়াদবা অতোপ্পা মৈতৈ অমদা ময়ুম অমুক পানবা য়াদবা অসিনচিংবা অৱাবা মায়োক্নৈ। মৈতৈ নুপী অদুনা মপামদা হাল্লক্তুনা লৈবা থোক্লবদি মহাক অদু মৈতৈ নিংঙোল অমা ওইনা লৈগনি হায়না মহাসভানা অকনবা ৱরেপ লৌরম্মী। মণিপুরীশিংনা নন-মণিপুরী নিংঙোল লৌদুনা নত্রগা মণিপুরী নিংঙোল অমনা অতোপ্পা নন-মণিপুরীদা ময়ুম পানবশিং জাৎ তারে হায়দুনা ইনথোক্তুনা থম্বিরম্বা পুম্নমক শেংদোক্তুনা লৌখৎলম্মী। খুদম ওইনা হুইদ্রোম অমুবী সাহেবনা লৌরম্মী হায়না ইনথোকপীরম্বা লৌখৎলম্মী। ব্রম্মাদা লৈবা মণিপুরীশিং ঔৱা নিংঙোল লৌদুনা জাৎ তাখিবা নত্রগা মণিপুরী নিং ঙোল ঔৱাদা ময়ুম পানখিদুনা জাৎ তারে হায়না মণিপুরী সমাজদগী ইনথোক্লম্বা পুম্নমক মহাসভানা লৌখৎলম্মী।

ইরাবতনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ব্রম্মা মন্দলেগী অহুমশুবা অধিবেসনদা "সহকারি সভাপতি শ্রীযুক্তা ইরাবত সিংহগী অভিভাষন"দা থোইদোক্লা থম্মোয় কায়না তেংথারম্মী। মদুদি ব্রম্মদেশতা লৈবা মণিপুরীশিংনা ইজাতি থাদোক্তুনা চৎখিবা মণিপুরী পুম্নমক ইজাতিদা অমুক হলক্লবগীদমক্তা থম্মোয় শোক্লা আপিল তৌরম্মী।

ব্রম্মাদা মণিপুরী স্কুল লিংদুনা মণিপুরী তম্নবা ৱারেপ লৌরম্বগা ইরোইননা ব্রম্মাদেশ মনুংদা অনিশুবা মণিপুর লৈপাক অমা লৈহনশি হায়বা ৱাফম অসি ফোংদোক্লম্মী। মহাসভানা ধৰ্ম্মগী ওইবা থৌরম খীবিক্তা মণিপুরী লোল শিজিন্নবা, মণিপুরী ঈশৈ শক শোনবগী অকনবা ৱারেপ লৌরম্মী। মণিপুরী ঐখোয় ব্রাহ্মনগী লৌবুক ওইরুবা অরানবনি হায়বা ৱাফম ফোংদোক্লম্মী। হায়বদি ধৰ্ম্ম অসি ব্রাহ্মনতগী মখুত্তা শিন্নবা অরানবনি।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসিনা মতম অদুগী অওৎ-অনৈগী মায়োক্তা অচৌবা রিভোল্যুশন (বিপ্লব য়াওন) অমা মায়পাক্না পাংথোকখি। ইরাবতনা মতিক মঙাল কারিঙৈ লৈপাক্কী অঙম অথৌ-সদর পঞ্চায় মেম্বর ওইরিঙৈ, মহাক্কী মখুত্তা শক্তি পায়রিঙৈ, শক্তি পুন্নমক লৈপাক্কী কান্নবদা শিজিন্নখি। প্রজা তোল্ল-তারবা মীয়াম কন্ননবগীদমক্তা পাল্লম্লীবা নিংথৌ অদুগী মায়োক্তা অকি তুজুংবা করিমত্তা পোক্তনা লানথেংনখি। নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভানা মাংঙে হায়দুনা ইনথোকপা মীওইশিং, কৈরোই লৈকাইগী মীওইনা হন্না-তুনা য়েংবিদ্রবা, কনাগুম্বা অমত্তা চংবিদ্রবা ইমুংশিংদা অশি-অনা য়াওবক্লবা মতমদা মী অশিবা পোৎলোইদনা লৈরবা মতমদা "অশিবা অদু পোৎলোইগে" হায়রবদি লুপা ৮০।০.৯ পাই (মরিফু শিকি পাই মাপন) ব্রহ্মসভাদা পীরগা প্রাইচিৎ তৌরগা পোৎলোইবা তাবনা শেল লৈজদবা প্রজা অশিবা ইমুং অদু হা হা কার লাওরবা মতমদা, অসিগুম্বা অৱাবা পাউ অসি ইরাবতনা তাবগা, খুদক্তা পঞ্চায় কোর্টগী থবক পুন্নমক থাদোক্লম্লগা দোলাই পাবশিং পুদুনা শিরিবা খুল, লৈকাই, ইমুং অদু তান্না তনচৎ চত্তুনা কৈরোই লৈকাইগী মী কোয়খোম খোমদুনা হিন্দু বৈষ্ণব ধম্মগী চৎনবী মতুং ইন্না মী অশিব অদু পোৎলোইরুই। ইরাবতকা থাজনা চেৎনা লোয়নরকপা মহাসভাগী কৰ্ম্মি ব্রহ্মনশিং অমাং অশেংগী ব্রহ্মাসভাগী মায়োক্তা লানথেংনরকপদা লোয়নরকপা সর্ববশ্রী বঙ্কবিহারি শৰ্ম্মা, ললিতা মাধব শৰ্ম্মা, কাশিরাম শৰ্ম্মা (তিনজো) নচিংবা মহাসভাগী কৰ্ম্মিশিংনি। ব্রহ্মসভাগী চৈনা-চৈথেং কিবদগী কনা খংদ-উদনা মী অশিবা পোৎলোইদবা (মৈ থাখিদবা) য়াওখিদবা নত্তে। পাও অসি ইরাবতনা হেক তাবগা থা অহুম লৈরোল চনখ্রবা লৈনুংদগী হন্দোক্লগা হিন্দু বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী হৌনবী মতুং ইন্না অস্তি সঞ্চয়, শ্রাধ অমত্তা কায়দনা চৎথৈ। মণিপুরগী পানা মরিগী লৈকাই, খুঙ্গংশিংদগী পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা দুহারনচিংবা পালা তৌই হায়বমখৈ পঞ্চায় কোর্টকী সমন থাদুনা কৌখৎলগা বিপ্লবী মশানা ঈশৈ শক্তুনা শ্রাধ শক শোন্দুনা মায় পাক্না কৰ্ম্ম পাংথোকই।

নিংথৌ অমসুং ব্রহ্মসভাসু তুমিন্না কুম্মৈ য়েংদুনা লৈতে। মণিপুরগী পানা মরিগী লৈকাই অমদি খুঙ্গংশিংদা অমাংবা ইমুংদা চণ্ডদুনা পোলোইবা, শ্রাধ কর্ম্ম শক শোল্লুবা, পুং ঈশৈ তৌবা পুন্নমক মাংঙে হায়না ইনথোক্লক্লে। মাংলে হায়না ইনথোক্লকপা অসিদা ইরাবত অমসুং মহাক্না লৈরিবা লৈকাই য়াইস্কুল জন্মস্থান য়াওনা ইনথোক্লক্লে। নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভানা ইরাবতপু মাংঙে হায়না ইথোক্লুবসি অরায়বা অমা ওইরকত্রে। মরমদি মহাক অসি অচম্বা মীশক নত্তে, পঞ্চায় মেম্বরনি। কোর্ট কাদবা য়াদে। সদর পঞ্চায় কোর্ট অমসুং পঞ্চায় মেম্বর ষ্টাফ পুন্নমক মাং বা তারিব্রা হায়বা ৱাফম অসি লৈবাক প্রজা মীয়ামদগী লাক্লদবা নত্তে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী জেনেরেল সেক্রেটরিনি, মহারাজনা সভাপতিনি।

মতৌ অসুন্না হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সংস্থান অনি মহাসভাগা ব্রহ্মসভাগা অকন্নবা লানথেংনরক্লে। হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা লৈপাক প্রজা মশিং য়াম্বনা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মতুংদা খোংফম চেৎনা লেপখ্রে। হায়বদি ইরাবতকী তুংদা লেপখ্রে। অমাংবনা মশিং লাকঙমদনা হেল্লবনিনা ব্রহ্মসভাবু অমাংবা প্রজা মীয়ান্না ইনথোরক্লে। ব্রহ্মসভাদা লৈহৌরিবসি নিংথৌ অমদি হেনফদবা ব্যবস্থাকারি ব্রাহ্মন রত্ন খরা নত্তনা লৈহৌদ্রে। ইরাবত লানথেংনবদা হৈথোই শিংথোইবা মীশক্নি। মহাক্না ব্রহ্মসভাবু কাচিন অমদা হোইজিন্দুনা নমশিল্লগা পুনশিন্দুনা থমখ্রে। হায়বদি, ব্রহ্মসভাগী ব্যবস্থাকারি শ্রীঅতোম্বাপু দেব শর্ম্মা বিদ্যারত্ন অমসুং শ্রীলাইময়ুম লৈরেনজাও শর্ম্ম রত্নচিংবগী মথক্তা মণিপুর ষ্টেট দরবারদা ক্রিমিনেল কেশ অহুম থাঙ্গৎখি। অহানবা কেশ ক্রিমিনেল কেশ নং ৬।১৯৩৮ ইং, শ্রীবঙ্কবিহারি শর্ম্মনা থাঙ্গৎখি। অনিশুবা কেশ ক্রিমিনেল কেশ নং ১৮।১৯৩৮ ইং, ইরাবতনা থাঙ্গৎলি। অহুমশুবা কেশ ক্রিমিনেল কেশ নং ৫৬।১৯৩৮ ইং শ্রীললিতা মাধব শর্ম্মনা থাঙ্গৎলি।

কেশশিং অসি মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিদেন্ট মিঃ আর ঐচ মেকডোনেল্ড আই সি এস - না বিচার তৌই। কেশ অসি লোইরে মথংগী তারিখ অমদা রাই হায়দোক্কনি হায়না লাওথোক্লে। কেশ অসি ব্রহ্মসভাগী খুদোংথিনিঙাই ওইরে হায়না খঙবদগী, মহারাজনা কেশ ফাইল দরবারগী প্রসিদেন্টতগী লৌখৎখ্রে, হায়রিবা তারিখ অদুদা হায়দোকখিদ্রে।

কেশ অসিগী রাই হায়দোক্কনি হায়বা তারিখ অদুগী মমাংদা শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যরত্নদি নবদ্বীপ্তা চৎলমলে। মণিপুরদা লৈরমদ্রে। কেশ অদু মহারাজনা নমশিন্দুনা থমখ্রে, রাই অদু অমুক হায়দোকখিদ্রে।*

---

*( নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা - লোইতাম য়াইমা সিংহ, শ্রীআর কে মাইপাকসনা সিংহ)।

তিংখং অমা য়ুরবদি তিংখং অমনা হন্দোক্লুনা লৌথোকই হায়বসি চুম্লবা ৱাহেনি। হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অমত্তা ঙাইরবা মপাঙ্গল কনবা সংষ্ঠান ব্রহ্মসভাবু মপাল মরু ফুক্তোক্লুনা লংথোকখিবসি - ব্রহ্মসভাগী মায়োক্তা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সংষ্ঠান **নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা** লিংখৎলগা ব্রহ্মসভাগী মপাল মরা মরু ফুক্তোক্লুনা লংথোকখিবনি। মতৌ অসুন্না ধর্ম্মগী মীংথোন্দা ওৎলম নৈরম্বা অমাং অশেং পাজ নাপেৎ, চন্দোন শেমখাই লৌরম্বা শেনতেক পুন্নমক কক্থৎখি।

ইরাবতকী হৈথোই শিংথোইবা লালোং "কলচরেল রিভোল্যুশন"বু খা-নোং পোক এসিয়াগী মীয়াম্না ঙসি ফাওবা শিংথানরি।

(য়েংগদবাঃ- ব্রহ্মসভানা লৌখৎলম্বা থৌরম পরেংনা মণিপুরী জাতিগী লৈখা তানবা লম্বী ওইরম্মী।)

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা মপাঙ্গল কনবা মণিপুরী জাতি অমা শাগৎনবগী লম্বীদা, মণিপুরী কলচরবু পামজবশিং অমসুং ব্রহ্মসভানা মাংঙে "জাৎ তারে" হায়দুনা তানথোক্লম্বা পুন্নমক লৌশিন্দুনা মালেম অসিদা মণিপুরী জাতিবু শক তাক্লবগীদমক্তা লানথেংনরম্মী।

ইরাবত মমাক ইবুংঙো সদর পঞ্চায়েৎ মেম্বর অৱাংবা থাক্কী ফম্বে ফমদুনা লৈবাক্কী ৱায়েল চৈরাক তৌরম্বা কনাগীদমক্তানো? অৱাবা পোৎলুম কোথোং পুরিবা, ফিথোংনিংঙাই লৈতবা তোল্লবা, মীখা পোল্লবা মীগী সেবাগীদমক্তা মহৌশা লাইরেম্বীনা মহাকপু শিনথা পীদুনা থারকপনি হায়বদা ৱাহে অসি অরানবা ওইরোই। মরমদি মহাক্না শিজিন্নবা ঙম্বা শক্তি পুন্নমক শিজিন্নদুনা ধর্ম্মগী মীংথোন্দা নৈহৎলম্বা পুন্নমক মরু ফুক্তোক্লুনা লৌথোকখি। বিপ্লবী অসিনা মশাগী ওইজবা তানবা মীশক অমা ওইরম্লবদি, ফুরা দলাল, মনাই-মশল, খোংনেৎ কার (গাড়ী) না লৈতেংদুনা পানবা ঙম্বা মীশক্লি। মহাক্না পঞ্চায় মেম্বর ওইরিঙৈ, লাইরবা তোল্ল-তারবা লৌমীগী মথক্তা লৌপু লৌয়াম চাবশিংনা ঙম্মী মতাগুম ওৎ নৈরগা কেশ তৌশিনবিদুনা অৱাবা পীনবা থৌরাং চংশিল্লকপশিংদুদা লানজদ্রবা তোল্লবা লৌমীশিংবু কনবিবনা মহাক্কী ফীরেপনি।

খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি বিপ্লবী মহাক্কী লৌচা, মচাইবেম্মগী আউনলৌশিং উবা লৌমী লাইরবশিংনা চহি অমগী লৌশালনি হায়দুনা পীরবা খরনা পংপেন্দা পেনজবা মীশক্লি। ইরাবত থবক ৱানা নোম্লম্বদগী ঙাইহাক্তং পোৎথাবসি অঙাং শিংগা শান্নবনা মহাক্কী পোৎথাবনি। মহাক অসি অঙাংবু থোইদোক হেনদোক্লা লুনা তৌবা মীশক অমা ওইরম্মী। পঞ্চায় কোর্টকী কম্পাউনগী লম্পাক্তা কোর্টকী

থবক শুবদা ব্বারবা মতমদা ঙাইহাক্তং পোৎথাবসি অঙাংনা তেলঙ্গা পাইবা য়াওবা, অঙাংশিংগা উরাওবি তান্নদুনা শান্নবা, চৈতেক কোৎপি শান্নবা, লমজেল তান্নবা অসিনচিংবা শান্নবনা মহাক্কী পোথাজবা ওইজে। অনংবা ইমুংগী অঙাংশিংবু মফি মরোল থোনবিবা, লাইরিক তম্নিংবা তম্বা ঙমদবশিংগী লাইরিক, চে, কলম, পেনসিল লৈবিবা, ফী হুনবিবা, অঙাংশিংবু অফবা পাওতাক পীবা, লাইরিক তম্বদা মপুক্লিং চংহনবা, অঙাংশিংবু অথুম অহাও পীজদুনা লাইরিক তম্মু হায়না থেম্বা, অঙাং-শিংগী মরক্তা লাইরিক-লাইশু ফবা য়াওরকপদা বিপ্লবী মহাক্কী থোইদোক্লা হরাওজবনি। অঙম-অথৌ ওই হায়দুনসু মশাদা চাওথোকচদবা মীচম প্রজাশিংগা তোৎন-তিন্নদুনা ইচম চম্না লৈজবনা মহাক্কী নুংঙাইজবা ওইজে। মহাক্কী পুন্সিদা মচা মনাইদা তাথি তাওইনা তৌদবা, ইচম চম্না মচা মনাওগুমনা লোইনজে। মহাক্তা নত্তনা মহাক্কী নুপী সনাইবেম্মা ফাওবা নিংথৌগী মচাইবেম্মা ওইবগী চাওথোকচবা লৈহনখিদে। মীচম প্রজাশিংনা মহাক্কী মফমদা করিগুম্বা ব্বাহৈ খরা হায়জগে হায়দুনা কিন্না খংনা লাকচবা উবদা মহাক্কী মোমোন নোকপা মাইথোং অদুনা তরাম্না ওক্লগা লাক্লিবা মহাক্কী অনিংবা পুন্নমক ফোংদোকহল্লগা মহাকপু পেলহল্লগা থাবিখি।

ইরাবত মতম অদুগী মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা আউৎ বুক লাইরিক পাগনব-শিংগী মনুংদা অমনি। লাইরিক পাবগী মতম তোঙান্না কাইথোক্তে। ঐনা (অইবা) উজবা খংজবগী মনুংদা নুংথিল ঙাইহাক পোথাবা, নুংদাংগী তুম্বা চংবদা লাইরিক পাবসি হেনফদবা ওইনা লৌই। বাংলাগী দৈনিক আনন্দ বাজার (খবর), দেশ (চয়োলগী),অফাওবা কবি বঙ্কিমচন্দ্র, সরতচন্দ্র, রবিন্দ্রনাথকী গ্রন্থাবলি, শৈরেং কয়া, মহাত্মা গান্ধিগী য়ং ইন্দিয়া, বারদোলি সত্যগ্রহ, মাকসিম গোর্কিগী ইমা, এমিল বর্নসকী মার্কসিজম করিনো, কার্ল মার্কসকী দাস কেপিতেল, মার্কস অমসুং এঙ্গেলসকী কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টো, লেনিনগী ষ্টেট এন্দ রিভোল্যুসন, অমসুং মার্কস অমসুং লেনিনগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া পাখি।

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা রাজনিতি দল

ইংশোক ১৯৩৮ গী ডিসেম্বর ২৯ অমসুং ৩০ দা **নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী** মরিশুবা অধিবেসন মণিপুরগী চিংঙা লম্পাক্তা ফম্মী। মহাসভাগী অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা অধিবেসন ফাওবা মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিং কে সি এস আই সি বি ই - না মথংশিংনা সভাপতি ওইরকখি। মরিশুবা চিংঙা সেসন অসিদদি ইরাবতপু ডেলিগেৎ পুন্নমক্কা অমত্তা ওইনা পুকচেল তিন্ননা সভাপতি খনখি।

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সেসন বিপ্লবী স্লোগান "বন্দে মাতরম" লাওদুনা হৌদোকই। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা বন্দে মাতরম লাওবসি অথিংবা পীরম্মী। অঙকপনি মতম অদু "ইমাবু খুরুমজরি" হায়বা ৱাহৈশিং অসি ফাওবা শিজিন্নবা য়ারমদে। মরিশুবা চিংঙা সেসনগী ডেলিগেৎ পুন্নমক অমসুং ভিজিতর পুন্নমক বিপ্লবী ফীজোল শেৎলি। ডেলিগেৎ ভিজিতরশিংদা নত্তনা সেবাদল ভলন্টীয়ার পুন্নমক্কী ফীজোলনি। মতৌ অসুন্না চিংঙা সেসনদগী অহোংবা অমা লাক্লে। **নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা** মমিং হোংলে। **নিখিল মণিপুরী মহাসভা** হায়না কৌখ্রে। মহাসভা অসি মরিশুবা সেসন অসিদগী রাজনিতি দল ওইরে হায়না লৈবাক খংনা লাওথোক্লে।

নিখিল মনিপুরী মহাস ভাগী ৪শুবা চীঙা সেসন, ২৯-৩০ ডিসেম্বর ১৯৩৮, ইরাবতনা প্রিসাইদ তৌরি।

ইরাবতনা মশামক্তা সভাপতি ওইদুনা ফমখিবা মহাসভাগী মরিশুবা অধিবেসন অদুনা রাজনিতি, অর্থনিতি অমসুং সমাজিক্কী মরু ওইবা রিজোলুসন খরা লৌখি। সভাপতিগী অহানবা ভাষনমক্তদা মণিপুরদা পুর্ণ দাইত্বশীল সাশনতানবা, চীং তমগী সাশন পুনবা, রানি গাইডেলুবু জেলদগী থাদোক্নবা ৱাহৈশিং অসিগী মথক্তা

মণিপুরগী দরবার মেম্বরশিং অসি মহারাজগী অপাম্বা মীওই খন্দুনা হাপ্পনা ঐখোয় লৈবাক্কী সাশন তৌরি। দরবার মেম্বরশিং অসি প্রজানা খঞ্জবা মীহুৎ নত্তবনা প্রজা ঐখোয়গী য়াইফবা পুরক্লোই, প্রজানা খঞ্জবা মীহুৎনা সাশন তৌবতনা প্রজাগী য়াইফবা পুরক্কনি। অনিগুবা ৱাহৈনা লৌমী ইচিল ইনাওশিং চৌক্রিদা ফল্লিবা অঙম অথৌশিং অসিনা চৌক্রি তেক্কুনা ওনথরকপদা নোংমদি শোয়দনা নখোয়গী নখুবাক্তা তারগনি। অশুন্না রাজনিতি, অর্থনিতি অন্দলোনগী মৈখু চুখৎলস্মী।

চীংঙা সেসন্না লৌখিবা ৱারেপশিং ঃ- ১) মণিপুরদা পুর্ণদায়িওশীল সাসন লিংগদবনি, ২) সবালোক ভোৎনা মীখল তৌগদবনি, ৩) খুঙ্গংদা পঞ্চায়েৎ লিংগদবনি, ৪) চীংতমগী সাসন পুনগদবনি, ৫) রানি গাইদেলু জেলদগী থাদোক্কদবনি, ৬) য়ারেক শন্ত্রি, পিয়ন আমিন চাকথাক, পোথাং বেগার, দোলাইরেং কক্কদবনি, ৭) খুঙ্গং খুদিংদা স্কুল লিংগদবনি, ৮) ফ্রী কম্পলসরি প্রাইমারি ইদুকেসন পিগদবনি, ৯) খুঙ্গং খুদিংদা অনা লায়েংশং থমগদবনি, ১০) খুঙ্গং খুদিং দা শা-যনগী লায়েংশং থমগদবনি, ১১) খুঙ্গংদা পোষ্ট ওফিস থমগদবনি, ১২) লৌমীগী ইথৈ লৌখোং শেম্মু, ১৩) চীং, পাৎ তুরেল নিলাম কক্কদবনি, ১৪) পাটা মনুংদা হৌবা তেরা পাম্বীগী মহৈ মপুনা ফংহনগদবনি, ১৫) খেৱা শেল কক্কদবনি অসিনচিংবা ৱারেপ অসিগা লোয়ননা বন্দে মাতরম শ্লোগান গা লোয়ননা অকনবা অন্দলোনগী খোংজং সরকারগী মায়োক্তা চংশিনবা হৌরক্লে।

মহাসভানা রাজনিতি দল ওইরকপদগী মণিপুর ষ্টেট সরকারগী প্রেসিদেন্ট এ আর ঐচ মেকডোনেল্ড আই সি এস - না তাং ২১। ৩। ৩৯ ইংদা ওর্ডর অমা থোক্লে। মদুদি মহাসভানা রাজনিতি দল ওইরবনিনা সরকারগী কর্ম্মচারিশিং পুন্নমক, সরকারগী থবক থাদোকপা নত্রগা মহাসভা থাদোকপা অসিনি অশম্বা ৱাহৈদা ওর্ডর অদুগী মতুং ইন্না মহারাজ অমসুং সরকারগী কর্ম্মচারিশিং মহাসভাদা য়াওরম্বা পুন্নমক মহাসভাদগী তোক্লখ্রে। রিজাইন তৌনখ্রে। মতম অসিদা প্রজা মীয়াম্না ইরাবততা মীৎ থম্নরক্লে। ইরাবত করম তৌগনি। সনাশাবনা মৈ চংলুরবা শফরী লুপ্পুনা মচু শংলগা থোরকপা সনাগুম ইরাবত মশক শেংনা চোংথোরক্লে। ইরাবত চিংনবা লৈতনা সদর পঞ্চায়েৎ মেম্বরগী ফম থাদোক্লে, রিজাইন তৌরে। মেম্বরগী ফম থাদোকপগা লোয়ননা তলব অমসুং লৌচা থাদোকখ্রে। মহাক্কী নুপী মচাইবেম্মগী খুদোংচাবা ফংজরম্ব নিংথৌগা মরি লৈনরম্ব ওইজ-ওইথক পুন্নমক মহারাজদা কৎথোকখ্রে। ইরাবতনা মেম্বরগী ফম থাদোকপা অসিদা মণিপুর প্রজা পুন্নমক অঙকপা, অকিবা অমসুং মহাকপু হেন্না নুংশিবা পোকখি। মতম অদুদা ইরাবতগী মরুপ মহাসভাগী কর্ম্মি শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহ লৌরুশংগী কেরানি ফমদগী রিজাইন তৌদুনা ইরাবতকী তুং ইল্লকখি।

ইরাবত পঞ্চায় মেম্বরগী ফম থাদোকপদা নত্তনা সংসার অসিদা মীওইবগী অপাম্বা কলক-মীহৌবা, নাপল কাবা, অশাওবা, মশাগী ওইজবা পুনমক পুমথা থাদোকতুনা অনৌবা মপোক অমা পোকখ্রে। মহাক্কী নুপীবু মচল অমদা লোইনবগুম লোইনখ্রে। মহাক্কী নুপীনা নুঙাইগদবা অপাম্বা লম্বীদা চংখিবদা, মহাক্কী নুঙাইনবা শিনবিবা নত্তনা কলক মীহৌ পোকখিদ্রে। অঙকপা মপোক অমা তানখ্রে। ঙরাংদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ওইনা লৈরম্বা ঙসিনা অচম্বা প্রজা অমা ওইনা লেনখ্রে। মতম অদুগী অঙম অথৌশিংনা মহাকপু ৱাখল য়াওদবা মীওই অমনি হায়না লৌনরবসু তোঙ্গ-তারবা মীচম প্রজাশিংনা মহাকপু লাইপোক্লি "যুগকী অবতারনি" হায়না মীপুম খুদিংমক্লা শোন্নখি।

ইরাবত রাজনিতিগী লৌবুক্তা তুম্বা চাবা খংদনা নোমখৎলক্রে। নোংমদা পুং ৩ দগী হেন্না তুমখিদ্রে হায়বদা হেনজিনবা ৱাহৈ ওইরোই। চীং মান খুঙ্গং কয়া চৎতুনা লৌমীশিংগী চিঞ্জাক চাদুনা খাঙলক্রে। লৌমী মরক্তা চংদুনা লৌমী অন্দলোন শাগৎপা হৌরকখি।

## লৌমীগী অন্দলোন (কৃষক সভা)

শোক ১৯৩৬ ইংদা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মশা অমা ওইনা লৌমীগী অৱাৎ অপা মেনখৎতুনা লৌউ শিংউবা চাওখৎনবগী লমজিং পীনবা ইরাবতকী লমজিংদা কৃষক সম্মেলনি হায়না মিং থোন্দুনা কৃষক সভা লিংখৎখি। সভা অদুগী সভাপতি শ্রীসলাম হেরানন্দ সিংহ পঞ্চায় মেম্বর অমসুং সেক্রেটরি শ্রীমাইমোম মধুমঙ্গোল সিংহনা ওইরম্মী।

মণিপুর অসি ফীউদেল ইকোনোমিনি, ইন্দষ্ট্রি লৈতে। শেল লাকফম অসি লৌফমদগী নত্তনা অতোপ্পা লম্বীদগী লাকনিংঙাই লৈতে। প্রজাগী শেনথোক লম্বী অসি য়াম্না খুরম্মী। ষ্টেটকী ওইনা আই লাক্লিংঙাই অসি লৌগী মথক্তা ফোরেষ্ট, ফীশাবী খরা অসি পনবা য়াই। হেন্দলুম অসি হোম ইন্দষ্ট্রি অমা ওইনা মণিপুরী নুপীশিংগী লেমজনিংঙাই ওইবা শিমফমনি, মসিদগী শেনথোক খরা ফং লিবা অসি পনবা য়াই। লৌফমদগী পোথোক্তি ফৌনা মপুংনি। য়ুম অমসুং ইংখোল কোইবনচিংবদগী লাকপা আয়দি শিংথানবা য়াবা আয় নত্তে।

মণিপুর মীশিংগী চাদা মরিফুতরাদি লৌউ শিংউবা কাংলুপনি। লৌমী কাং লুপশিংনা মপুন্সি চুপ্পা কাঙ তুমিৎ মরক্তা লৈখোম লৈনাং তৈদুনা অহিং নুংথিল খাক্তনা চাদ-থক্তবমখৈ নোম্বদা চাক চরা অনি শুনা মপুক থন্না চাবা ফংজদে। খুদৈ থুংদবা শেক্তুনা পুখম তেঙ্গোৎ অকায়বদা চাক ইঞ্জাং হাপ্তুনা চারগা পুন্সি লেল্লি। মপুন্সি চুপ্পা শরু শয়াং তেকপমখৈ উজবা লৌফম অদুদগী থোকপা ফৌ অদু লৌমী অদুনা চাবা ফংজদে। মহারাজ, মহারানি, নিংথেম নুবিশিং, মহারাজগী মরি-মতা, ফম্নাইবা, অঙম-অথৌ লৌয়াম চাবশিংগী কৈদা ফৌ ময়াম অদু চহি খুদিংগী কৈ চোন্ন-চোন্ন পুখত্তুনা হৈরম্মী। লৌমীশিংনা ৱার-নংলবা মতমদা ফৌয়াম পৈরিবা মহাজমদগী মশানা উজদুনা লোকখিবা ফৌ, মশানা হৈজরুবা কৈ অদুদগী ফৌশিং অদু ফৌদোয় কারগা অমুক পুজরগা চারি। লৌয়াম চাবা মহাজনশিংনা লৌমীদগী লৌখৎপা মতমদা লৌশাল শংবাই অচৌবদা লৌই। পুথোকপা মতমদা মচাদা পুথোকই। শংবাইদা লিখায় লাইতং ফৌদোয় লৌরগা পুথোকই। অসুন্না লৌয়াম চাবা মহাজনশিংনা থাদোক থাজিন শান্নদুনা লৌমীশিংবু মীনাই শিংদা চল্লম্মী।

লৌমীশিংগী মরক্তা চামদা মরিফু মরৌ লৈজদবা ওই। লৌয়াম চাবা মহাজনদগী শাল্লগা উই। লৌশাল ফৌপোৎ তরানিথোই তম্বগী চৎনবী ওইনা লৈরম্নবসু, মদু আইন অমা ওইনা লৈরমদে। লৌয়াম চাবাশিংনা লৌনিংবা লৌশাল লৌরম্মী। লৌশাল পীনা পীনা লৌ শৎতোক শৎচিন তৌবা লৌয়াম চাবগী পোলিষিনি।

ময়াই ওইবা লৌমী কাংলুপ মশাগী লৌফমদগী থোকপা ফৌ, শন্না হায়রবদা লৌমীনা মশাগী চাবা ওক্লবা থমজরগা অথোয় অহেন ফৌ খরা তায়গে হায়বদা মশাগী মপোৎ অদুগী মমল মশানা অরেপ্পা মমলদা তাইবা ঙমজদে। য়োনগদৌরিবা মপু অদুনা মমল লেপ্গে। লৈগদৌরিবা মহাজন অদুনা মমল লেপ্পী। লৌমীনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল দুকানদা ফৌ তাইগে পুখৎলকপদা রানগদৌরিবা মহাজন অদুনা পীনিংবা মমল পীদুনা রালহৌই। রানবা মতমদা উচিখাং অমসুং থম্বদা কংশিল্লকপগী হিসাবতা সের ৫০ না মন শারগা রালহৌই। অসুন্না শেঞ্জাও পায়বা লৌয়াম চাবা মহাজনশিংনা লৌমীগী পুন্সিবু শেল থুমগী ফিভমদা থাদোক থাজিন শান্নদুনা মীনাই য়োৎহিলংনা পুন্দুনা থম্মী।

খুঙ্গংদা লৈবা লৌমী প্রজাশিং অরাবগী পোৎলুম কোকথোং অসি হাপকৎলকপা নত্তনা য়াংঙকপতি লৈত্রে। লৌবুক্তগী 'ই' খুদাপ অমত্তং ফাল্লুবা, চীংদগী শীং কোকথোং অমত্তং চল্লুবা, ইংখোলদগী তেরা হেকপা, পয়া পরল অমত্তং পুদুনা লম্বীদা চৎপা, য়ুম অহনবা শাবদা ফোরেষ্টনা ফীতা থাদুনা ওনবা অমদি ইংখোলদগী উ য়ান্দুনা হি শাজবা ইংখোলনুং পট্রালেন্দ মনুংদা হৌবা তেরা পুন্নমক ইংখোল মপুগী নত্তে, তেরা পুন্নমক ষ্টেট সরকারগীনি। ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী মী লাক্তুনা লফোয় মশিং থিরগদবনি। তেরা মহৈ পুন্নমক ষ্টেট সরকারগীনি। খোংবালদা অঙাংশিংনা খোই চোপ্তুনা ঙা ফাবা, ইন চিংবা, মশাগী লৌরক লৌখোংদা ঙাথি চাথি তৌজবা, পাৎতগী থাংজিং থরো থম্বাল, থমচেৎ হেকপা, ইকং থাদা থম্না মকোক খুনবা, কৌখা-থম্বৌ তানবা অসিনচিংবা খিবিক অসি ফিশরিগী পাৎ চাবগী পাৎশেল, থোং লানবগী খেরা পৈশা পুন্নমক অসি লৌমী প্রজানা কোকথোং পুরম্মী।

শেল থুমগী অরাবা পোৎলুম কোকথোং অসিগী মথক্তা (ক) য়ারেক শন্ত্রি, (খ) পীয়ন অমিন চাকথাক, (গ) পোথাং বেগার অমসুং (ঘ) দোলায় লেং অসিগী পোৎলুম কোকথোং অথোইবনি। খুঙ্গংদা পীয়ননা চে সমন থিনবা চৎপদা অমসুং লৌরুংশংদগী অমিন মুহোরিশিংনা খাজনা থৌবা চৎপদা মখোয়না অহিং লেকপা মফম অদুদা প্রজানা মখোয়গী নুংঙাইনবা শিন্দুনা লৈহনগদবনি। মখোয়না নুংঙাইনা চা থক্তুনা মৈফু মখ্বাং য়াইদুনা তুম্লগা খুঙ্গংগী মীকোক তরা নত্রগা কুন শিনথা পীদুনা অহিং মিশেন খাঙদুনা শঙবা, মখোয়না চানিংথকনিংবা ঙা-চাক শঙ্গোম অহাও অথুম খুল অদুনা দন্দি ওইনা পীগদবনি। খুঙ্গং অদুদা কনাগুম্বী চনু নিংঙোল মশক মতৌ ফজবী, মখোয়না মীতাবীশিং অদু কৌহল্লগা দন্দি ওইনা মখোয়গী চাক - ঈশিং থোংহনবা, মখোয়গী মপুক পেন্নবা সেবা সেবী তৌহনবা মহারাজগী সনা য়াথংনি। তাবদা তুজুংবা পোক্লবা থম্মোয় কায়বা অসিগুম্বসিনা

ৱায়েল চৈরাক্নি। হায়রিবশিং অসিদা নিঙাই শংদানবা মীশক অদুবু সনা য়াথং থৌওইদে হায়দুনা পাং তিংদুনা চৈনা ফুই।

খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অতোপ্পা অমদা হোংবা তাবদা শিনথা পিনদুনা মখোয়গী মপোৎ মচৈ থিল্লুবা মীনুংশি খংদবা মীওই য়াওরগা দোলায় তোংহল্লগা থিল্লুবা, চীং মান্দা চৎপগী অকা-অকুম দোলায় লেং ৱায়েল পথাপনি। লৌমী প্রজাশিংনা মীওইবগী হরাও তয়ামদুনা নোংমতবু মায় হায়গত্তুনা খোল থোক্না নোকপা ফংজদে। মতম অদুগী মণিপুরগী লম্বী থোং চাওখৎলমদে। খুল অমদগী খুল অমদা চৎথোক চৎশিন ফাওনবা ৱানরম্মী। শম্না হায়রবদা লৈবাক অমগী কোনুং ময়োল ইস্খাল ফাওবা লমজাও মতেক খরদা নুং খর-খরা থারম্মী। হেক হাইথখিবদা নোংজু থাদদি শোরোক্তো লৈখোমনা খুকউ হেন্না পুখদুনা চৎপা ঙমলমদে। খুঙ্গংগী লমদা ডাক্তর লৈরমদে। পাউ চৎথোক চৎশিন ৱানরম্মী। লাইরিক লাইশু হৈবা মশিং য়ান্নমদে। কোর্টকী সমন লাকপা নত্রগা লংফৈদগী চিঠি পীরকপা পাবিনবা লৈরমদে। খুঙ্গংগী লম খরা এল পি স্কুল লৈরম্বা নত্তনা মফম অয়াম্বদা স্কুল লৈরমদে। মণিপুরগী ওইনা হায়বা তারবদা, কলেজ অমত্তং লিংনবা মহারাজদা হঙ্গৎলুবা মতমদা লাইরিক হৈরগা ঐবু উশিত্তে হায়দুনা য়াখিদে। মেত্রিক পরিক্ষা থাবা মপান্দা চত্তুনা থানরম্মী। মতম অদুগী মণিপুরগী শক্তম অদুদা কৃষক সভানা লৌখৎলকপা শ্লোগানশিংদি ঃ- য়ারেক শন্ত্রি, পিয়ন অমিন চাকথাক, পোথাং বেগার, দোলাইলেং ককথৎলু, ফোরেষ্ট টোল ষ্টেশন লৌথোকউ, খুঙ্গংগী চীং পীগদবনি, চীং-পাৎ-মতু (গ্রাস মহল) নিলাম ককথৎলু, শের নিফুনা মন শাগদবনি, লৌমীদগী লৌ শৎপা য়াদে, উতোং ৬৪ গী শংবাইদা লৌশান লৌগদবনি, ইংখোল পট্টা মনুংদা হৌবা তেরা নিলাম ককদবনি, লৌয়াম চাবা নিতি মুৎথলু, লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু কৃষক মজদুররাজ লিংখৎকদবনি।

## আইন অমান্য অন্দলোন

দাবী শ্লোগানশিং অসিগা লোইননা মনিপুর শিনবা থুংনা শোক ১৯৩৮ ইংদা, লৌমী অমসুং মণিপুর প্রজা মীয়ামগী অচৌবা আইন অমান্য আন্দোলন অমা ইরাবতকী লমজীংদা চংশিনখি। লৈবাক মীয়াম্না খেওৱা শেল "থোং নত্রগা হিলানশেল" পীদনা নমদুনা লাপ্লে। খেওৱা নিলাম ওক্তুনা ফমলিবা মী অদুগী শং (য়ুম) শিদোকতুনা তাম্থোকলে। খুঙ্গংদা য়াইরেক শন্ত্রি পিয়ন আমিন চাকথাক পোথাং বেগার দোলাই লেং অওৎ অনৈ পুম্নমক খুল-খুলগী লৌমী প্রজা মীয়ামগী অপুম্বা মিটিন ফমদুনা শিষ্থা পিনদ্রবা অমসুং শিষ্থা লৌনদ্রবা হায়না অকম্বা ৱারেপ লৌনরে। খুল-খুলগী মীয়াম্না সরকারগী হুকুম ইন্দ্রে "অমান্য তৌরে"। ইংখোল পাট্টা মনুংদা হৌবা তেরা পাম্বীদগী মনিংতম্না তেরা হেক্তোলে। অশুম্না

কৃষক-সভানা খুঙ্গংগী অওৎ অনৈ পুম্নমক মরু ফংনা ফুক্তোতুনা লংথোকখিনবা; মণিপুর সরকারগী মায়োক্তা আইন অমান্য আন্দোলন চংশিনখি।

অতোপ্পা মাইকৈ অমদনা, প্রজা মন্দলগী ভোলুন্টিয়ারশিংনা খুইরমবন্দ দুকান্দা ফৌ তাইবা লৌমীশিংবু লমজিংদুনা ফৌগী মমল, মপু মশানা লেপচরগা, সের ৪০ (নিফু) গী মনদা তাইনবা অকনবা আন্দোলন চংশিললক্লে। সরকারগী মায়োক্তা মণিপুর শিনবা থুংনা থক্ খা তূনা অকন্বা ইহৌ অমা ফুজিললকখি। চৎথরিবা আন্দোলন অসিগী মনুংদা, আসামগী ডিগবোই থাও খোনিগী শিন্মী মীয়ামগী অচৌবা ষ্ট্রাইক অমা চৎথরকখি। ষ্ট্রাইক অদু নমথনবা, শিন্মীশিংগী মথক্তা বৃটিশ সরকারগী সিপাইহিনা নোংমৈ কাপ্তুনা শিন্মী খর হাৎখি। মতম অসিদা ইরাবতকী লমজিংদা, মহাসভানা অকন্বা ব্বারেপ লৌদুনা বৃটিশ সরকারবু তিব্র-নিন্দা তৌখি। থবক্কী মনুংদা ইরাবত শরক অমত্তা শিহনদে। মণিপুর লৈবাক প্রজা মীয়ামগী আইন অমান্য অন্দোলনগী ভোলুন্টিয়ার লুচিংবা কয়া ফা-পুনবা তৌরকলে। আন্দোলনগী লুচিংবশিং জেল পীরে। জরিমানা তৌরে। মণিপুর সরকারগী অকন্বা দমননিতি (রিপ্রেসন) হৌরকলে। আন্দোলন অদুগী লুচিংবা শ্রীলাইশ্রম মেরা সিংহ (য়াইরিপোক) শ্রীকারাম বিদুর সিংহ, (ব্বাংখৈ) শ্রীতেনগুবম লমফেল সিংহ (তোপ) শ্রীমাইবম কোকঙাং সিংহ (নহারুপ) শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহ (চিঙামখা) অসিন-চিংবা।* আন্দোলন অসিদগী লৌমী প্রজা মীয়ামগী মথক্তা লৈরম্বা অওৎ অনৈ কয়া মরু ফুকতোক্তুনা লংথোকখি।

---

লুচিংবশিং জেল অমসুং জরিমানাগী অকন্বা চৈরাক পীখি।

# নুপী লান ডিসেম্বর-১২

শোক ১৯৩৯ ইং ডিসেম্বর ১২ দগী মণিপুরগী অনিশুবা নুপী লান হৌখি। অনিশুবা নুপী লান অসি ভারতবর্ষ শিনথুংনা খঙনরবা; মণিপুর সরকারগী মায়োক্তা মণিপুর নুপী মীয়ামগী অচৌবা অকন্বা লালহৌ অমা চংশিনখি। নুপী মীয়ামগী ইহৌ অসি শোক ১৯৩৮ ইংদগী চৎথরকলিবা আইন অমান্য আন্দোলননা মাংজিন থারগা চংশিল্লকপা লানজংনি হায়বদা হায়মনবা থোকত্রবা ৱাফমনি।

লানহৌ অসি হৌরকপগী লংলা লংজিনদি মোনোপোলি ক্যাপিটেলিষ্টশিংনা মণিপুরগী চিঙ্জাক্কী পোৎথোক পুন্নমক পায়শিনখিবদগীনি। পোইনু মমৈ চনবতা ঙায়রিঙৈদা, মণিপুরগী কৈথেলশিংদা ফৌ চেং, চোইনা শংবাই-লিখাই-লাইতং অমদি চেং মেরুক অমা ফাওবা ৱানবা ফংলক্তবা মতম অমা ওইরকখি। মোনোপোলি ক্যাপিটেলিষ্টশিংনা, ফৌমখৈ পুন্না-পুন্না ৱানশিল্লগা, মখোইগী মিল (কোল) গী গোদামদা পৈশিন্দুনা থমজিল্লগা ফৌশিং অদু রাইসমিলদা তকথোকলগা, মণিপুরগী ৱাংমা মীরৈবাক্তা থাদোকখিবদগী, নোংমগী চরা তন্না ৱাল্লগা চাবা, কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেলশিং পুন্নমক চেং চোইনা ৱানবা ফংলক্তবা মতম অমা ওইখি। য়েংগদবদি, ইম্ফালগী য়ুমবানদি খুঙ্গংদা মরৌ মশিং লৈবা, লৌয়াম চাবা, তলব চাবা নত্রগা শেম্বোক লৈবা মীওই ১০০গী মনুং ১০% তনি, মখোয় খর অসিদি চহি অমগী নত্রগা থাগী চানবা পৈশিলগা চাবনি। অতৈ ৯০% দি নোংমগী পোৎশিংকী শেন্দোংনা; নোংমগী চরা তন্না চরানিঙ্কাং লৈরগা চাবা ঙাক্তনি। ফৌ-চেং চোইনা ৱানবা ফংলক্তবদগী খ্বাইরমবন্দ কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেল ময়াম হৌদুনা, মীরৈবাক্তা চেং থাদোকপা য়াদে থিংউ হায়দুনা মণিপুর ষ্টেট দরবারদা, সরকার অদুগী মায়োক্তা, মণিপুর নুপী মীয়াম্না লাওদুনা ফুজিল্লমখি।

মতম অসি মণিপুরেশ্বর মহারাজদি নবদ্বীপতা লৈখি। দরবার মেম্বর পুন্নমক নুপী ময়ামনা কোইশিন্দুনা হৌজিকমক মীরৈবাক্তা চেং থাদোকপা থিংউ হায়না ঘেরাও তৌদুনা "মপাল থোকহনদনা" ফাদুনা থমলে। দরবারতনা চেং থাবা থিং বগী পাঙ্গল লৈতে, মহারাজগী য়াথং লৌখিগে হায়না ৱাহৈ থৈয়ায়নরকপদগী নুপী ময়াম্না, হৌজিকমক মহারাজ কৌথোক্কদবনি হায়না তকশিল্লমখি। দরবারগী প্রসিডেন্ট মিষ্টর সার্প অমসুং দরবার মেম্বর পুন্নমক নুপী ময়াম্না ফাদুনা টেলীগ্রাফ অফিস তাননা পুরকখি। মরমদি মহারাজবু হৌজিকমক টেলিগ্রাম তৌদুনা কৌথোকউ, হায়না নুপী ময়াম্না তকশিনলমখি। মিষ্টর সার্প অমসুং অতৈ মৈতৈ মচা দরবার মেম্বর পুন্নমক টেলীগ্রাফ অফিস মনুংদা হোইজিনদুনা থমখরে। চেং থাবা থিংগ্রিবা ফাওবা মপান থোরকপা য়াদে হায়দুনা টেলীগ্রাফ অফিসকী মপানদা

নুপী ময়ামনা কোইশিনদুনা থমখরে। থোকলিবা থৌদোক পুন্নমক দরবার মেম্বর শিংনা মহারাজদা টেলীগ্রাম তৌদুনা খংহল্লমখি। চেং থাবা থিংবগী তং তাবা পাওখুম অমা মহারাজদগী ফংদ্রিবা ফাওবা দরবার মেম্বর পুন্নমক চাক-ঈশিং অমত্তা পিজ-পিথক্তনা টেলীগ্রাফ অফিসকী মনুংদগী থোকহনদনা কোইশিন্দুনা "ঘেরাও তৌদুনা" থমখি। লানহৌবী নুপী ময়াম অদুবু তাম্ছোকখিনবা বৃটিশ সরকারগী আসাম রাইফল নোংমৈ পায়বা সিপাইহী কৌথোকলে। কামান্দেন্ট বৃটিশ মচা মিষ্টর বুলফীল্ড গী কমান মখাদা লান থেংনবগী ফীভমদা সিপাইহী ময়াম অদু নোংমৈদা সঙ্গিন থেৎচিল্লগা, শাপোৎ লানপোৎ পুদুনা লাকখিরম্মী।

মপুক লামলবী চরাম চদংনরবী, মরাল লৈজদ্রবী নুপী ময়াম অদুগী মথক্তা লান্দারে। মৈতৈ ইমাগী মথক্তা অহান্বা মক্তদা সঙ্গিননা থিনবা হৌখি। সঙ্গিননা থিনবা ইমাশিংগী মথবাক্তগী ঈ-কামথোরকপগা ঈরোইননা টেলীগ্রাফ অফিসকী শুমাং লমপাক্তা তুদুনা লৈখি। মৈতৈ ইমাশিংগী ঈ-না লমপাক পুমঙাং ঙাংখি। তুদুনা লৈরবা ইমাশিং অদু মীনুংশি খংদবা বৃটিশকী সিপাইহীশিং অদুনা নোংমৈ গুন্দানা অমুক্কা শুদুনা নুপী কয়া মকোক মরু থুগাইখি। খুৎলাই পায়জদবী, মরাল লৈজদবী, মৈতৈ ইমাশিং মতৌ অদুম্না তমথিনা ওৎখি। মথৌনা মরিংজেল লৈবী মৈতৈ নুপীনি, অহন্বা লৈতে। টেলীগ্রাফ অফিস মমাংগী থোঙদা, অহিং য়ারেক্তুনা দরবার মেম্বরশিং অমত্তা মপাল থোকহনখিদে। পুং ২৪ গী মতুংদা , চেং থাবা থিংবগী হুকুম মহারাজ অমদি পোলিটিকেল এজেন্টগী তরফতগী থোরকলে। টেলীগ্রাফ অফিসতা থিংদুনা থনমবা দরবার মেম্বরশিং থাদোক্লে। মহারাজসু নুমিৎ মঙানিশুবা তাং ১৬/১২/৩৯ ইংদা লেংথোকলকলে।

ইরাবত মহাক্তি মতম অসিদা মণিপুরদা লৈতে, কাছারদা অচৌবা মিটিং অমা য়াওবা চৎখিবা মতাং থোকই। অসোমদা চেং থাবা থিংবগী হুকুম থোকলবশু লালহৌদি লেপত্রি। হৌরিবা ইহৌ অসি ইরাবতনা মতম চঙনা শাগৎলকপনি। ইচম চমনা তোক্কদবা নত্তে। ইহৌ অসি মণিপুর ষ্টেট দরবার "সরকার" নদি, মীরৈবাক্তা চেং থাবা থিংবগী হুকুম থোকলবনিনা নুপী ময়াম অসি নেমথজখ্রগনি হায়না থাজরম্মী।

মণিপুর সরকারনা থাজরম্বা অদুগী ওন্না তৈননা নোংমা কাংদনা অকনবা ইহৌ চংশিল্লকখি। নুপী ময়ামগী মাইকৈদগী অমদি মহাসভাগী মাইকৈদগী ইরাবতপু লালহৌ অসি লমজিংনবা, য়াম্না থুনা থোরকনবা কাছারদা টেলীগ্রাম তৌদুনা কৌথোকলম্মী। টেলীগ্রাম ফংবগা কাছারগী প্রোগাম পুন্নমক ককথৎলমলগা, ইরাবত থিষ্টদনা ইম্ফালগীদমক্তা খোঙশাললকলে। তাং ৫/১/৪০ ইংদা ইম্ফাল য়ৌরকখি। মহাক্না ইম্ফাল য়ৌরকপগা মহাসভাগী ৱার্কিং কমিটি মিটিং অমা

তাং ৭/১/৪০ ইংগী অয়ুক পুং ৮ তাবদা শ্রীখ্বাঈরাকপম মাঘো সিংহগী য়ুম নাগা মপানদা ফম্মী। লালহৌ অসি মখা চৎথবগী ৱাফমদা ৱার্কিং কমিটিগী মনুংদা চাওনা মোৎ খেন্নরে। ভোৎ লৌনবদা প্রেসিডেন্ট ইরাবত মাইনোরিটি ওইরে। প্রো-মোনোপোলি ক্যাপিটেলিষ্ট কাংবুশিংনা নুপীলাল অসি য়াদে। ইহৌ অসিবু য়াদবগী মরমদি, মারৱারী মোনোপোলি ক্যাপিটেলিষ্টশিংদগী কান্নবা লৌরম্বশিংদি মশাগী ওইজ ওইথক য়াম্না থিনা মাঙই। ওইজ ওইথক মাঙবতা নৎতনা সরকারগী লাক্কদৌরিবা চৈফু কিখিবা সুবিধাবাদি কাংবুনি। মহাসভাগী মরুওইবা, বিপ্লবী মহাক্কা হৌদোকমিন্নরকপা বিশ্বাষঘাতোক "থাজবা মাঙহনবা" পুমনমক নুপী লাল অদু কিবদগী হৌদুনা লোইনা চেনখ্রে। ফীভম অদু য়ৌরবা ফাওবদা, বিপ্লবী মহাক্কী মতু নিক্তে। খুদক্তা অকন্বা লানজংগী ফীরেপ লৌনবা পোরম য়াৎতুনা চং শিনখি।

## মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনিশুবা নুপীলান

মহাসভাগী ৱার্কিং কমিটিগী মনুংদা মাইনোরিটি তারবা মেম্বরশিংগী মিটিং অমা অয়ুক অদুমক্তা হায়বদি তাং ৭/১/৪০ ইং য়াইস্কুল জন্মস্থানদা ইরাবতকী য়ুমদা ফমখি। ইরাবতনা হায়রিবা মতম অসিদি ভারতবর্ষগী মফম পুন্নমক্তা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা ভারত স্বাধিনতাগী কল্লবা ইহৌ থেংনরিবা তানজানি। অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি ঐখোয়না নাম্থোকহনবা চুম্মলোই হায়না মিটিং অদুদা পাওদমখি। তিল্লিবা মেম্বরশিংগী ৱাখল পুকচেল অমত্তা ওইনা লানচঙনবগী থৌরাংদা লেপখি। অমুক থিম্বা তৌদনা ঙসিমক, খুদক অসিদা মীয়াম পাও কোইচেন চেন্নরগা পুলিসলেন লমপাক্তা মণিপুর প্রজা মীয়ামগী অচৌবা পাব্লিক মিটিং অমা তৌরগা মপাঙ্গল কনবা রাজনিতি দল অমা শেমদুনা অকন্বা লালহৌ চংশিনশি হায়না অকন্বা ৱারোল তারে। অসোমদা ৱারেপ অদু ঙাইদুনা লৈরিবশিং সার্ববশ্রী পোৎ-শংবম তোমাল সিংহ, লাইশ্রম কহ্নাই সিংহ, লোংজম বিজয় সিংহ, লাইশ্রম কুল্লবিধু সিংহ নচিংবা ৱারেপ অদু ফংবগা কোইচেল চেনদুনা মীয়ামদা মিটিংগী পাওজেল পীদুনা শীন্লে।

## পব্লিক মিটিং

তাং ৭/১/৪০ ইংগী নুংথিল পুং ২ তাবদা পুলিশলেন লমপাক্তা, শ্রীলাইখুরাম খোগেন্দ্রাজিৎ সিংহনা সভাপতি ওইদুনা প্রজা মীয়ামগী অচৌবা পাব্লিক মিটিং অমা তৌখি। মিটিং অদুদা ইরাবতনা নুপীশিংগী হৌরক লিবা লান অদুবু শৌগৎতুনা শাংলবা ভাষন অমা পিখি, বিপ্লবী মহাক্কী ভাষনদা, চেং খুয়া অমা ফংনবা হায়জরুবদা নুপী ৱাম্মানীগী ঈ-খুজোক অনি থননা হাপপীরকখি হায়না মমিৎতগী মপীতানা অকম্বা ৱাহৈলো মথ্বায় শোক্লা ঙাংখি।

নুপী লান অসি লমজিংনবগীদমক্তা নুমিৎ অসিগী পাব্লিক মিটিংনা পুকচেল অমত্তা ওইনা ইরাবতপু প্রেসিডেন্ট খনদুনা হাপলগা, প্রজা সম্মেলনী কৌদুনা বিপ্লবী রাজনীতি দল অমা লিংখৎখি। প্রেসিডেন্ট থারগা মেম্বর ২৬ কী ৱার্কিং কমিটি অমা শাখি। কমিতি অদুগী জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহ অমসুং এসিসটেন্ট সেক্রেটরি শ্রীলোংজম বিজয় সিংহবু পুকচেল অমত্তা ওইনা খনখি।

প্রজা সম্মেলনীনা নুপীলান লমজীংলকলে। মৈতৈ ইমাগী মরক্তা মহিলা সম্মেলনী লিংখৎতুনা নুপীলান অকি অখং লৈতনা চংশিললকলে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অমসুং পুলিশলেন কৈথেল মুৎলে। চেং তকপা কোল (মিল) পুন্নমক নুপী মীয়াম্না পুমথিং থিংখ্রে, চেং অমত্তা তকহনদ্রে। মতম অদুদা মহাসভা থাদোকতুনা মীচেল ওইখ্রবা নেতাশিং মারৱারি মোনোপোলি ক্যাপিটেলিষ্টশিংগা লৌতুনরগা ফৌৱানশিনদুনা শেনদোং তানবা হোৎনখি। সরকারগী মাঙৈকৈদগীশু তুমিন্না লৈথোকতে। ইম্ফালগী অকোইবদা সি,আর,পি,সি ধারা ১৪৪ জারিদুনা অথিংবা হুকুম থমজিললে। মী মঙাশুনা তিনবা য়াহন্দ্রে। অদুম ওইনমক, অথিংবা হুকুম থুগাইদুনা নুপী মীয়ামগী লানজং লেপপা লৈতে। পুলিশ লেন লমপাক্তা সিপাইহীগা নুপী প্রজা মীয়ামগা মায়োকনদুনা উতুপকা নোংমৈগা লাম্থেংনখি। শা লান্দা থৌবা মণিপুর মচানি, করিমক্তা নিংহননবা তৌদনা সিপাইহীশিংগা লাম্থেংনখি।

নুপীলান অসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা অকিবা পোকখিদবা নত্তে। মণিপুর মচাশিং অসি শা-লানদা থৌবা, মীখা পোনবা পামদবা জাতিনি হায়বসি মুন্না খঙবা বৃটিশনি। পুন্নমকী মথক্তা লানজিংলেন অসি মৈতৈ নুপীনি। লানহৌ অসিনা খা নোংপোক এশিয়াদা লৈবা, মীখা পোনবা লৈবাকশিংদা, নিংখা তমবগী লানহৌ অমা চং শিনবগী অকন্বা ইথিল অমা শনদোকখ্রিবসি, বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মুথৎনিংই। নুপী লান অসি নমথনবগী থৌরাংদি ইরাবতপু ফাদুনা জেলদা, থমজিনবনা অমত্তা ঙায়বা লম্বীনি হায়বসি বৃটিশ-শিংগী অচেৎপা থাজবনি। মরম অদুনা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ইরাবতপু ফানবা পোরম শিল্লকখি।

শোক ১৯৪০ ইংগী জানুয়ারী তাং ৭ কী পুলিশ লেন লমপাক্তা প্রজা মীয়ামগী অচৌবা পাব্লিক মিটিংদা পিখিবা ভাষন, সরকারগী মায়োক্তা অকায়বা হায়বগীদমক্তা ইরাবতপু আই,পি,সি, সেক্সন ১২৪ এ পানশিনদুনা শোক ১৯৪০ ইং জানুয়ারী তাং৯ গী অয়ুক্তা মহাক্কী ময়ুম য়াইস্কুল জন্মস্থানদগী মণিপুর সরকারগী পুলিশনা ফাখিরম্মী। মহাকপু ফারবা পুলিশ অফিশারদি শ্রীখোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ, ইন্সেক্টর ওফ পুলিশ ময়াম্না মহাকপু "আই,পি," হায়রগা খঙনবনা

লুচিংদুনা ফারবনি। মহাকপু ফারবা মতুংদা জেলদা থমজিনখ্রে। বিচার তৌদনা মতম খর জেলদা থমলিঙৈ অমসুং বিচার চৎথরবা ফাওবদা পুলিশ ইন্স্রোগেসনগী দমক্তা পুলিশ ষ্টেশনদা মণ্ডারক তোইপু-তোইপু পুথোকখি। পুলিশ ষ্টেশনদা ইন্স্রোগেশনগীদমক্তা ইরাবতপু পুথোকখিবা তারিখশিংদি মথংশিংনা শোক ১৯৪০ ইং মার্চ্চ ১২, ১৩, ১৪, ১৮ অমসুং ২১ মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ইরাবতকী বিচার চৎথরবা মতুংদা আই, পি, সি, সেক্স ১২৪ (ক) গী মতুংইননা চহি অহুম থবক শুদবা জেলগী মীয়াদ পিখি।

ইরাবত মহাককী পুনসিগী চৎথরকপা থৌরম পরেংগী মনুংদা অনিশুবা নুপী লান অদুনা মণিপুরী সমাজ অদুদা ওৎলম নৈরমবা, অমোৎপনা লৈমাইদা খোঙ থাফম লৈরমদ্রবা-পুন্নমক কুমগী ঈশিং ঈচাও অমা লাকপা মতমদা, ঈশিং না অমোৎ অকাই পুন্নমক চামথোক্কুনা শেংদোকপিরবগুম, নুপী লান অদুনা সমাজ অদুগী অমোৎ অকাই পুন্নমক শেংদোকপিরমবগা লোইননা, তুংগী লাক্কদবা সমাজিক, অর্থনিতি, রাজনিতিগী অহোংবা অনৌবা য়াওন অমা পুরকনবগী লম্বীদা নুপীগী অচৌবা থৌদাং, কাওরব্রা ডিসেম্বর ১২ হায়বা ন্নাহংশি থোরকই। ন্নাহংশি বিপ্লবীনা কবি ওইনা অমুক হংলি,

ঙসি অহিং লেপ্লে,
নুমিৎ অমা চৎখ্রে,
শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো।

ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে,
কাউরব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা ?

## অনিশুবা শরুক

ইরাবত দরবারগী বিচার লোইদুনা দরবারনা মহাকপু চহি অহুম জেলদা থমবগী অকনবা চৈরাক পিরে। চহি অহুম মীয়াদ অদুগী মনুংদা চহি অমা রোম মণিপুরগী জেলদা লেপ্লবা তুংদা, ৱাৎলিবা চহি মীয়াদকীদমক্তা, জীলা খারিজ তৌদুনা শিলেৎ জেলদা থাখি।

## জেল রিফোর্ম

ইরাবত মহাক্না অহানবামক্তদা মণিপুরগী জেলদা খোঙ থাংজিনবা নুমিৎ অদুদগী জেল মনুংগী অওৎ-অনৈ ময়াম অমা থেংনবা তাখি। ওয়োকপনি মতম অদুগী সরকার অদু; মীবু মীওইনা লৌরমদে হায়বা য়াই। ষন ইরোইনা তৌগদবা থবক পুন্নমক; মীনা ষল ইরোইগী মহুৎ শিন্দুনা শুহল্লম্মী। হঙ্গাম থাও শুম্বা য়োৎকী কোলু, মীয়াদ তাদুনা লৈবা ফাদোক (কৈইদি) না কোলু ইলহন্দুনা থাও শুমলম্মী। মনিং থুংনা পিজ পিথকতবা ফাদোকশিং কোলু ইনবদা ৱারদুনা ঙাইহাক লকক্ তৌবদা পান্নরিবা জেল ষ্টাপ ৱার্ডর (সিপাহি) অদুনা ফাদোকশিং অদুগী মথুন্দা লিচৈনা শেৎ শেৎ কন্দুনা থৌগৎলি। জেলগী ফাদোকশিংনা শুবা থবক-শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাব অকিবসি থাও শুম্বনি।

ৱানা শুরুরিবা ফাদোকশিং অদু চাফম থকফম লৈরমদে। থবক খুৎথারবা মতমদা ঙাইহাকতং পোথাজরগা চাক-ঈশিং চাবা চংবদা, চাক চাফম শঙ অমা ফাওবা লৈরমদে। চাক চানবা পুখম ইনশাং হাপ্পবা তেংগোৎ ইশিং থক্লবা কোল নচিংবা অমত্তা পিরমদে। শুপ্পগী য়োৎকী তৌৱা অমদা চাকশু-ইনশাংশু পুলপ হাপচিলগা নোংজু নুংশা খাক্তনা লমহাংদা পিজরম্মী। ফিভম অদু উরুবমক্তদা ইরাবত তুজুংবা পোকলমখি। ফাদোকশিং অদুশু মীওইবা ঙাক্তনি। মতম অদুগী মণিপুরগী জেলদা থমলমবা ফাদোকশিং অদুদি শাদগী হেন্না তোন্না থম্বীরম্মী। মীবু মীওইনা খন্দনা শাদগী হেন্না তোন্না থমলিবা অদুগী মায়োক্তা ইরাবত মহাক্না লুচিংদুনা ফাদোক ময়ামগী অকন্বা ইহৌ অমা শাগৎলকখি। অহান্বা মক্তদা মরু ওইবা দাবী খরনা মাঙজিন থাদুনা আন্দোলন চংশিনবা হৌরে। দাবীদি (ক) মীনা য়োৎকী কোলু ইন্দুনা থাওশুম্বা কক্থৎলু (খ) চাক চানবা পুখম, ইনশাং হাপ্পবা তেংগোৎ, ইশিং থকনবা কোন পিগদবনি (গ) মী অমগী চাবা ওক্লবা চেং হৱাই ইনশাং মনামশিং, ঙা চাক পিগদবনি অমসুং (ঘ) চাক চাফমশিং শাগদবনি অসি-নচিংবা। ফাদোক ময়ামগী দাবীশিংদু ষ্টেট সরকারনা মতমশাংনো নমশিন্দুনা থম্বা ঙমখিদে। দাবীশিং অদু মরম চাবনিনা অমত্তা ৱাৎতনা ফংখি। তাললিবা দাবীশিং

অদু অমত্তা ৱাৎতনা ফংবদগী, ফাদোক ময়াম্না ৱারম্বা নংলম্বাশিং মরুওইবা খরমখৈ কোকখি। ফাদোক ময়াম্না ইরাবতপু লাইপোক অমগুম্না খনজখি।

মহাক্কী জেলগী পুন্সিদা মতম অদুগী সরকারনা মহাক্কী পুন্সি মাগুহনখিনবা শিনখিদবা নত্তে। মতম অদুগী বৃটিশ সরকারগী অরোন অথুপ পোলিষি অহিং অমদা তুম্বদগী মাংলাক হরাকনহন্দুনা ফজবী ৱাফম পুথোক্লুনা মপুন্সি মাগুহনখিনবা অৱাংবা থাক্তা শরৌ শিন্নখিদবা নত্তে। ইরাবত মদু উদ খংদবা ৱাখল লৈতবা মীশক নত্তে। মহাক মতম পুন্নমক্তা য়াম্না চেকশিল্লি। মহাক দেশ সেবকনি, মহাক মীয়ামদা য়াম্না থাজবা থম্বা মীশকনি। মহাক্কী শেংখ্রবা পুকচেল অদু জেল মনুংদা লৈরিবা ফাদোক ময়াম অদুনা উবদা, মহাকপু কদাইদা খুদোংথীবা অমাং অতা থোক্কদগে হায়বসি, ফাদোক ময়াম অদুনা মতম পুন্নমক্তা মীৎকুপ নাহুম য়েংদুনা কুপশেন শেন্নদুনা খুদোংথীগদবদগী নাম্থোকখি।

## শিলেৎ জেলদা ইরাবত

ইরাবত মতম খরগী মতুংদা, মণিপুর জেলদগী শিলেৎ (শ্রীহট্ট) জেলদা থাখিনবা থৌরাং তৌরে। মণিপুর সরকারনা ইম্ফাল জেলদা মহাকপু মতম কুইনা থমনিংদ্রে। মরমদি জেলগী নমফু সাশনগী মায়োক্তা অতৎ অখম লৈতনা ফাদোক-শিংগী অৱাৎ অপা কয়াগী দাবী তান্দুনা আন্দোলন হৌরকপদু উবদা, মণিপুর সরকারনা অকিবা পোকখি। মহাক লৈরগদি জেল অসি মথুম মরাং হৌবা তারে হায়বসি খনখি। তশেংবশু ইম্ফাল জেল অসি রাজনিতি বন্দিশিংনা লৈবা য়ারা জেল অমশু ওইদে। মরম অসিদগী মহাকপু শিলেৎ জেলদা থাদবা য়াদবনি। মহাক্না ইম্ফাল জেল থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা ফাদোক ময়ামগী মমিৎতগী মপি তান কপ লাওদুনা তৌবদু উবদা ইরাবতকী থম্মোইদা থোইদোকনা অৱা নুংঙাইতবা ফাওখি। মহাকপু শিলেৎ জেলদা পুখিবা নুমিৎ অদুদা মণিপুরগী প্রজা কয়ামরুমনা ডিমাপুর ফাওবা থিনদোকনরুই। মণিপুর প্রজা সম্মেলনীগী কর্ম্মি-শিংনা শিলেৎ জেলগী গেৎ (থোং) ফাওবা থিনবা চৎনরুই।

ইরাবত শিলেৎ জেলদা লৈরিঙৈ মতম অসিদা জেল মনুংদা মহাক্কী বিপ্লবী অমা ওইবগী পাঙ্গল থৌনা, ৱাখল, লৌশিং হেন্না মথৌ শংখি। ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর মরুপ মপাং অমদি নহারোল কর্ম্মী খরশু থেংনখি। পনবা য়াবদা বিরেশ, মিশ্র, অচিন্ত্য ভট্টা চার্জ্য, জ্যোতিরময় নন্দি, মৃনাল কান্তিদাস গুপ্ত অসিনচিং বশিং। মখোয়গী মতেংদগী জেলগী মপালগা শম্নদুনা "মার্কসিস পাব্লিকেশন" লাইরিকশিং পাবগী খুদোংচাবশু ফংখি। লাইরিকশিং অদু পারুবদা ইরাবত মহাক্না পোকপদগী তৌরকপা অমদি পাংথোক্কে হায়না থৌরম পরেং য়াৎতুনা চংশিল্লকপা

পুন্নমক লাইরিকশিং অদু পারুবদা করিমত্তা খেন্নরমদে। লাইরিকশিং অদু পানা পানা নোকলকখি। শিলেৎ জেল অসি ইরাবত মহাক্কীদি বিপ্লবী ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুশন অমা ওইনা থোকখি হায়না লৌবদা লাপ্লোই। জেল মনুংদগী কমিউনিষ্ট পার্টিদা অচেৎপা থাজবা থমখি।

## কাছাড়দা ইরাবত

মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ইরাবতপু জেলদা চহি অহুমগী চৈরাক পিদুনা থমলকপগী মতম শুরদুনা জেলদগী থাদোকপা তাখি। মহাকপু জেলদগী থাদোক্তবা য়াদবা মতাং লাকপসিদা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ইরাই লাইনা লৌরমদে। মহাকপু থাদোক্তদৌরিবা মতমসি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও মনুংদনি। মসি পুন্নমক্কী মথক্তা মণিপুর অসি অচৌবা লানবন অমনি। মণিপুর ষ্টেট অসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী লোইলমনি।বৃটিশকী য়াকা য়েংদবা য়াদে, ৱাফম অসি অরুবা অমা ওইনা থোকখি। মতম অসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী য়াকা মতুং ইন্না, মণিপুর ষ্টেট দরবারনা মণিপুর চংবা য়াদে হায়বগী অথিংবা হুকুম থোক্রে। শিলেৎ জেলদগী ইরাবত ইংশোক ১৯৪৩ মার্চ্চ ২০ দা থাদোকলে। জেলগী গেৎতা মহাকপু, জাৎ বিজাৎ খাইদনা, হিন্দু মুসলিম মৈতৈ নুপী নুপা লিশিংলিশিংনা লৈপরেং হুকতুনা ওকখি। ইরাবত দরবারগী হুকুম অমনা মণিপুর ময়ুম মরমদম মমা লৈবাক চংবা য়াদে হায়না থিংলে। অথিংবা লৈরবনিনা কাছাড়দা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া কাছাড় ডিষ্ট্রিক কমিটি অফিস শিলচরদা চংজফম লৌদুনা লৈখি। তাইবংমী অমবু ময়ুম-লমদম মরৈবাক চংহন্দবা হায়বসি অচৌবা দন্দি অমনি। ইরাবত করি মরালগীনো মরৈবাক চংহন্দ্রিবসি? মঙোন্দা শীরিবা মরালসি, মমা লৈবাকপু নুংশি, মরৈবাক মজাতীনা মীখা পোন্দুনা, মীনাই ওইদুনা লৈবা পামদে, নিংতম্বা পাম্মী, অসিথককী মরালনা মহাকপু মরৈপাক্তা চংহন্দবনি

তশেংবসু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ইরাবতপু কিনা লৌই। লাঞ্জাও অদুগী মনুং দা, মহাক্কী লুচিংদা লান্মি শাগৎতুনা বৃটিশকী মথক্তা লান হৌরক্কদ্র হায়বসিগী চিংনদবা ওমখিদে। ইরাবত মদুগী পুকচেল চেনখিদবা নত্তে। মহাক্কী অনিংবদু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মুন্না মাংজৌননা খঙখিবদগী মহাকপু অমুক হন্না ফারগা জেলদা থমজিন্নবা খুজিল থৌরাং তৌখি। ইরাবতপু জেলদগী থাদোরকপা ইকুই কুইদ্রিঙৈ ফানবা মহাক্কী মথক্তা ৱারেন্ট ইশু তৌখি।

## কাছাড়দা ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ

বিপ্লবী মহাকপু ফানবা বৃটিশ গর্ভনমেন্টনা মহাক্কী মথক্তা ৱারেন্ট ইশু তৌরকপদা, মহাক তুমিননা লৈত্তে। বৃটিশ গর্ভনমেন্টকা শিঙনরকলে। মহাক অন্দ্ররগ্রাউন্দ চংখ্রে। মহাক্কা অন্দরগ্রাউন্দ লৈরিঙেদা, মণিপুরদগী মহাক্কা থবক তৌমিন্নরম্বা চেৎনা থাজরবা বিপ্লবী কর্ম্মী মহাক্কী মরুপ শ্রীলোংজম বিজয় সিং হনচিংবা, কাছাড় তান্না চৎতুনা অন্দরগ্রাউন্দা লৈরিঙে মতমদা উন্নখি। মহাক্কী বিপ্লবী মরুপশিং অসিগা উন্নদুনা মেনতান্নরবা মতুংদা থিন্দনা ইরাবতকী পার্টি সুবাস চন্দ্র বোসকা পুল্লগা লাম্মি শাগৎতুনা বৃটিশকী মথক্তা নিংখা তম্বগী লান হৌনবা থৌরাং তৌখ্রে হায়না, ওল ইন্দিয়া রেদিও অমদি ভারতকী খবর কাগজশিং দা (পাও চেশিংদা) ফোংদোকরকখি। ৱাফম অসি ফোংদোরকলবা তুংদা বৃটিশ গর্ভনমেন্টনা, মণিপুরদা ইরাবতকী পার্টি অমসুং মহাক্কা মরি লৈনরম্বা কর্ম্মীশিং, মণিপুর প্রজা সম্মেলনীগী মেম্বরশিং পুন্নমক মিলিটরিনা ফাগৎপা হৌরে। লং থবাল মিলিটরী জেলদা থমদুনা ওৎনৈরে। মতম অসিদা মহাসভাগী অচৌবা ওইরম্বশিংদি লাল মনুংদা মিলিটরী মরক্তা ঠিকা কন্না তৌদুনা শেঙ্গাও তানখি।

ইরাবতকী অন্দরগ্রাউন্দ পুন্সি অহাম্বনি। অন্দর গ্রাউন্দ লৈরিঙেগী মতমদা কাছাড় জিলা কৃষক সভা লিংখৎখি। অন্দরগ্রাউন্দ লৈরিঙেগী পুন্সিদা, থৌইদোক হেন্দোকনা হৈশিংবা, তৌবা ঙম্বা শক্তি কয়া প্রজানা উবা ফংখি। অশুম লৈরম্বদগী মহাকপু ফানবা, পুলিশ ফোর্সনা কোয়শিল্লকপদা, মফম খংদনা শ্মাই মাঙখিবসি অঙকপা মহাক্কী গুণনি। লৈমিন্নরমলিবশিং অদু ফাওবনা ইঙক ঙক্লা থোকহৌবা, অসিগুম্বা মহাক্কী হৈশিংবসি থোইদোক্লা থাগৎনিঙাইনি।

নোংমদি মহাকপু ফানবা পুলিশ ফোর্সনা অহিংদগী কোয়শিনখিরম্মী। মহাক্কী নাম্থোকফম লৈখিদ্রে। শোইদনা ফাখিবা তারে হায়না ময়াম্না ৱানরিঙে মতম অসিদা করম হায়না নাম্থোকখিবনো অঙকপনি। নাম্থোকখ্রে হায়না পুলিশ ফোর্সিনা কোইতান তান্দুনা থিরকপা মতমদা, ইরাবততী বরাক তুরেললনা, ইমাই চোল্লবা মতমদা, ইরোইদুনা লাল্লিবা মহাক্কী মথৌনা প্রজা মীয়াম্না কুম্মে ওইনা য়েংনখি। মহাক্লা লানখিবা মপা অসি তুপখানা গ্রাম মুস্লিম পারা মপানি। বরাক ৱাংমদা মুস্লিম ৭০০/৮০০ রোম ঙাইদুন মহাকপু হি হোন্দোক্তুনা ওকখি। কাছাড় জিলাগী সুপারিন্টেন্দেন্ট ওফ পুলিশ (বৃটিশ) মচা মশামক্লা থাগৎৱাহৈনা মণিপুরগী ইরাবত মী নত্তে লাইপোকনি হায়না তিম্লিবা প্রজা মীয়াম অদুদা ফোংদোকলম্মী হায়না কমরেড খাইদেম ভগীরথসিংহ রামনগর শিলচরনা পাওদমলকখি।

অতোপ্পা নুমিৎ অমদা, অহিংদগী মহাকপু ফানবা পুলিশ ফোর্সনা, কোয়শিন্দুনা লৈপ্রবা মতমদা বিপ্লবী মহাক্কী নাম্থোকফম লৈত্রে, শোয়দনা ঙসিদি মহাকপু ফাখিবা

তারে, হায়না লৈরিবা য়ুমবু অমসুং খুনজাশিংনা ঝান্নরে, মতম অদুদা বিপ্লবী মহাক করন্না নাহ্নোকখি। মহাক্কী পাইরক্কী লৌশিং অঙকপনি। মহাক্না লৈরিবা লৌমী য়ুম্বু অদুগী শঙ্গোলদা ইরোই খর পুন্দুনা লৈবা উখি। বিপ্লবী মহাক্না য়ুম্বু অদুগী যনপোৎ খোইনবগী ফীজোল লৌদুনা শেৎচিন্নে। শঙ্গোলদগী ইরোই খাইদগী মশাখীংবা অমা খল্লগা থৌরি থাদোকলে। ইরোই অদু চৈ উবা য়াদবা মশা য়ান্না খিংবা ইরোইনি। মহাক্না তৌরিবা থৌরাং অদু য়ুম্বু অদু ফাওবা খংহন্দে। ইরোই অদুগী মমৈ বিপ্লবী মহাক্না পায়রগা যন পোৎশাজেনা ময়াংলেন্দা অনিরক কনবদা ইরোই অদুনা মপাঙ্গল লৈজবমখৈ লৌবুক লমজাওরোমদা চেহ্নোকখী, নোঙালকপগী অমম অঙান শিন্নরকপা মীশক মীশা খংনদ্রিঙৈ মতমদা ইরাবত ইরোইগী মমৈ পায়দুনা, ইরোই অদুনা পুলিশ ফোর্স অদু তানখাইরগা চেহ্নোরকপদা ইরোই অঙাওবনা চেনখিবা মতমদা, মপুনা ইরোই ফাগদৌতান্নবগী ফীভমদা, ইরাই লাইনা পুলিশ ফোর্সশিংগী মমিৎতা উফুল চাইশিল্লমদুনা লায়না নাহ্নোকখী।*

ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দা মতম শাংনা লৈরকপা, অকম্বা থবক লিশাংশিংনা নোমলকপগী হৌনবা মহাক মশা য়ান্না কন্না নারকখি। মহাক্কী মশানাদুনা লৈরিঙৈগী মতম অসিদা, পুলিশনা মহাকপু ফাবগী খুদোংচাবা ফংখি। ইরাবতপু ফাখিবা মফম অসি, জালোন তোলা মৈতৈ খুঙ্গংগী শ্রীনোংথোম্বম চন্দ্রেশ্বরসিংহগী য়ুমদগীনি। অহিং অসি রাম নগরদগী খোংনা সোনামনি সিংহগা লোইনদুনা য়ান্না ঝানা লাকখি। সোনামনিগা অনি পুন্না তুমিন্নরিঙৈদা, পুলিশ অফিসার সি, আই, ডি, ইস্পেক্তর অনিল মিত্রনা লুচিংবা পুলিশ সিপাইহী ৭০ রোম গা অহিংদগী য়ুমথং নবা য়ুম অহুম ফাওবা কোইশিল্লগা ফাখিবনি। সোনামনি নাহ্নোক্লবা খুজিন্না শিকলমলগা, সিপাইগী মরকখাইদুনা থোঙ্গাল শরোক ফাওবা চেহ্নোকখিরম্মী। সিপাইহীশিংনা মহাকপু তান্নরিঙৈ শরক অদুদা সোনামনি নাহ্নোকহনখি। ইং শোক ১৯৪৩/৪৪ দা শিলচর জেলদা ডিফেন্স ওফ ইন্দিয়া রুলগী মখাদা ফারগা থা নিপাল জেলদা চৈরাক পিদুনা থমখি। মহাক্কী পুন্সিদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী জেলদা অনিরক লৈখি। মহাক্কী জেলগী পুন্সি চহি অহুম থা নিপালনি।

ইং শোক ১৯৪৪ গী চহি লোয়রমদাইদা, শিলচর জেলদগী বিপ্লবী মহাকপু থাদোকলে। মহাক মতম অসি ফাওবা মণিপুর চংবা য়াদ্রি। মহাক্তি থবক্কী মীনি, থবক তৌদ্রবদি লেনবা ঝানা থোকপা মীশকনি। কাছাড় শিলচরনা মহাক্কী হেডক্বাটর ওইরগা সুর্মা ভেলী, শিলেৎ অমদি নোংপোক বঙ্গ আসামনচিংবা চৎতুনা কৃষক সভা শাগৎখি। আসাম প্রদেশীক কৃষক সভা হৌদোকপগী ফাউন্দর মেম্বরনি।

* তোনজম বাসনা হায়বা

কমিউষ্টি পার্টি ওফ ইন্দিয়া আসাম প্রদেশীক কমিটি শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ফাউন্দর মেম্বরনি। কাছার অমদি আসামদা ভারতীয় গন নাত্য সঙ্ঘ (আই, পি, টি, এ) লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। আসাম ষ্টুদেন্ট ফেদরেসন, অমসুং মহিলা আত্ম রক্ষা সমিটি (নুপী সংস্থান) লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। বিপ্লবী মহাক্না লৈরু লৈরুবা মফমদা জাৎ বিজাৎ খাঈদনা মফম মতম চানা শ্লোগান পুথোক্লুনা মীয়ামগী লমজিং পাওতাক পী।

য়েংগদবদি ইরাবত মহাক্না চৎথোক চৎশিন তৌবা খুদিংমক্তা, অফা অপুন লৈতবা নত্তে। মহাক্না চৎথোকপা খুদিংমক পুলিশ ষ্টেসন চৎতুনা তাকলমগদবনি। অসুক্কী মতিক তমথিবা মীৎয়েং অমগী মখাদা থবকশিং অসি পাংথোকলিবনি। হায়রিবা মরক অসিদা থা অহুম অমা শিলচর টাউন্দগী মাইল অহুমগী অকোইবদগী হেন্দোক্না চৎপা য়াদে হায়না থিংখি। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ইরাবতপু খোংফম খুদিংদা মীৎকুপ নাহুম য়েংদুনা, নজরবন্দি (মীৎয়েংগী চৈরাক) তৌদুনা লেঙবা খোৎপা য়াদবা মওংদা তমথিনা ওৎখি।

লান মনুংগী মণিপুর, য়েক্লবগী বোমনা নোংচুবগুম হৈথখ্রবা মতমনি। বোম তোপকী মরম্না মণিপুর প্রজা কয়াগী মপুন্সি মাঙহনখ্রবনি। ইম্ফালগী অকোইবা লৈকাই কয়া মুৎখ্রে। খুঙ্গং অমসুং চীংগী লমদম মফম কয়া, য়ুম কৈ লৈখিদ্রে। উমং ৱামং লৈখিদ্রে শিং নানখ্রে। প্রজা কয়াগী লৈফম লৈখিদ্রে। মণিপুর প্রজা মফম মরাং খঙনদনা লাঞ্জেন্নবদা, মমা মচা কায়নবা, পোৎমাং চৈমাঙবা, খুদোং থীবা কয়া থোকলে হায়বসি ইরাবত মহাক্তি, মীগী মচিন্দগী পাও তাব নত্তনা, মমিৎনা থিৎনা উবা ফংজখিদে। মতম লৈবা খিবিক্তা, মহাক্কী মণিপুরবু কাওবা লৈতে। কাছাড়দগী আসাম গর্ভনরদা ডিপুটেশন চৎতুনা, মণিপুর প্রজাশিংনা ৱারি নংলিবশিং অদুগী মতেং পীনবা দাবী তানখী। রিফ্যুজীশিংগী চান থক্লবা চীঞ্জাক (রেসন) যনপোৎষন, শেৎনা চানবা ফীরোল, ফমুং কাংথোলনচিংবা পীনবা দাবী তানখী। লাননা প্রজাগী মরল মথুম পোৎচৈ মাঙহনখিবশিংগী ক্ষতীপুরন পীনবা বিপ্লবী মহাক্না কাছারদা লৈরিঙৈ মতমদা, তালকখি।

ইরাবত কছারদা লৈরিঙৈ মতমদা কাছারগী প্রজানা য়ানিংলবদি, মনিপুরগী সিমনা শেম্মকপদা কছারগী নোংপোক থংবা শরুক, মনিপুরীনা নম্না লৈবা লম মখৈ মনিপুবদা পুন্সিন্বা। মনিপুরগী ওইনা লৈবা, অবা লৈপাক্কী কবো ভেলী অসি মনিপুরগী মনুং চলহলবনি। বিপ্লবী মহাক্কী ৱাফম অসি, কাছারগী হায়রিবা লমদম অদুগী প্রজাশিংগীশু অপাম্বা ফোংদোক্লমখি। ইরাবত মতম লৈবা খিবিক্তা, পৃথিবীগী লৈরিবা দেশ (নেশ্যন) শিংগী মনুংদা মনিপুরসু অমা ওইবা হায়বসি মহাক্কী অপাম্বনি। মহাক্কী তৌরম্বা থবক্লা খুদম ওইনা তাক্লি।

ইরাবতনা কছারদা দন্দি ফংদুনা, লৈরিঙে মতম অসিদা, মহাক্কী সহধর্ম্মীনি সনাইবেম্মা খোমদোনসনা দেবীবু পোকপী মমা ইবেম্মা শ্রীমতি খুরাইজম নিঙোল ইবেমচা দেবী "খুরাইজাম্বী" ময়াম্বুংতোন রাজকুমার চন্দ্রহাস সিংহগী সহধর্ম্মীনি নোংগাপ্রে হায়দুনা টেলিগ্রাম অমা ফংলমখি। লৈখিদ্রিবা মফমশু বিপ্লবী মহাক্কী য়ুম য়াইস্কুল জন্মস্থানমক্তদনি। মনেমইবেম্মা লৈখিদবগী টেলিগ্রামগী পাও অদু ফংবদা, থোইদোক হেন্দোক্লা অরাবা ওইখি। টেলিগ্রামগী পাও ফংই হায়দুনশু ফুক হৌগৎতুনা চৎপগী পাঙ্গল লৈতবনা।

## চয়োল অমগী ইস্কালদা ইরাবত

টেলিগ্রাম অদুগী মতুং ইন্না মনিপুরেশ্বর মহারাজ অমদি বৃটিশ সরকারদগী, ইনেম ইবেম্মাগী শ্রাদ্ধ শোন্নবগীদমক্তা মনিপুর ইস্কাল চংবা য়াহঙ্বীয়ু হায়না দরখাস্ত থাদুনা হায়জখি। ইরাবত মনেম ইবেম্মগী শ্রাদ্ধ শোন্নবগীদমক্তা শুপ্নগী নুমিৎ তরেৎনিগী, মনিপুর ইস্কাল ময়ুম চংবগী পার্মিসন পীরমখি। চহি মঙাগী মতুংদা বিপ্লবী মহাক্লা ইস্কাল ময়ুম উবা ফংলকবসি, তাং ৩ সেপ্তেম্বর ১৯৪৫ ইংগী নুংথিল পুং ১ তাবদনি। পৃথিবীগী অনিসুবা লাঞ্জাওদা, মাঙহল্লম্বা ইস্কালগী মরুওইবা মফমশিং, য়াইস্কুলদগী কৈশামথোং পরিং খুবাইরমবন্দ ফাওবা নম্বুল তুরেল মপাল পরিং য়ুম অমত্তা লৈরমদবা লৈকাই কয়া মুৎলমবগী শক্তম উবা ফংখি। মী কুণ্ডনা তাবা লৈকাইশিং লমহাং তুম্হাং ওইদুনা লৈরম্বা শক্তম অদু অহাম্বমক্তদা উরুবদা, মশাদা তুজুংবা, থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা ফাওরমখি। মহাক্কী মরি মতা , মরুপ মপাংশিং কনানা কদাইদা লৈগ্রবগে হায়বগী ইপাও অমত্তা ফংবা ঙমখিরমদে। চয়োল অমত্তংগী ইস্কাল ময়ুম লমদম চংবগী হুকুম ফংদুনা লাকপনি। ময়ুম য়ৌরক্লে হায়দুনসু চৎনিংবা মফম চৎথোক চৎশিনগী অথিংবা লৈতবা নত্তে। পুন্নমক অদুগীখোঙ্গুল লীরুবা ওইথোক্তে। মতৌ অদুন্না নুংনাঙলিঙে মনেম ইবেম্মগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মশু লোইরবনিনা, চয়োল অমগী মতম শুরদুনা তাং ১০ সেপ্তেম্বর ১৯৪৫ ইংদা কাছার সিলচরগীদমক্তা ময়ুম ইস্কাল থাদোকখ্রে।

## আসাম এসেমব্লীদা ইরাবত

শোক ১৯৪৫ ইং চহি অসিদা আসাম লেজিস লেটিভ এসেমব্লীগী ইলেক্সন তৌই। ইলেক্সন অদুদা ইরাবত শিলচর কোনষ্টিটুয়েন্সিদা কমিউনিষ্ট পার্টিগী কেন্দিডেৎ ওইনা লেপখি। কোনষ্টিটুয়েন্সি অদুগী ভোটর অপুনবা মশিং চাদা মরিফুতরাদি নন মনিপুরিনি। বিপ্লবী মহাক্লা লেপমিন্নখিবা কংগ্রেসকী কেন্দিডেৎনা শুপ্নগী ভোৎ লিশিং ৬০০০ হেন্দুনা কাখি। ইরাবতনা ভোৎ লিশিং ১১০০০

আসাম লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লীগী ইলেকসন্দা কমিউনিষ্ট কেন্দিডেৎ ইরাবত।

(তারামাথোই) ফংবদা কংগ্রেসকী কেন্দিডেৎনা ভোৎ লিশিং 17000ফংখি। মতাং অসিদা হায়বা য়ায়, ইরাবতপু ননমণিপুরী শিংনা মখোয়গী অমত্তা ঙাইজরবা জননেতানি হায়জরি হায়বদা লান্দে।

## ৯শুবা কিষান অধীবেসন

শোক ১৯৪৫ ইং গী চহি অসিগী এপ্রিল তাং ৫ দগী ৯ ফাওবা, ওল ইন্দিয়া কিষান সভাগী ৯শুবা অধীবেসন নোংপোক বঙ্গ নেত্রকোনাদা ফমখি। ইরাবত সেসন অদুগী ডেলীগেৎ ওইখি। আসাম প্রদেশীক কৃষক সভাগী ডেলীগেৎশিংগী লুচিংবা অমা ওইনা য়াওখি।

সেসন অদুদা কাছাড়গী মণিপুরীশিংগী মরক্তগী আই, পি, টি, এ স্কাদ অমা বিপ্লবী মহাক্না লুচিংদুনা চৎলি। সেসন অদুদা কলচরেল প্রোগ্রামগী মনুংদা "থাঙ্গোল অদু ময়া থাঙু থৌনা হে লৌউবা" ইশৈ অসি শক্তুনা ইরাবতনা মকোক চীংলগা "বিপ্লবী" জগোয় অমা মপুং ফানা, মায় পাকনা উৎখি।

বিপ্লবী জগোয়দা নত্তনা, মণিপুরী নোট সঙ্কীর্ত্তণগী কোয়েৎ অচৌবা, য়েত্তুনা কোর্তাল পায়দুনা দুহারগী জগোয় চীংলেম্না মপুং ফানা উৎখি।

ওল ইন্দিয়া কিষান সভা নেত্রকোনা সেসন ৫-৬, এপ্রিল ১৯৪৫, ইরাবতনা লুচিংবা মণিপুরী কলচরেল গ্রুপকী বিপ্লবী মৈতৈ জগোই।

পৃথিবীগী ডেলীগেৎ কয়ানা লৈতেংলবা অদুগুম্বা সেসন অদুদা, মণিপুরী জাতী অমা লৈ হায়বসি বিপ্লবী মহাক্না ফোঙলম্মী। অধীবেসন অদুগী

ওপন সেসন্দা মৈতৈ লোননা পুং অমারোম ৱা ঙাংলমখি। মহাক্না ঙাঙখিবা ৱারোল পুন্নমক তিললিবা মীয়াম অদুনা খঙবা লোনদা হান্দোকখি। ৯শুবা কিষান অধীবেসন অদুনা ইরাবতপু সেন্ত্রেল কিষান কাউন্সিল মেম্বর খনখি।

শোক ১৯৪৬ ইংদা কাছাড় জিলা কৃষক সভাগী অধীবেসন শিলচরগী কাটাখাল খুঙ্গংদা ফমখি। অধীবেসন অদুনা ইরাবতপু কাছাড় জিলা কৃষক সভাগী প্রেসিডেন্ট খনখি। মহাক্কী লমজিংদা কৃষক সভানা টেভাগা আন্দোলন চংশিনখি। জমিন্দার-শিংগা লৌমী টেনান্টশিংগা লৌশাল পোথোক য়েনবগী আন্দোলননি। আন্দোলন অদু কনশিললকপদগী জমিদারশিংনা ঙাকপা ঙমলক্তবদগী, পুলিশ ফোর্স পুথদুনা, পুলিশ সিপাইহীশিংনা লৌফমদা নোংমৈ কাপ্পদগী, মৈতৈ নুপী অনি য়াওনা ইমাচৌ, চাওবী, লালমনি, লতিকা, বাওরী অসিনচিংবা কিষান কর্ম্মী নোংমৈ গুলিদা মথ্বায়

কৃষক সভাগী অদুগুম্বা অকন্বা আন্দোলনদগী ভারতবর্ষগী ওইনা জমিদারগা লৌমীগা লৈনবা মরি (আইন) টেনান্সি একট্ ভারতগী পার্লিয়ামেন্টতা পাস তৌদুনা, ভারতকী ষ্টেট খুদিংমক্তা লেন রেভীনিউ আইন লৈখি।

## মহিলা আত্মারক্ষা সমিটি

বাঙ্গালী হিন্দু সমাজদা, মচা নিঙোল থাজবসি অচৌবা অৱাবা অমনি। পনপ্রথা "অওং অউন" হায়রিবা অসি নিপা ময়ুমনা অপাম্বা শেল নত্রগা পোৎশক পিয়ু হায়বদু পীদবা য়াদে। মখোইগী চৎনবিদা, নিপাবু নুপী ময়ুমনা মমল পীদুনা লৈনৈ। হায়না শীংনদুনা ৱা লোইনরবা ফাওবদা নিপা ময়ুমনা, পিয়ু হায়রিবা পন অদু পীদ্রবদি, লুহোংফম য়ৌরকলবা বোর নিপা অদু হনখিবা ফাওবা য়াওই। কন্যা নুপি লৈশাবী অদুনা ইকাইখিবদগী, আত্মাঘাট তৌদুনা শিবা কোঙ্গাই। অচেন্বা রেলগাড়ীদা চোংশিন্দুনা শিবা, থৌরীয়ান্দুনা শিবা, হুথক্তুনা শিবা অসিগুম্বসি য়াম্না থোকই।

ইরাবতনা কাছাড়দা লৈরিঙৈ সূর্মা ভেলী কাছাড় শিলেৎনচিংবদা মহিলা আত্মরক্ষা সমিটি (নুপী মরুপ) লিংখৎতুনা, পনপ্রথা মুৎথৎনবা অকন্বা লাম্ছেং নরম্মী। এন্টি ডাউরী শ্লোগান লৌখৎতুনা ভারতকী ওইনা অকন্বা ইহৌ শাগৎখি। ইরাবতনা হৌদোকলম্বা, পনপ্রথা "অওং অউন" আইন অমনা পুমথিং থিংগদবনি, হায়না ভারত সরকারদা অকন্বা দাবী তৌরম্মী। মহাক্না লৈত্রবা তুংদা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা, হিন্দু মেরিএজ একট্ আইন পাস তৌদুনা পনপ্রথা অওং অউন পীবা পুমথিংথিংখি। সুর্মা ভেলীগী বাঙ্গালী হিন্দু নুপীশিংনা ঙসি ফাওবা মহাকপু নিংশিংনরী।

## অহুমশুবা শরুক

ইরাবত মণিপুর চংহন্দবগী অথিংবা হুকুম তাং ২৮ ফেব্রুয়ারী ১৯৪৬ ইংদা লোইখ্রে। বৃটিশ সরকারনা মহাকপু মণিপুর চংহন্দবগী অথিংবা হুকুম অমুক থোকত্রে। অথিংবা লৈত্রবনিনা কাছাড় শিলচর থাদোক্লবা থৌরাং তৌরে। মতম লৈবা খীবীক্তা লৈবাক মীয়ামগী থবক নোমদুনা, মীয়ামগা লিরোম্নদুনা লৈমিন্নরম্বা অমদি মহাক্কী নুশিজরবা বিপ্লবী কর্ম্মী পুন্নমক্তগী বিদায় লৌরবা তুংদা, ইরাবত ইম্ফালগীদমক্তা শিলচর থাদোক্নুনা তাং ০৩ মার্চ্চ ১৯৪৬ ইংদা খোঙশাল্লকলে। তাং ০৪ মার্চ্চ ১৯৪৬ ইংদা ইম্ফাল ময়ুম থুংলরে। মহাক্না থুংলবগা অমুক পোথাবা তৌদনা, মহাক্কী পুন্সিগী রাজনিতিগী খোংচৎতা লোইনজরকপা কর্ম্মীশিং মথং মথং উনবা হৌগৎলকখি। ইনজিন লৈতবদগী মমল য়ামলবা পোৎনা থননা হাপ্লা রেলগাড়ীগী দাবা ময়াম, তালী মথক্তা নোংজু নুংশা খাঙদুনা অরেম্বা লৈরম্বা পুন্নমক ইনজিন লাকলবা মতমদা দাবা ময়াম অদু পরেং শানা ইনজিন্দা লৌশিললগা চিংদুনা পুখিবগুম, তৌফম খঙদনা কঙাওনদুনা লৈরম্বা মণিপুরগী রাজনিতি কর্ম্মী পুন্নমক লুচিংবা লাকপদগী মীৎ মাই পাঙদুনা মথুম মরাং হৌগৎলে। মহাক মহাক্কী মথৌদা পুক্লিং চংশিন্নরকলে।

ইরাবত চহি তরুক হেন্না থাদোকলুরবা মরমদম অমদি মহাক্না নকশিননা লোয়নরকপা রাজনিতি কর্ম্মী পুন্নমক্কী খোঙ্গুল লিরকপদা, শ্রীলাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ (ওরফে) ইবুংঙোহল, শ্রীকারাম বিদুর সিংহ নচিংবা অহান্বা মক্তদা উনবা ফংখি। মণিপুর প্রজা মন্দল কৌবা রাজনিতি দল অমা লিংখৎনবা ৱাফম খন্নখি। নুমিৎ অদুদা লুচিংবা অহুম্না খন্নরবা মতুংদা অমুক থিস্থবা তৌদনা, তাং ০৭ মার্চ্চ ১৯৪৬ ইংগী নুংথিল পুং ৩ তাবদা শ্রীকারাম বিদুর সিংহ ৱাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা, রাজনিতি কর্ম্মী পুন্নমক্কী মিটিং অমা কৌনবা শিনখি। হায়রিবা তারিখ (নুমিৎ) অদুদা, মণিপুরগী মরুওইবা রাজনিতি কর্ম্মীশিংগী মিটিং অমা ইরাবতনা সভাপতি ওইদুনা ফমখি। মিটিং য়াওখিবাশিংগী মনুংদা শ্রীলাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, শ্রীলাইশ্রম মেরা সিংহ, শ্রীকারাম বিদুর সিংহ, শ্রীতখেলময়ুম অমুশেলুং সিংহ, রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ, নুপীদগী খাঙ্গৈদেম প্রোমোদিনি দেবী অসিনচিংবা তিনখি। মিটিংনা মরুওইবা ৱারোল অমা লৌখি। মদুদি ঃ- বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুর অসি মমিং মুথৎনবগী খুজিল থৌরাংদা, পূর্ব্বাঞ্চল প্রদেশ **নোর্ট ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার প্রোভিন্স** শেমনবগী তকশিললকখিবা অদুগী মায়েক্তা য়ানিংদবগী অকম্বা ৱারেপ লৌখি। অতৈ ৱারোলশিংদি, ফি-লং, কেরোশীন নচিংবা নুমিৎ খুদিংগী শিজিন্নগদবা পোৎলমশিং মমল হোঙনা মরাঙ কায়না ফংহননবা মণিপুর ষ্টেট সরকারদা দাবী তৌখি।

নুমিৎ অদুগী মিটিংনা পুকচেল অমত্তা ওইনা ইরাবতনা প্রেসিডেন্ট ওইরগা মণিপুর প্রজা মন্দল কৌবা রাজনিতি দল অমা লিংখৎখি। দল অদুগী থবক পুনবা মেম্বর ১২গী ৱার্কিং কমিটি অমা শেমখি। কমিটি অদুদা ভাইস প্রেসিডেন্ট অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরী মথংশিংনা শ্রীলাইশ্রম মেরা সিংহ, অমসুং শ্রীলাইথুরাম ইবোবী সিংহনি।

হৌখিবা অনিশুবা নুপী লান লমজিংনবগীদমক্তা তাং ০৭ জানুয়ারী ১৯৪০ ইং দা শেমখিবা ইরাবতনা প্রেসিডেন্ট ওইবা মণিপুর প্রজা সম্মেলনী বিপ্লবী মশা লৈতবদগী থবক অমত্তা তৌদনা ফমজিন্দুনা লৈরুবদগী, প্রেসিডেন্ট মশা লাকলবনিনা, প্রজা সম্মেলনীগী ৱার্কিং কমিটি মিটিং অমা চহি তরুক্কী মতুংদা তাং ১৬ মার্চ্চ ১৯৪৬ ইংদা শ্রীকারাম বিদুর সিংহ বাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা, ইরাবতনা প্রেসিডেন্ট ওইদুনা মণিপুর প্রজা সম্মেলনীগী ৱার্কিং কমিটি মিটিং ফমখি। মিটিং অদুদা ইরাবতনা পূর্ব্বাঞ্চল প্রদেশ নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার প্রোভিন্স শেম্বগী মায়োক্তা অকন্বা ৱারেপ লৌখি। মতৌ অশুন্না পোথাদনা তুম্বা চাবা থিদনা অকন্বা থবক পায়খৎলকখি।

ইরাবতনা মণিপুর চঙবা য়াদ্রিঙৈগী মাংওইননা বিপ্লবী ইশৈনা মাঙজিন থাদুনা মণিপুর প্রজা মীয়ামদা ইথিল পীরম্মী। শ্রীমতি চন্দ্রকলা দেবীদা, মহাক মশানা ইবা বিপ্লবী ইশৈশিং তম্বীরগা কলিকাতাদা রেকোর্ড লৌরগা মণিপুর লৈবাক্কী কাচিন কয়া শিনবা থুংনা বিপ্লবী ইশৈনা মীপুম খুদিংগী নাকোং য়ৌহললম্মী।

ইশৈশিং অদুগী মনুংদা "থাঙ্গোল অদু ময়া থাংঙু থৌনা হে লৌউবা" "হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা" অমসুং "লৈবাক লৈবাক খুদিংদা মীয়াম্না ওইরি জয়" অসিনচিংবা বিপ্লবী ইশৈশিং অসিনা মণিপুর প্রজা মীপুম খুদিং মকপু য়াকাইরম্বগা লোইননা অকন্বা ইহৌ শাগৎলম্মী। ইম্ফাল মনুংদা মণিপুর প্রজা মন্দল, মণিপুর প্রজা সম্মেলনী মথং মনাও নাইনা শাগৎতুনা মিটিংনচিংবা ফমলবা মতুংদা, ওর্গেনাইজেসনশিং শিথরুরবা কয়া হিঙ্গৎহন্নবা অমসুং অনৌবা লিংখৎনবা অকন্বা থবক চংশিল্লকখি।

ওর্গেনাইজেসনশিংগী মনুংদা কৃষক সভা, ছাত্র ফেদেরেসন, মহিলা সম্মেলনী-নচিংবা হিঙ্গৎন্নবা থৌরাং পায়খৎলকখি। ইরাবতকী চেৎনা থাজরবা মীওইশিং সর্ববশ্রী বিজয় সিংহ, লাইশ্রম কহ্নাই, তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী-সিংহ লৈমজম বোকুল সিংহ, কাঙবম পারিজাৎ সিংহ, মাইবম কোকঙাং সিংহ, তেনশুবম লম্ফেল সিংহ, মাইমোম মধুমঙ্গোল সিংহ, ওক্রম ইবোমচা সিংহ অইবা ইশা। নুপী লক্তা সর্ববশ্রীমতি (কমেং) ইমা জাতি দেবী সভা নেত্রী, হিজম ইন্দুরেখা দেবী সেক্রেটরী,

তোংব্রম শবী দেবী, অথোকপম যুবতী দেবী, তখেল্লম্বম থোইবী দেবী, খাইদেম প্রোমোদিনি দেবী, এম কে বিনোদিনী অসিনচিংবা মণিপুর মহিলা সম্মেলনীগী কর্ম্মীশিং। নহারোল অমসুং ছাত্রশিংগী মরক্তা সর্ববশ্রী নোংমাইথেম বুদ্ধচন্দ্র সিংহ, থোকচোম বড়সিংহ, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র সিংহ, লামবম ইবোতোম্বী সিংহ, ক্ষেত্রীময়ুম ইবোয়াইমা সিংহ, নিংথৌজম বিনোয় সিংহ, ঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ, থোকচোম বীর সিংহ, মোইরাংথেম ইবোহল সিংহ অসিনচিংবা। হায়রীবা শিংসিনা মহাক-মহাক্কী ফ্রন্ট শিন্দোক্লদুনা অহিং নুংথিল খাক্তনা তুম্বা চাবা থিদনা থোংমান্নবা অকন্বা থবক পায়খৎনরকখি।

## অনিশুবা কৃষক সভা অধীবেসন

তাং ১৬ মে ১৯৪৬ ইংদা নম্বোল লাইশ্রম জিষ্ণ মান্দপ্তা কৃষি সম্মেলনীগী অনিশুবা অধীবেসন, মণিপুর লৌমী মীয়ামগী ফমখি। সেসন অদুনা কৃষি সম্মেলনী হায়না কৌরিবা মীংবু, **মণিপুর কৃষক সভা** হায়না ওনখ্রে। সেসন অদুদা তিল্লিবা ডেলিগেৎ পুম্নমক্কা পুকচেল অমত্তা ওইনা ইরাবতপু মণিপুর কৃষক সভাগী প্রেসিডেন্ট খনখি। সেসন অদুনা লৌখিবা ৱারেপশিংগী মনুংদা মরুওইনা পূর্বাঞ্চল প্রদেশ **নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার প্রোভিন্স** শেম্বগী মায়োক্তা অকন্বা ৱারেপ লৌখি। অতৈ ৱারেপ ঃ- লান মনুংদা লৌগী খাজনা লুপা ৬-১২ লুপা তরুকতগী তরা নিথোইদা হেনগৎখিবসি লুপা তরুক্তা (১২-৬) হন্থনবগী অকন্বা ৱারেপ লৌখি। অতৈ পোৎলমশিংগী মনুংদা লং-ফিরোন কেরোসিন অমসুং নোংমগী শিজিন্নদবা য়াদবা পোৎলম খীবীক ডিলরগী মাইকৈদগী হোংনা ফংহল্লু হায়না অকন্বা ৱারেপ লৌখি।

## মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ

তাং ২১ আগষ্ট ১৯৪৬ ইংদা ক্বাকৈথেলগী শ্রীঅনৌবম গৌরমনি শর্ম্মাগী মান্দপ্তা মণিপুর প্রজা মন্দল অমসুং মণিপুর প্রজা সম্মেলনী দল অনিগী ৱার্কিং কমিটি মিটিংফমখি। দল অদুগী প্রেসিডেন্ট ইরাবতনি। ৱার্কিং কমিটিগী মেম্বরশিং অয়াম্বনা কমন ওই। দল অনি অদু অমত্তা ওইনা পুন্সিন্দুনা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ কৌদুনা অকন্বা মণিপুরগী রাজনিতি দল অমা শাখি। মেম্বর ২৫ (কুনমঙা)গী ৱার্কিং কমিটি অমা শেমখি। দল অসিগী প্রেসিডেন্ট - জেনেরেল সেক্রেটরী - ভাইস প্রেসিডেন্ট - এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী মথংশিংনা সর্ববশ্রী রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ, ইরাবত সিংহ, অনৌবম গৌরমনি শর্ম্মা অমসুং তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহনি। মণিপুর প্রজা সঙ্ঘগী মিটিং মণিপুরগী মফম শিনথুংনা চৎ-চৎতুনা রাজনিতি, অর্থনিতি, সমাজিক্কী ৱারেপ কয়া লৌদুনা অকন্বা ইহৌ শাগৎখি।

## মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস

তাং ৪ ওক্তোবর ১৯৪৬ ইংগী নুংথিলদা, এবিয়ান ঠিয়েটর হোলদা, মণিপুরগী রাজনিতি দল মহাসভা, প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভা দল অহুমগী প্রতিনিধি-শিংগী মিটিং অমা ফমখি। মিটিং অদু বুর্জেজায়াশিংনা মনুংদা লৌতুনরগা কৌবা মিটিং ওইখি। নুমিৎ অদুগী মিটিং অদু মরুওইবা বিষয়দি, ইরাবতপু ইকাইবা পীবা, মণিপুরগী রাজনীতিগী লৌবুক্তগী ইহ্মোকখিবা, মহাক্কী মমিং মুথৎখিনবগী খুজিন থৌরাংনি হায়বদা লালোই। মিটিং অদু হৌবদগী অরোইবা ফাওবা কমিউনিষ্ট চৈবা, ইরাবতপু চৈবনা মরুওইখি। মিটিং হৌবদগী য়েৎনরকপনা থবক অমত্তা চৎথবা য়াদে। অৱায়-অখুম তৌনদুনা হোল মনুংদা ইরাং থোকখি। মমৈথংদা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘ মেম্বরশিং পুম্নমক হেনফদনা হোল থাদোক্নুনা থোরকপা তাখি।

মহাসভাগী মেম্বর খর হোল মনুংদা তরক তরক লৈহৌবশিং অদুনা শ্রীরাজকুমার ভুবনসনা সিংহনা সভাপতি ওইদুনা খুদক অদুদা নৌনা মিটিং অমা পাংথোকলগা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস শেমখি।

প্রজা সঙ্ঘদগী রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ তোকখ্রবা মতুংদা, ইরাবতনা প্রজা সঙ্ঘ প্রেসিডেন্ট ওইরে। শ্রীতখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইদুনা মপাঙ্গল কনবা মণিপুরগী রাজনিতি দল অমা ওইখি।

**প্রজা সঙ্ঘ** অমসুং **কৃষক সভা** অনি থোংমান্ননা মণিপুর শিনবা থুংনা আন্দোলন চংশিল্লকপা মতম অদুদা, বুর্জোয়া কাংবুশিংগী প্রাচারদি, কমিউনিষ্ট হায়না পনবদা বিষ্ণু-বিষ্ণু শোনবা থাক ফাওবা য়ৌখি। ইরাবতনা হৌদোরকপা শ্লোগান (খোল্লাও) লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু, মণিপুর শিনবা থুংনা লাওরকপা খোল্লাওনা পুমনিন নিল্লকপসিদা, বুর্জোয়াশিংগী থম্মোয়দা তানা থিনবগুম থোকখি। রাজনিতি ব্রাহৈগী ব্রাংমা লাননা শিজিন্নরকপা, কদাই ফাওবা তুকৎচবা ব্রাহৈ শিজিন্নরকপগে হায়বদা, কমিউনিষ্টতি মপা হনুরগা হাতোকই, নুপী নহা অমগী অমগীনি হায়বা মথোঙ মরম খংদে। তাবদা তুজুংবা পোকপা ব্রাহৈ কয়া ফাওবা শিজিন্নদুনা, ইরাবতপু মাঙনবা প্রচার তৌরকখি। থাক অদু য়ৌরবা ফাওবদা বিপ্লবী মতু নিকতে। মহাক্কী তৌগদবা থবক্তা কমিত্তা নিঙহন্নদে, অঙকপনি মহাক্কী ত্রখাংকনবা। বুর্জোয়া-শিংনা মহাকপু মাঙনবা তৌরকপা প্রচার পুন্নমকী পাওখুমদি, মহাক্কা মীয়ামগা লোইননা চঙশিল্লিবা আন্দোলন খোংজংগী থবকশিং অদুনা মকা-লামনা পাওখুম পিরমখি।

## অনৌবা যুগ

থবক নোমবগী মনুংদা, মতম পুন্নমক্তা শরক শিহন্দে। মণিপুরগী রাজনিতি লুরবা তানজা অমা ওইবনা, থক-খা-তূনা কোইচেল চেন্দুনা ওর্গেনাইজেসনগী থবক্তসু পুকনিং চঙদবা য়াদে অদুগা লোইননা খবর অমা থোকপা হায়বশি তৌদবা য়াদবা মরুওইবা থবক অমনি হায়না ইরাবতগী পুকনিংদা খল্লকখি। অনৌবা যুগ ফোঙনবা লম্বী অমা থিরকপদা, মশাগী প্রেস লৈতে মতম অদু, মণিপুরদা লৈবা প্রেসশিং অমত্তনা, কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘনচিংবা দলগী পমফ্লেৎ মচা অমতং ফোঙবিয়ু হায়জরুবদা য়াদে। হেনফদবা চে ফোঙবা তাবদা গৌহাটি, কলকত্তানচিং বা লমদা, মীথারগা ফোঙলম্মী। খুদক্তা প্রেস অমা লৈবা ভম্বগী পাঙ্গলসু লৈতে। ফোঙদবদি য়াদে, করি লম্বী লৈ হায়না মরোমদোম খনবদা, সাইক্লোষ্টাইলদা খুৎনা ষ্টেন্সিল ইরগা অনৌবা যুগ চেফোং পুথোকল্লবা লেপখী। হায়রিবা সাইক্লোষ্টাইল মেচিন অদু ফাওবা বিপ্লবী মশাগী লৈত্রী। মেচিন লৈরগসু মনিপুরদা ষ্টেন্সিল, মুক্কচিংবা ফংবা মতম নত্তে। অদুম ওইনমক, থোকতবদি য়াদে হায়না মহাক্কী

অনিংবা অদুনা কনসিল্লকতুনা, আসাম কমিউনিষ্ট পাটিদগী সাইক্লোষ্টাইল মেচিন অমা মতম খরগী ৱাইরুই। ষ্টেন্সিল কোলোমনচিংবা চঙগদবা মচাক পুন্নমক, কলিকতাদগী চেন্নবা থৌরাং তৌরে।

অনৌবা যুগ চয়োলগী চেফোং পুথোক্লবা সম্পাদক মন্দলী অমা শাখি। সম্পাদক মন্দলীগী সভাপতি ইরাবত সিংহ সহকারি সভাপতি শ্রীলাইশ্রম কহ্নাই সিংহ মেনেজর শ্রীলোংজম বিজয় সিংহ।

১৩ এপ্রিল- শোক ১৯৪৭ ইংদগী অনৌবা যুগ চয়োল চেফোং পেজ ৮ পান্দুনা পুথোকখি। চেফোং অসি বিপ্লবী মশানা, মখুৎনা ষ্টেন্সিল ইবা, মশানা পাও খোমজিনবা, আটিকল ইবশু বিপ্লবী মশানি। পুন্নমক্কী মথক্তা সাইক্লোষ্টাইল মেচিন্দা ষ্টেন্সিল পানশিল্লগা, চেফোং নমদুনা পুথোকপশু বিপ্লবী মহাকনি। মতাং অসিদা হায়বা য়াই। অনৌবা যুগ চয়োল চেফোং পুথোকপশি ইরাবতকী তোপ তোপ্পা গুননি।

মহাকনা ইগে নিংলিবা ৱারেং অদু অতোপ্পা চেদা ড্রাফ তৌরগা অরান অহুই য়েংদে। ষ্টেন্সিলদা ৱারেং অদু ইবদা মকোক্তগী লোইদ্রিবা ফাওবা কোলোম থাদোক্তে। অদুন্না ইরি হায়দুনশু অতৈ ওর্গেনাইজেসনগী থবক্তা কোমথোকপ্রা হায়বশু কোমথোক্তে। ওর্গেনাইজেশনগী থবক্তশু শরক শিহন্দে। মিটিং চৎপা, পব্লিক মিটিং তৌবনচিংবা থৌরম পরেং অমত্তা শরক শিহন্দে। মণিপুর শিনবা থুংনা খুঙ্গং-খুঙ্গং খুদিংমক্তা চৎ চৎতুনা কৃষক সভা শাগৎলি।

খুঙ্গংশিংগী লম্বী থোং, শেৎনা চানবা অৱাৎ অপা য়েংশিন্দুনা সরকারদগী দাবী তানবা, অমদি লৌউ শিংউগী খুদোংচাদবা কয়া থিজিন্দুনা অন্দলোনগী ইহৌ শাগৎপা পোথাবা লৈতে। ইরাবত মতমবু য়াম্না পামুনা শিজিননৈ। প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভানচিংবা অফিস তোপ্পা লৈতে। ওর্গেনাইজেশন পুন্নমক্কী পুনফম অসি বিপ্লবী মহাক্কী ময়ুমদনি। মহাক্না লৈরিবা য়ুম অদুগী খা থংবা য়ুমজাও য়ুমফমদা, পাখল অমা নোংপোক ওন্দুনা শাবা খা-ৱাং-নোংচুপ মাইকৈ অহুম ফকলাং খারগা মমাং থংবা খাদবা অহাংবা শঙ অমদা অফিস ওই।

ইরাবত মতম পুন্নমক্তা, অফিস অদুদা থবক শুদুনা লৈ। অফিস অদুদা দলশিংগী ৱার্কিং কমিটি মিটিং, গ্রুপ মিটিং, পোলিটিকেল ক্লাসনচিংবা পুন্নমক পাওথোকই। মিটিংশিং অদুগী প্রিসাইদ তৌবশু মহাকনি। লমজীং পিবশু মহাকনি। পুন্নমক্কী মথক্তা, অনৌবা যুগ চয়োল অমগী চাংনাইনা পুথোকলিবনি। অনৌবা যুগ কোপী চাত্রেৎ কী মথক্তা চৎলি। ইরাবতকী অনৌবা যুগ রাজনিতি সার্কলদা য়াম্না পোপুলার ওই। মণিপুরদা নত্তনা মণিপুরগী ৱাংমদশু য়াম্না পাম্নে।

# ইরাবতকী রাজনিতি ব্বাখললোন
# অমসুং
# মণিপুরগী রাজনিতি ফীরেপ

ইরাবতকী রাজনিতিগী ব্বাখললোনদি মার্কসিজমনি। মীগা-মীগা খেন্নবা থমদবা সোসিয়েলিজম সমাজ (মান্নবা খুনাই) না মহাক্কী ব্বাখললোনগী পম্বুংফমনি। মহাক্কী ব্বাখললোন অসিগী মতুং ইন্না, পোকপদগী অরোইবা পুন্সি ফাওবা তৌরম্বা থবক্লা ময়েক শেংনা তাকই।

মণিপুর রাজনিতিগী শক্তমদা, ইরাবতকী অশেংবা ফিরেপ্তী নিংথৌগী শাসন মুথৎপা, নিংখাতম্বা গনতন্ত্র চৎপা মণিপুর সনা লৈপাকনি। গনতন্ত্রগী চৎন পথাপ মতুংইন্না, পার্লিয়ামেন্ট অমা লৈবা, পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বরশিং লৈবাক প্রজাগী মতিক চারবা সাবা লোক (এডল্ট ফ্রেনসাইজ) ভোৎনা খল্লবা। কারকলিবা মেম্বর-শিংনা মন্ত্রি মন্দল শেমলগা লৈবাক্কী শাসন তৌবা। সাবালোক ভোৎনা খনবা মীশক্লা নিংথৌগী মহুৎতা লৈবাক্কী অতোন অরেম ওইনা থম্বা (হেড ওফ দি কনষ্টিট্রিশন) লৈঙাক পাথাপ অসি মহাক্কী ফিরেপনি।

ইরাবতনা মতম লৈব খীবিক্তা নিংখা তম্বা ব্বাৎতা পাদবনা থনবা, মণিপুর সনা লৈবাক অমা শেম্বা হায়বসি, মহাক্কী মখুৎনা ষ্টেন্সিল ইরগা ফোঙবা চয়োল অনৌবা যুগতা, হন্না হন্না ফোঙলম্মী। ইরাবতগী সনা লৈবাক মণিপুরগী শক্তমদি, চীং তম, হিন্দু, মুস্লিম জাৎ-বিজাৎ খায়দনা আত্মনিরন্তন অধিকার (রাইট ওফ সেলপ ডিটরমিনেসন) ফংফম থোকপা ফংমিন্নদুনা নিংখাতম্বা ব্বাৎতা পাদবনা থনবা, গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকনি।

মতাং অসিদা চেকশিন্না য়েংগদবদি ঃ

**ভারতবর্ষগা লৈনগদবা রাজনিতিগী শক্তমদি, নিখিল মণিপুর মহাসভাগী তাং ১৫ এপ্রিল ১৯৪৬ ইং তিন্নখিবা ব্যবস্থাপক সভা স্মারক পত্র অমসুং রিজোলিউসন ৫শুবা:- মহাসভানা অকম্বা কেন্দ্রীয় সরকার অমা লৈবা; ভারত পুম্নমক্কী যুক্তরাষ্ট্র অমা দাবী তৌরি। যুক্ত রাষ্ট্র অসি প্রদেশ অমসুং ষ্টেট ময়ামনা শাগনি। তৌইগুম্বসুং খ্বাইগী ওইবা বিষয় খরদি, হায়বদি, লৈবাকঙাকপা (লানগী), শেল, লম্লোন ইতিক ঈ-পাও লম্বী থোং, পোৎ থাদোক থাক্তিনগী খাজনা অমসুং পররাষ্ট্র নীতি কেন্দ্রদা থাদোক্কনি।**

ইরাবত মশানা পুখৎলম্বা মহাসভাগী বারেপ অসিনা ময়েক শেংনা তাকলে। মণিপুরনা ভারতকী যুক্তরাষ্ট্রদা করম্না য়াওগনি।

পৃথিবীগী অহান্বা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক সোভিয়েৎ রশিয়াগী শক্তম, ইউনিয়ন সোভিয়েৎ সোসিয়েলিষ্ট রিপাব্লিক অসি, নিংখা তম্বা রিপাব্লিক লৈবাক ১৫গী ভোলুন্টরী ইউনিয়ন শেমদুনা পুন্না লৈবাক ঙাকমিন্নদুনা, পৃথিবীগী মনুংদা শিং থানরম্বা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইখি। লৈবাক ১৫ অদুগী মনুংদা য়াওবা, ইউক্রেন অমসুং বেলোরুশিয়া অনিসি ইউ, এন, ও, গী মেম্বর অমমম ওইখি।

মতৌ অশুমনা রিপাব্লীক ওফ মণিপুরনা ভোলুন্টরী ভারত যুক্ত রাষ্ট্রদা য়াওবসি, ইউক্রেন অমসুং বেলোরশিয়াগী মওং অসিগুমনা, মণিপুরগী রাজনিতি শক্তম ঙাকনা য়াওবনা মহাক্কী অশেংবা ফীরেপনি।

ইরাবত মহাক্কী রাজনিতি ফিরেপকী মতুং ইন্না লিংখৎলবা দল খুদিংমক, মণিপুর রাজনিতিগী শক্তম ঙাক্না লিংখৎলি। ভারতকী দলশিংগা, মরুপ মপাংগী অচেৎপা মরি থম্নদুনা তেংবাংনরম্মী।

মহাক্কী শেমলিবা থৌরম পরেংশিং পম্বুংফম য়ৌনবা অন্দলোন লুচিংলম্মী।

দাবী পরেং ঃ

১। পূর্ন দায়িত্তশীল শাসন ২। সাবালোক ভোৎকী মীখল ৩। চীং তম শাসন পুনশিনবা ৪। খুঙ্গংদা গ্রামপঞ্চায়েৎ লিংবা ৫। খুঙ্গং খুদিংদা সিভিল অমসুং ভেটেনারী হোসপিতাল লিংখৎপা ৬। খুঙ্গং খুদিংমক্তা স্কুল লিংখৎতুনা কমপলসরী ইডুকেসন পীবা ৭। এডল্ট ইডুকেশন ৮। খুঙ্গংদা পোষ্ট অফিস লৈহনবা ৯। লৈকাই অমদি খুঙ্গং খুদিংমক্তা কোপরেটিভ শেমদুনা প্রজাগী শেল থুম ফীভম ফগৎনবা জোইন্ট অমদি কলেক্টিভ ফার্মিং লিংখৎপা ১০। ইশিং খোং অনৌবা তৌদুনা লৌউ-শিংউবগী খুদোং চাহন্বা ১১। চাথোক হেনগৎহনবা লমলেম লমজাও নিন্দুনা লৌফম ওম্থোকপা ১২। তুরেল মরূদা দাম শাদুনা ইশিং ইচাও কনবা ১৩। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা প্রজাগী মপোৎ মরল মাং তাকখিবগী ক্ষতিপুরনগী দাবী ১৪। কোওপরেটিভশিংদা সরকারগী লং ফি কেরোশীন অমদি অচাথক্কী ডিলর হাপ্পা ১৫। খুঙ্গং অমদি ইম্ফাল চাকথুং মান্নহনবা ১৬। লান মনুংদা লৌগী খাজনা লুপা ১২ দা হেনগৎখিবা লুপা ০৬ তা হম্থহনবা ১৭। চীং পাৎ মতু নিলাম ককতুনা খুঙ্গংগী ওইহনবা ১৮। লোক্তাক্কী অথোইবা ইশিং চিংথোক্তুনা লোক্তাক খোংবান লৌউনবা থৌরাং অসিনচিংবা দাবী শ্লোগানশিং অসি লৌখৎতুনা অচৌবা অন্দলোন অমা চংশিনখি।

বিপ্লবী মহাক্কী অন্দলোন লমজিংদি, সরকারদা দাবী তৌরগা তোক্তে। থবক ওইনা পায়খৎতুনা মীয়াম্বু লমজিং পীবনি। খুদম থর পীবা তারবদা, কম্পলশরী ইডুকেশনগী মতাংদা মণিপুর শিনবা থুংনা স্কুল লিংখৎতুনা লিতরেসি কেম্পেন চংশিনবা। **কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ, ছাত্র ফেদরেসন অমসুং মহিলা সম্মেলনী**-নচিংবা হায়রিবা বিপ্লবী মহাক্কা মরি লৈনবা, ওর্গেনাইজেসনগী ইউনিৎ লৈবা মফম খুঙ্গং খুদিংদা প্রাইমারী, মিদল অমদি হায়স্কুল লিংখৎপা হায়বসি হেনফদবা থবকনি।

স্কুল লিংখৎলগসু তোক্তে, ছাত্র খোম্বগী অচৌবা কেম্পেন, খুঙ্গংগী য়ুমথোং খুদিংচংদুনা মচা মশুশিংবু, অঙাংশিংগী মমা মপা অহল লমনশিং উন্নদুনা লাইরিক হৈহননিংবগী পুকনিং চিংশিলম্মী। ওঝা ওইরিবশিং অদুগী অৱামল পিনবা, য়ুমথোং খুদিংগী মমাওইবীশিংদা, মুষ্ঠি ভিখাগী কেম্পেন চৎতুনা, স্কুলগী ফন্দ শেম্মী। স্কুল অসি অহাম্বা হৌবদা, য়ুমজাও মাঙ্গোল অমদি শঙ্গোই লুকোই অরৈবদা ফমফম ফক্তা ফমদুনা হৌই। স্কুলশং শাবা, স্কুলগী ফর্নিচর লৈহননবগী থৌরাং অসিনচিংবা থবকশিং পায়খৎতুনা চঙশিল্লি।

গ্রাম পঞ্চায়েৎকী মওংদা লৈকাই অমদি খুঙ্গং খুদিংমক্তা মীখল তৌরগা, কমিটি শেমদুনা কমিটি অদুনা লৈকাই অমদি খুঙ্গংগী চাওখৎ থৌরম, অমদি ৱায়েল থৌদা পুন্নমক্কী থবক পুবা হৌই। পোষ্ট অফিস মওংদা, কৃষক সভাগী মেল সার্ভিস ফজনা চৎথরম্মী। কৃষক সভাগী ভোলুন্টিয়ারশিংনা, চিঠি পুথোক পুশিন য়েঙ্থোক য়েঙ্গিন তৌদুনা মীয়ামদা পোষ্ট অফিসকী কান্নবা খংহল্লি। কোওপোরেটিভ, জোইন্ট ফাম্মিং, কলেক্তিভ ফার্মিং, সার্ভিস কোওপরেটিভ, লার্জসাইজনজিংবা লিংখৎতুনা কোওপরেটিভকী কান্নবা মীয়ামদা খংহন্নবা চংশিল্লি। সরকারদগী মতেং পিরকপা অমুক ঙাইনরুবা তৌদনা, প্রজাশিংদা থবক থৌরম খুদিংমক ইশা ইশাগী তৌফম থোকপা ইথৌনি হায়বসি ময়েক শেংনা খংহল্লি।

মতৌ অশুন্না ইরাবতনা মণিপুর শিনবা থুংনা চংশিল্লকপা অন্দলোন অসিবু মতম অদুগী সরকারনা, ইরাবতনা পেরেরেল গভর্নমেন্ট অমা লিংখৎলে হায়না চার্জ্জ তৌরমখি। হায়রিবা মতম অসি ভারতবর্ষ শিনবা থুংনা বৃটিশপু তাম্থোক্নবা অকম্বা অন্দলোন হৌরকখি। অনিশুবা পৃথিবীগী লানজাও মনুংদা ভারতমচাশিংনা বৃটিশ অঙৌবা জাতী উবা য়ারক্তবা মতম অমা ওইরকখি। কলকতা রসিদ আলী দিবস পালন্দা ছাত্র নহারোলগী অন্দলোনদা, বৃটিশ লাম্মিনা ভারতমচা মশিং লাকঙমদনা নোংমৈ-মেচিনগন্না কাপ্পুনা হাৎখি। কলকতা সিটিগী লম্বী ঈ-না পুমঙাং ঙাংখিবা মতম ওইখি। ভারত মচা ছাত্র নহারোলশু, বৃটিশকী নোংমৈ গুলীগী মায়োক্তা, চেকতুম অমসুং থাঙ তানা পাওখুম পীরমখিবা মতম অমা ওইখি; মদুদি ভারত মচাশিংনা সাহেব হায়বসি লম্বী লমখাংদা উবগা অঙম্বা শক্তি তৌদুনা

হাংতোকপগী পোলিষি লৌরমখি। কলকতাগী গ্রান্দ হোটেল, গ্রেড ইষ্টর্ন হোটেল নচিংবদা লৈবা সাহেব অমসুং মেমশিং, হোটেলগী থবক তৌরিবা বোইশিং অদুনা দলান অৱাংবদগী লংথরক্লুনা হাংপা হৌরকখি। অতোপ্পা মাইকৈ অমদনা, লাম্মী গোড়া সিপাইশিংগা, ভারতমচা সিপাইশিংগা মায়োক্নদুনা, নোংমৈ কাপ্পরকখি। বোম্বেগী বন্দরদা নেভী মশেল মনুংদা গোড়া সিপাইগা-ভারতমচা সিপাইগা অকন্বা লানথেংনরকখি। ভারতবর্ষগী অচৌবা সহরদা, প্রজা লিশিং-লখাগী অচৌবা অন্দলোনগী ইহৌ হৌরকখি।

হায়রিবা ইহৌ অসি ভারতবর্ষগী কাচিন-কোয়া শিনবা থুংনা অকনবা শাফু অমগা লোইননা অন্দোলন হৌরকখিবা মতম ওইখি। হায়রিবা মতম অসি মণিপুরদসু ইরাবতকী লমজীংদা, অকনবা শাফু অমগা লোইননা অকনবা অন্দোলন চংশিনখিরম্মী। মণিপুর অমদি ভারতবর্ষগী লৈমাইদগী বৃটিশসম্রাজ্যবাদপু নমদুনা তানথোকখিবগী মতম অমা ওইখি। বৃটিশ মশানা খংজরে, ভারতবর্ষদা মখোয়গী শাসন তৌবগী মতম লোইরে হায়বসি, হৈশিংবা বৃটিশনি; মখোয়না ভারত থাদোকতুনা চৎপা তারকপা মতম অদুদা মখোয়না শান্নরম্বা রাজনিতি লালোংদি — ভারতবর্ষ অসি অনি থোক্না থুগাইরগা হিন্দুস্থান-পাকিস্থান কৌবা লৈবাক অনি থোক্না খাইদোক্লুনা থমলম্নবগী পোরম য়াৎপা হৌরকখি।

## বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী পোলিষি হোংলকপা

পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওগী মতুংদগী বৃটিশ সম্রজ্যবাদকী রাজনিতি পোলিষি চাওনা অহোংবা অমা লাকখি। বৃটিশকী পার্লিয়ামেন্টকী ইলেক্সনদা মতম কুইনা সাশনগী চুকলী পায়দুনা লাকপা কনজার্ভেটিভ পার্টি লেবর পার্টিগী মখুত্তা মায়থিদুনা লেবর পার্টিগী মিষ্টর এটলীনা প্রাইমমিনিষ্টর ওইদুনা মহাক্কী মন্ত্রি মন্ডল শেমদুনা বৃটিসকী সাশনগী চুকলী পায়রে। লেবর পার্টিনা সাশন পায়বদগী ভারতবর্ষ অসি অমুক থিম্বা তৌদনা স্বরাজ পিথোকপা পামখি। ভারতবর্ষগী গভর্নার জেনেরেল লর্ড ওয়েভেলগী মহুৎতা, লর্ড মাউন্টব্যাটন থারকলে। তাং ২৪।৩।৪৭ ইংদগী ভারতবর্ষগী গভর্নার জেনেরেল ওইনা থবক পায়বা হৌরে।

বৃটিশ সরকারগী ওর্ডার ফংলবা মতুংদা অমুক পম্বা তৌদনা তাং ৩।৬।৪৭ ইংদা ভারতবর্ষগী গভর্নার জেনেরেলনা, পন্ডিত জৱাহরলাল নেহরুবু বার্ত্তন তৌরক্লুনা, মহাক্কী একজেকিউটিভ ওইনা তাং ২।৭।৪৭ ইংদা ৱাশক লৌরগা থবক পায়ৱা হৌরে।

## মণিপুর রাজনিতিগী অহোংবা

মণিপুরেশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ ভারতবর্ষগী রাজনিতিগী অহোংবা লাক্লিবগী মতুংইন্না মাংজৌননা অমুক পম্থরুবা তৌদনা শোক ১৯৪৭ ইং চহিগী অহৌবদা মণিপুরদা, দায়িত্তশীল সাশন পিনবা মমি অমা তম্লকখি। বৃটিশকী প্রতিনিধি মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট মিষ্টর পিয়ারসনগী খুজিন থৌরাংনা মণিপুরগী কোনষ্টিট্যুসন শেম্নবা, কোনষ্টিট্যুসন মেকিং বোডি অমা শানবা থবক চংশিল্লকখি। কোনষ্টিট্যুসন মেকিং বোডি অদু মেম্বর ১৬ ওইগনি। মতৌ অসুন্না মিষ্টর পিয়ারসননা চখরকলিবা থবক অদু মণিপুর প্রজা মীয়ামগী অপাম্বগী ওন্না তৈনব ওইনা থোকখি। মরমদি নিংতম্বা লৈবাক অমগী কোনষ্টিট্যুসন শেম্বগী থৌরাংদা, ডিমোক্রেটিক ওইদবা, মিষ্টর পিয়ারসনগী পোলিষি অদুগী মায়োক্তা ইরাবত লেপখী। মহাক্কী দল প্রজা শঙঘ, কৃষক সভা অমসুং য়াইস্কুল মাইকৈগী প্রজাশিংনা কোনষ্টিট্যুসন মেকিং বোডি অদুদা চংখিদে, বোইকোৎ তৌখি। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতী কোনষ্টিট্যুসন মেকিং বোডি অদুদা য়াওখি। অদুম ওইনমক কোনষ্টিট্যুসন অমদি শেমখ্রে। কোনষ্টিট্যুসন অদু পার্লিয়ামেন্টকী নত্তে, এসেমব্লীগীনি। এসেমব্লী মেম্বর ৫৩ লৈগনি। চীফ মিনিষ্টরদি এসেমব্লী মেম্বরগী ৱাংমদগী মহারাজনা অপাম্বা মীশক অমা খল্লগা হাপ্পগী শক্তি পীরম্মী।

## দরবার মুথৎপা

মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা তাং ১।৭।৪৭ ইংদগী মণিপুর ষ্টেট দরবার মুথৎলে। তাং ১৪।৮।৪৭ ইং ফাওবা সরকার অমা লাকত্রিবা ফাওবা লাংদাই ওইনা দরবার মেম্বর পুন্নমক কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টর (মন্ত্রিমন্ডল) ওইনা থবক পুহনখ্রে।

মন্ত্রি মন্ডল শিং

১। মেজর এফ, এফ, পীয়ারসন আই, পি, এস চীফ মিনিষ্টর
২। সর্ব্বশ্রী শৌগাইজম সোমোরেন্দ্র সিংহ মিনিষ্টর
৩। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ
৪। শঞ্জেনবম নদিয়া সিংহ
৫। মহারাজকুমার পৃয়ব্রত্ত সিংহ
৬। রাজকুমার ভাস্কোর সিংহ মিনিষ্টর
৭। ৱাইখোম চাওবা সিংহ মিনিষ্টর
৮। মহম্মদ আলীউল্লা মিনিষ্টর

## ইন্টরিম কাউন্সিল

মনিপুরেশ্বর মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা ষ্টেট কাউন্সিলগী মতম অসি তাং ১৪।৮।৪৭ ইংদা লোইরবনিনা মথংগী থবক পুনবগীদমক্তা ইন্টরিম কাউন্সিল শেমনবা থৌরাং লৌখৎলে। মনিপুরগী চীং তম অমসুং মুস্লিম য়াওনা মন্ত্রি তরেৎকী মন্ত্রি মন্দল অমা শেমদুনা, তাং ১৪ আগষ্ট ১৯৪৭ ইং নোংয়াই ০১২ চবুক্তগী মরক্কী সরকার পুহৌনবা শিল্লে।

## লাংদাই সরকারগী মন্ত্রিমন্ডল অমসুং পুগদবা ডিপার্টমেন্ট

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সর্ব্বশ্রী মহারাজকুমার পৃয়ব্রত্ত সিংহ | - | হোম |
| ২। | সিনাম কৃষ্ণমুহোন সিংহ এম, এ, বি, এল | - | ফাইনান্স, কর্ম্মাস, অমসুং ডেভেলপমেন্ট |
| ৩। | রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ | - | রেভিনিউ |
| ৪। | বাসিরুদ্দিন অহম্মদ বি, এ | - | মেদিকেল, পি, ডব্লিউ, দি |
| ৫। | কোঞ্জেংবম গৌরো সিংহ বি, এ | - | ইডুকেশন, প্রেস অমসুং লোকেল সেলফ গভর্নমেন্ট |
| ৬। | টিয়ানখম বি, এ | - | ফোরেষ্ট, এগ্রিকলচর অমসুং ভেটেরীনরী |
| ৭। | মেজর আর, খাথিং বি, এ, বি, ই, এম, সি | - | হীল এডমিনিষ্ট্রেশন অমসুং মণিপুর রাইফল |

## ১৫ আগষ্ট ১৯৪৭ ইং

হৌখিবা অহিং নোংয়াই চবুক তাং ১৪/৮/৪৭ ইং তাং ১৫/৮/৪৭ ইং ০১২ তাবদা, বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ভারতবর্ষ স্বরাজ পীরমলে। ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিশ গভর্নার জেনেরেল লোর্ড মাউন্টব্যাটননা, রাজা গোপাল চারীদা গভর্নার জেনেরেলগী চার্জ্জ শিন্নরমলে। নিংখা তমলবা ভারতকী অহান্বা গভর্নার জেনেরেল রাজা গোপাল চারীনা ওইরে। মতম কুইনা ভারতকী রাজধানি দিল্লীদা পাইরম্বা বৃটিশকী ইউনিয়ন জেক চীংথরগা, ত্রিকলর (মচু অহুম) ফীরাল রাজধানি দিল্লিদা চীংখৎতুনা পাইহল্লে। পন্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা নিংতম্বা ভারতকী অহান্বা প্রধান মন্ত্রি ওইদুনা মন্ত্রি মন্ডল অমা শেমলগা, মরক্কী সরকার পুরে।

মণিপুরগীশু হায়রিবা মতম তাং ১৪/৮/৪৭ ইং তাং ১৫/৮/৪৭ ইং নোংয়াই চবুক ০১২ তাবদা, মিষ্টর পিয়ারসন আই, পি, এস চীফ মিনিষ্টরনা বৃটিশকী ইউনিয়ন জেক চীংথরে। চহি ৫৬ কী মতুংদা অহান্বা নিংতম্বা মণিপুরগী ফীরাল

অঙৌবদা ময়ায়দা পাখংবা য়েকপা মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহ চীফ মিনিষ্টর, মনিপুরনা কাউন্সি ওফ মিনিষ্টর হোলদা চীংখৎতুনা পাইহনখি।

তাং ১৫/৮/৪৭ ইং গী অয়ুক পুং ৭ তাবদা, মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা, মণিপুরগী সনা কোনুংদা, মণিপুরগী ফীরাল পাখংবা য়েকপা চীংখৎখি। মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিল অফিসতশু, মহারাজনা মহারানীগা লোয়ননা মণিপুরগী ফীরাল পাখংবা য়েকপা চীংখৎখি। কংলাদশু পাখংবা য়েকপা ফীরাল চীংখৎতুনা লৈবাক্কী হরাও তয়াম্বা ফোংদোকখি।

১৫ আগষ্ট ১৯৪৭ ইং অসি নিংতম্বগী নুঙাইবা ফোংদোকপা নুমিৎ ওইখি। নুমিৎ অদুগী মণিপুরগী রাজনিতিগী য়াওল অমা লাকখি।

## মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কাংখোং চাইবা

তাং ১৪ আগষ্ট ১৯৪৭ ইংগী অহিং নোয়াই চবুক ১৫ আগষ্ট ৪৭ ইংগী লোন্নবা অহিংদা বৃটিশ থাদোকতুনা চৎখ্রে। অহিং নোংয়াইদগী ঐখোই ইরৈবাক মণিপুর নিংখাতম্বগী মন্ত্রিমন্ডল অমনা লৈবাক ঙাকপা হৌরে। মণিপুরগী সং বীধানগী মতুং ইন্না ইলেকসন তৌরগা প্রজাগী ভোৎনা খনবা মীহুৎনা শেম্বা মন্ত্রিমন্ডল লৈত্রিঙৈ লংদাই সরকার (ইন্টরিম গর্ভনমেন্ট) গী মন্ত্রিমন্ডল তরেৎগী মনুংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অনি য়াওখি। শ্রী রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ অমসুং শ্রী সিনাম কৃষ্ণমুহন সিংহ এম, এ, বি, এল মন্ত্রি মন্ডলদা য়াওখ্রে। মন্ত্রি মন্ডলদা য়াওখিবা মওং অদু, অরোম্বা লম্বী থিরগা মনিং থোংলোমদগী চংলগা য়াওখিবা ওইবনা, কংগ্রেস পার্টি মনুংদা কাং খোং চাইবা হৌরে। লৈবাক প্রজা মীয়াম্না নিংখা তম্বা ফংবগী হরাও তয়াম্বা নুংঙাইবা ফোংদোক্রবদা, নুমিৎ অসি কংগ্রেসকী মন্ত্রি ওইহৌদবা কাংবু অমনা পেন্দবা ফোংদোকখি। নুমিৎ অসিদগী কংগ্রেস দল তংখাই তারে। মণিপুরেশ্বর মহারাজনা ভারতকী ত্রিকলর (মচু অহুম) ফীরালবু সন্মান উৎতে হায়দুনা অকম্বা চার্জ্জ তৌদুনা, রাজনিতিগী ইহৌ অমা শাগৎলকখি।

বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ভারত থাদোকতুনা চৎপা তারকপদা ভারতবর্ষগী নিংথৌশিংগী শক্তি হেন্না পিশিন্দুনা থনমখি। নিংথৌশিংগী অহেম্বা শক্তিশিং অদু লৌথোক্লবা, প্রজাগী পুর্নদায়িত্তশীল শাসন ফংনবা মণিপুর অমসুং ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাক পুম্নমক্তা প্রজাগী অকম্বা আন্দোলন অমা হৌরকখি। মতম অদুদা মনিপুরগী রাজনিতিগী ফীভম থোইদোক্লা অরুবা মতাং অমা ওইখি। মণিপুর ভারত্তা তিনশিন্নবা (মার্জ্জ)কংগ্রেসকী অরাংবা থাক্তা খন্নবা হৌরকখি। মতম অদুগী ভারতকী পোলিতিকেল এজেন্ট (ডোমিনিয়ন এজেন্ট) শ্রী দেবেশ্বর শর্ম্মানা, আসামদা তিনশিন্দুনা আসামগী জিলামচা অমা ওইনবগী মন্ত্রিমন্ডলদা য়াওহৌদবা

কংগ্রেসকী নেতাশিং অমসুং সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী নেতাশিংগা মনুংদা কন্না লৌতুনদুনা তকশিল্লম্মী। ভারত সরকারগী চংশিললকলিবা থৌরাংদি, হোম মিনিষ্টর সর্দ্দার পটেলনা, ভারতকী অৱাং নোংপোক ঙমখৈগী লম বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা চংশিল্লম্বা লম্বী পুর্ব্বাঞ্চল প্রদেশ **নোর্থ ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়ার প্রভিন্স** অমা শেম্নবগী ৱাফমদা তকশিল্লমখি। পুর্ব্বাঞ্চল অসিদা য়াওগদবা লমদি, মণিপুর ষ্টেট, কাছাড় লুসাই পাহার অমসুং ত্রিপুরা ষ্টেট লমদম মরি অসিনা পুল্লগা শেম্বনি।

আসামগী চীং লৈবাক্তা, বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী ইথিলনা, ভারতকী অৱাং নোংপোক সিমান্তগী নিংখা তম্বা লৈবাক শেম্নবা প্রোফেসার কুপলেন্ডগী প্লান মতুং ইন্না চৎথরম্মী। তাং ৪ নভেম্বর ১৯৪৭ ইংদা মিষ্টর ফিজোগী লমজিংদা কহিমাগী নাগা পরিষদনা থা অমগী মনুংদা নাগা তাবা জাতিগী লম মখোইনা ৱায়েনজবা, চহি তরাগী মতুংদা মখোইগী ভাগ্য (মরাইবক) লেপ্লা স্বাধীন ওইবা হায়বা য়াদ্রবদি, তাং ৬ ডিসেম্বর ১৯৪৭ ইংগী মতুংদদি; ভারত্তগী তোপনা লৈরগনি হায়না চরম পত্র (আলটিমেটম) অমা ভারত সরকারদা পিখ্রে।

নাগা পরিষদনা মণিপুরগী সিমানাদা লৈবা মাও, তাংখুল (উখ্রুল) তুয়েনশাং (তুশাং) ৱাক শিংগী লমসু নাগা জাতীগী লম মনুং চন্নবা মহারাজদা পিখ্রে।

মতাং অসিদা মিষ্টর এ, ডাইহো মহাক্কী লমজিংদা, মাও মরামগী লম "শরুক" মখৈ নাগা লেন্ডা তিল্লনি হায়না অকন্বা ইহৌ "খোংজং" চংশিললকখি।

ভারতকী অৱাং নোংপোকথংবা চীংলৈবাক্কী রাজনিতিগী ফীভম অরাইবা ওইখিদে। নাগা হীলসনা ভারত্তগী তোপ্না লৈখিবা তরবদি (১) বৃটিশ অমসুং আমেরিকা সম্রাজ্যবাদকী মখোইগী তুংফম ওইখিগনি। (২) নাগা হীলসগী ফীভম অসি গারো, লুসাই পাহারনচিংবা মথং মথং শন্দোরক্কনি। অসিগুম্বা লুরবা রাজনিতিগী মতাং অমা ওইখি।

ইরাবত সম্যস্যা পুম্নমক তুম্বা চাবা থিদনা থেংনরম্মী। মণিপুরগী চীংগী সম্যস্যা থিজিললম্বা, চীংতম ইউনিতিগী লম্বী অমদি ইউনাইটেড ফ্রন্টকী চং শিললম্বা অমসুং কবো ভেলীগী ৱাফম, ইরাবত মশানা অনৌবা যুগ চয়োলদা মখুৎনা ইরগা ফোঙলম্মী।

মিষ্টর ফীজোবু উনবা, মণিপুরগী চীং তমগী ডেলীগেসন অমা কহিমা **নাগা লেন্ড** চৎতুনা মিষ্টর ফীজোগা উন্নদুনা ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী রাজনিতিগী সম্যস্যা পুম্নমক খন্ন নৈনখী।

## ইউনাইটেড ফ্রন্টকী লমজিং

তাং ৩০ নভেম্বর ১৯৪৭ ইং নুংথিল পুং ৫ তাবদা, এম, ডি, ইউ হোলদা, মণিপুর প্রজা সঙ্ঘনা মণিপুরগী চীং তম দলশিংগী অপুম্বা প্রতিনিধি সভা কৌদুনা ফমখি। সভা অদুদা তাংখুললোংগী চীয়ারমেন মিষ্টর শিমরেনা সভাপতি ওইবিখি। সভা অদুদী চীংগী দল মঙা, তমগী দল মরি, পুন্না দল মাপনগী প্রতিনিধি তিনখি। সভা অদুনা পুকচেল অমত্তা ওইনা মণিপুরগী লৈরিবা রাজনিতি ৱাখল লোন মান্নবা দল পুম্নমকী অপুম্বা ফ্রন্ট অমা শেম্বা য়ানখি। ফ্রন্ট অদু শেম্নবগী চংশিনবা থৌরাংদা, তিললিবা দল ৯গী প্রতিনিধি অমমম লৌরগা ওর্গেনাইজিং কমিটিগী মেম্বরশিংদি মথংশিংনা,

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মিঃ এম, কে, শিমরে | - | তাংখুল লোং |
| ২। | মিঃ লুনে | - | কুকি নেসনেল এসেম্বলী |
| ৩। | মিঃ কাখগাই | - | কবুই এসোসিয়েশন |
| ৪। | মিঃ তেবা | - | খুলমি ইউনিয়ন |
| ৫। | মিঃ ডেনা | - | মিজো ইউনিয়ন |
| ৬। | শ্রী যুক্ত লম্ফেল | - | মীতৈ মরুপ |
| ৭। | শ্রী যুক্ত ইবোমচা | - | মণিপুর কৃষক সভা |
| ৮। | শ্রী যুক্ত এম ইবুংঙোহল সিংহ | - | নোংপোক অপুম্বা মরুপ |
| ৯। | শ্রী যুক্ত ইরাবত সিংহ | - | মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ |
| ১০। | মিঃ সুলৈ মিঞা | - | য়াইরিপোক |

শ্রী যুক্ত ইরাবত সিংহবু কমিটিগী চেয়ারমেন, মিঃ এম, কে, শিমরেবু সেক্রেটরী হাপলে। মাংদা তারিবা কোহিমাগী ৱাফম অসি মুন্না খন্ন নৈনরবা তুংদা মিঃ ফীজো নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী নেতা শিংগা উন্নদুনা লৈবাক্কী শান্তিগী মরমদা ৱাঙাংনরুনবা ডেলীগেসন অমা চৎপা য়ানখি।

ডেলীগেসন অদু শ্রী যুক্ত ইরাবত সিংহ অমসুং মিঃ লুনে অনিনা লুচিংবা মিঃ এম, কে, শিমরে, মিঃ কাখংগাই, মিঃ তেবা, মিঃ ডেনা মেম্বরশিং য়াওনা কোহিমা চৎতুনা অহিং অমা লেকতুনা শান্তিগী ৱারি শান্নরুই। ডেলীগেসন অদু মাই পাকলকখি। নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী আলটিমেটম তাং ৬ ডিসেম্বর ৪৭ ইংগী ৱাফম হন্দোকহনখিরম্মী।*

ডেলীগেসন অদুনা মিঃ এ, দাইহোগসু উন্নদুনা শান্তিগী ৱারি শান্নরমখি।

---

*য়েংগদবদি:- "নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা চংশিনখিবা ইহৌ অসি ইরাবত লৈখিদবা তুংদনি"।

ইরাবত মতৌ অশুন্না মণিপুরগী রাজনিতিগী তুংগী ওইরক্কদবা শক্তমবু মুন্না খণ্ডদুনা, মথৰাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মরৈবাক মজাতীবু সম্রাজ্যবাদকী মখুত্তগী কম্নবা হোৎনরম্মী।

## এসেমব্লী ইলেকসন্দা ইরাবত

শোক ১৯৪৮ ইং নিংখা তম্বা মণিপুরগী অহান্বা এসেমব্লী ইলেকসননি। ইলেকসন অদুদা মণিপুর কৃষক সভা য়াওখি। কৃষক সভাগী কেন্দিডেৎ ০২৬ থাগৎখি। ইরাবত কৃষকসভাগী কেন্দিডেৎ ওইনা উৎলৌ এসেমব্লী কেন্দ্রদা লেপখি। কেন্দিডেৎ মরি লেপমিন্নবগী মনুংদা, মহাক্কা খ্বাঈদগী নক্না চেনবা কংগ্রেসকী কেন্দিডেৎতগী ভোৎ লিশিং অনিগী মথক্তা হেন্দুনা কাখি। এসেমব্লী মেম্বর ০৫৩ লৈবগী মনুংদা, কৃষক সভাগী এম, এল, এ তরুক কাখি। কৃষক সভাগী ইলেকসন সিম্বোল য়ুম ওইখি। কৃষক সভাগী ইলেকসন প্রচার অমদি হৈশিংববু অতৈ দল-শিংনা ফাওবা থাগৎনখি। ইরাবতকী কৃষক সভাগী শক্তি বুর্জোয়া পার্টিশিংনা কিনখি। মরমদি মতম অদুগী মহারাজগী অকন্বা শক্তিগা লোইননা কংগ্রেস বুর্জোয়া পার্টিশিংনা মাঙহ্রশনু হায়না তৌখিবা প্রচারশিং অদুগী মায়োক্তা, লিংখৎলকলিবা মহাক্কী কৃষক সভা অমসুং মহাক্কী রাজনিতিগী হৈথোই শিংথোইববু শিংথানদবা য়াওদে।

ইলেকসন মতুংদগী পুর্ব্বানচল প্রদেশ শেম্বগী প্রচার কনখৎলকখি। চীংগী লমদসু ইরাং কনখৎলকখি। মিঃ এ, ডাইহো মহাক্কী কাংবু মণিপুর ইলেকসন অদু য়াওখিদে, বোইকোৎ তৌখি। মহাক্কা আইন মখুত্তা পায়শিন্দুনা, মাওগী পুলিশ গেৎ অদু নমদুনা হাংদোক হল্লগা, মাও মরামদা থোকপা পোৎথোক আলুনচিংবা মণিপুরগী ৰাংমদা থাবা হৌরকখি। ইরাং অদু, নমথনবগী দমক্তা মণিপুর সরকারনা, মিঃ এ, ডাইহোবু ফানবা থৌরাং পায়খৎলকখি। তৌইগুম্বসুং মহাকপু ফানবা হোৎনবদা, হেনফদনা নোংমৈ কাপ্পা তাবদগী খুদক অদুদা চীংমী মরি পুলিশকী ফাইয়ারিংদা শিখি। নুমিৎ অদুমক্তদা মিঃ এ, ডাইহো ফারগা জেলদা থমখি।

মণিপুরগী রাজনিতিগী ফিভম য়েংশিন্নবা আসাম গভর্নারি সার আকবর হাইদার আলী মনিপুরদা থোরকলম্মী। ইরাবতকী রাজনিতিগী ফিরেপ চংশিললিবা খোংজং এক্তিভিটি কুপ্না থিজিল্লমখি। মহাক্না মণিপুর সরকারগী অৰাংবা থাক্তা ইরাবতপু ফ্রি থাদোক্তুনা থমলবদি মণিপুর ভারত সরকারনা শান্ননিংবা মওং শান্নবা, অপাম্বা থবক পাংথোকপা ওইথোক্তে হায়বদি "ভারত সরকারনা লৌশিনগে থৌরাংলিবসি ওইথোক্তে" হায়না লৌখি। ইরাবতকী রাজনিতিগী ফীরেপ্তী এন্টিপুর্ব্বানচল, এন্টি মার্জরনি। মহাক্কী রাজনিতিগী ফীরেপ করিমক্তা হোংদে।

ভারত্তা তিনশিননিংবা, ভারত সরকারনা নমদুনা লৌশিনবিরবদি নুঙাইনি খনবা, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অমসুং অতৈ দল শিংনা ইরাবতপু মহারাজগা খুৎশমন্নখ্রে, মহাক্কীদি মশেন মবাইনি' হাইনা ফাওবা অকন্বা প্রচার চংশিল্লকখি। সার আকবর হাইদার আলী মণিপুরদগী হনখ্রগা শিলোং টাইমসতা, মহাক্কী মণিপুর খোঙচৎকী মরমদা ইরকখি। মদুদি ইরাবতকী ইথিন্না চীংগী ইরাং অসি হৌরকপনি হায়না, শেরান্নবা লম্বী অমদা মহাক্কী মথক্তা মরাল শিরকখি। অসোমদা মণিপুর সরকারনা ইরাবতকী রাজনিতি খোঙচৎতা, কুপশেন শেন্নরকখি। কৃষক সভা, প্রজা সঙঘ, মহিলা সম্মেলোনী, ছাত্র ফেদরেসননচিংবা ইরাবতকা মরি লৈনবা দল পুম্নমক, পার্মিশন য়াওদনা মিটিং তৌবা য়াদে হায়না লাওথোরকখি। মিটিংতা নত্তনা সোভাযাত্রা (প্রোসেশন) চৎপা, ভোলুন্টিয়ার ট্রেনিং তৌবনচিংবা য়ারোই হায়না থিংজিল্লকখি।

ইরাবতকী মথক্তা মণিপুর সরকারগী অকন্বা মীৎয়েং চংশিল্লকপা মতম অমা ওইরকখি। ভারত সরকারগীদি, মণিপুর লৌশিন্নবগী থৌরাং অপন্বা লৈতনা চংশিল্লকখি।

বৃটিশকী মতমদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট বৃটিশ মচা অমবু থারকপগী নাওংদা, ভারত সরকারগী প্রতিনিধি ওইনা রাওল অমর সিংহ মণিপুরদা থারকলে। মণিপুর সরকারগী পোলিষি মেকিং য়াওরে। মণিপুরগী রাজনিতি খোংচৎতা অরুবা মতাং অমা ওইরকখি। ভারতকী রাজনিতি খোঙচৎতশু তাং ২৮ ফেব্রুয়ারিদগী তাং ০৬ মার্চ্চ ১৯৪৮ ইং ফাওবা কলিকাতাদা অনিশুবা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী পার্টি কংগ্রেতা ভারত অসি গনতান্ত্রিক বিপ্লবকী মতম চারে হায়না কমরেড বি, টি রনদিবেনা পুখৎলপা পোলিটিকেল রিজোলুসন (থেশিস) পাস তৌখি। থেশিস অদুগী মতুং ইন্না, ভারতকী শিন্মী, লৌমী লায়রবা তুং শোথরবা

---

য়েংগদবা :- ইরাবত শিলেৎ জেলদা লৈরিঙৈ জেল মনুংদগী হৌনা কমিউনিষ্ট পার্টিদা অচেৎপা থাজবা থমলকখি হায়বদা লান্দে। মহাকপু জেলদগী থাদোরকপসি, ইং শোক ১৯৪৩ মার্চ্চ ২০নি। লোইন-লোইননা ইং শোক ১৯৪৩ মে ২৩ দগী জুন ১ ফাওবা বোম্বেদা ফমখিবা সেসন্দা ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইগে হায়না দরখাস্ত থাখি। অহান্বা পার্টি কংগ্রেস অদুনা মেম্বর ওইবগী অয়াবা পীখি, লোইননা মীফম অদু য়াওবগী থোইদোকপা বার্ত্তন ফংদুনা ইরাবত অহান্বা কমিউনিষ্ট পার্টি কংগ্রেসতা ওবজারভর ওইনা য়াওখি।

**পার্টি চেফোং পীপলস বার ভোলুম নং ১, নং ৪৯, জুন ১৩, ১৯৪৩ ইং কমঃ পি,সি, যোসি ইডিটর ইরাবত সেন্টর ফোর মার্কসিস ষ্টেডিস**

প্রজা মীয়ামগী আন্দোলনগী ইহৌ অমা, ভারতকী কেন্দ্র সরকারগী মায়োক্তা হৌরকখিরম্মী। হৌরকখিবা ইহৌ অদু নমথনবগী দমক্তা কেন্দ্র সরকারনা ভারতবর্ষগী মফম পুম্নমক্তা কমিউনিষ্ট পার্টি বেন তৌখ্রে (থিংখ্রে)। কমিউনিষ্ট পাটিগী নেতা পুম্নমক অন্দরগ্রাউন্ড চংখ্রে। সরকারনা, কমিউনিষ্ট কর্ম্মি মশিং লাকঙমদনা ফারগা জেলদা থমজিনখ্রে। শিন্মী, লৌমী প্রজা মীয়ামগী মথক্তা লান্মী থাজিন্দুনা নুপী অঙাং ছাত্র ছাত্রি খাক্তনা হাৎলকলে। কংগ্রেস সরকারগী অওৎ-অনৈ খাঙবা য়ানরকপদগী মীয়ামশু হেনফদনা খুলাই পায়নরকলে। তেলেঙ্গনা, ওয়েষ্ট বেঙ্গল, ত্রিপুরা, আসামনচিংবা ভারতবর্ষগী মফমশিংদা কংগ্রেস সরকারগী লান্মীগা মায়োক্নদুনা লাম্থেংনবা মতম অমা ওইরকখি। মতৌ অশুন্না ভারতবর্ষ অমসুং মণিপুরগী রাজনিতি ফিভমদা অরুবা মতাং অমা থোকলম্মী।

## মণিপুরদা কমিউনিষ্ট পার্টি

শোক ১৯৪৮ ইং আগষ্ট ২৩ দা, কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা, কমরেড তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহগী মকুবোক শ্রীসনাবম তোনজাও সিংহগী মমাং শঙ্গোইদা কমরেড ইরাবত সিংহনা প্রেসিডেন্ট ওইদুনা, কমিউনিষ্ট মেম্বরশিংগী জেনেরেল বোডি মিটিং অমা ফমখি। মিটিং অদুদা মেম্বর ২২ তিনখি। মিটিং অদুদা কাছার জালোন তোলাগী কমরেড তোনজম বাসনা সিংহ কমিউনিষ্ট মেম্বরশু য়াওখি। মিটিং অদুনা কমরেড তখেল্লম্বম বোকুল সিংহবু সেক্রেটরী খন্দুনা, মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি ডিষ্ট্রিক ওর্গেনাজিং কমিটি (ডি, ও, সি) অমা শাখি। নুমিৎ অসিদগী মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি (ডি, ও, সি) গী সংগঠন লৈরে। ইরাবতপু পার্টি সেক্রেটরী ওইবীনবা হায়জবদা য়াদে। সেক্রেটরিয়েৎতদি য়াওই। অদুম ওইনমক পার্টি অসিগী লমজিং লমতাকতী মহাক্নী।

মণিপুরগী ডি, ও, সি লৈত্রিঙৈ, পার্টি অসিগী সংগঠন লৈত্রিঙৈ, আসাম প্রদেশিক কমিউনিষ্ট পার্টিগী অনিশুবা কনফরেন্স গৌহাতীদা ফমখিবা মীফমদা মণিপুরদগী ডেলীগেৎ অমসুং ভোলুন্টিয়ার য়াওখি। হায়রিবা ডেলিগেৎশিং অদু পাটিগী কনফরেন্স অমনা খল্লগা য়াওরুবা নত্তে। চুম্না ইরাবতনা খল্লগা পুবনি হাইবদা লালোই। অনিশুবা পার্টি কনফরেন্সনা, ইরাবতপু আসাম প্রদেশিক কমিটি কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী মেম্বর খনখি।

মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি ডি, ও, সি, অসিনা লিখৎখিবসি মণিপুর সরকারনা ইরাবতকী মথক্তা অকন্বা মীৎয়েং চংশিলকপা মতম, মহাক্না অন্দরগ্রাউন্ডা চংগদবা শুপ্নগী নুমিৎ ২৯ নিতা ঙারবা মতমনি। সেপ্তেম্বর ২১,১৯৪৮ ইংদগী ইরাবতকা লোয়ননা পার্টি অসি অন্দর গ্রাউন্ডদা চংমিন্নখ্রে।

## মণিপুরগী ইতিহাসতা সেপ্তেম্বর ২১

হৌখিবা সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৮ ইং অসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ভারতবর্ষবু নিং-খা তম্বা পীরম্লগা বৃটিশনা ভারতবর্ষ অমদি মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখিবা শুপ্নতগী থা ১৩ মপুং ফাবতা ঙাইরিঙৈ মতমনি। মতম শাংনা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী মখাদা ভারতবর্ষ অমদি মণিপুর লৈবাকচা (প্রজা) মীয়াম্না মীনাই ওইদুনা মপুগী অওৎ-অনৈ খাঙদুনা লাকপদগী নিং-খা তম্বা ফংবগী হরাওনবগী অকনবা ইনিল লৈরিঙৈগী মতমনি।

বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ভারতবর্ষ অসি ডোমিনিয়ন অনি থোক্লা হিন্দুস্থান অমসুং পাকিস্থান হায়না খায়দোকলগা নিংতম্বা পীরম্বনি। অপুনবা ভারতবর্ষগী মনুংদা লৈরম্বা নিংথৌপানবা লৈবাকশিংনা মশাগী রাজনিতিগী শক্তম কায়দনা ডোমিনিয়ন অনিগী মনুংদা অপাম্ব অমদা য়াওবা য়াই হায়না থম্লম্মী। মণিপুরগী রাজনিতিগী খোংচত্তা খৃ: ১৯৪৭ ইং, আগষ্ট ১৫ দা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মণিপুর থাদোকতুনা চৎখিবদগী মণিপুর নিংথৌ পানবা নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈহৌই। নিংখা-তম্বা মণিপুর, মশাগী সংবিধান অমা লৈদুনা, সংবিধানগী মকোক্তা নিংথৌনা ওইবা লৈবাক্লি। সংবিধানগী মতুং ইন্না, মীখল (ইলেকসন) তৌদ্রিঙৈ মরক লংদাই সরকার (ইন্টরিম গোভর্নমেন্ট) অমা শ্রীমহারাজকুমার পৃয়োব্রত সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইদুনা মন্ত্রিমন্দল অমনা লৈবাক ঙাক্লকখি।

ভারত দোমিনিয়নগী শক্তম, বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ভারত থাদোক্তুনা চৎলমদাইদা ভারত জাতিয় কংগ্রেসতা রাজনিতিগী শক্তি শিন্নরম্বগী মতুং ইন্না পন্ডিত জবাহারলাল নেহরুনা ভারতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রি ওইদুনা মন্ত্রি মন্দল অমা, কেন্দ্রদা মরক্কী লাংদাই সরকার অমা লৈদুনা লৈঙাক্লকখি।

মণিপুরগী রাজনিতি ফিরেপ্না, নিংখা তম্বগী শক্তম ঙাক্লা ভারত দোমিনিয়ন্দা য়াওদুনা, ভারতবর্ষগী নোংপোক ঙমখৈদা নিংখাতম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা ইংনা তপ্না লৈরকপা লমদম অমনি।

### এন্টি পুর্ব্বানচল দে:

সেপ্তেম্বর হায়বা থা অসি, জণ-নেতা ইরাবতকা তৎন-থানবা য়াদ্রবা য়াম্না মরু ওইবা থা অমনি। মতম অদুগী ভারত জাতিয় কংগ্রেসগী কেন্দ্র সরকারনা, রাজনিতিগী মথোং হুকত্রবা রাফম অমা নমশিল্লকখি। ভারতবর্ষগী অব্বাং নোং পোক ঙমখৈদা লৈবা লৈবাক মশাগী রাজনিতিগী নিংতম্বা ফিরেপ অমমম লৌদুনা, ইংনা তপ্না লৈজবা লৈবাক মণিপুর অমসুং ত্রিপুরা, লৈবাক অনি অসিগা লোয়ননা, কাছার অমসুং লুসাই পহাড় (হৌজিক্লা মিজোরাম) লমদম মরি অসি পুল্লগা, পুর্ব্বানচল প্রদেশ অমা শেম্নবা নমশিল্লকখি।

ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী কেন্দ্র সরকারগী রাজনিতিগী লালোং ময়েক শেংনা খণ্ডবসি মতমদুদা অৱাং নোংপোক ভারত্তা জণ-নেতা ইরাবত মতোমতনি হায়বদা লাল্লোই। পুর্ব্বানচলগী ৱাফম লাকপদা জণ-নেতাগী অশেংবা ফিরেপতি রাজনিতিগী নিংখা তম্বা লৈবাকপু মুখৎলগা পুর্ব্বানচল লৈবাক অমা শেম্বা হায়বসি মথোং হুক্কবা রাজনিতিগী লাল্লোংনি। চংশিল্লক্লিবা অদুগী মায়োক্তা রাজনিতিগী লানথেংনবগীদমক্তা সেপ্তেম্বর ২১,১৯৪৮ ইংদা এম, ডি, ইউ, হোলদা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘ অনি পুন্দুনা এন্টি পুর্ব্বানচল নুমিৎ স্লোগান লৌখৎতুনা অচৌবা প্রতিবাদ সভা(পব্লিক মিতিং) অমা কৌখি।

সেপ্তেম্বর থা, ১৯৪৮ ইং অসি মণিপুর মশাগী সংবিধানগী মতুং ইন্না বিধান সভা মীখল পাংথোকখিবগী ফল হায়দোকপা কুইখিদ্রি। হায়রিবা মীখল অসিদা জণ-নৈতা ইরাবত উৎলৌ কেন্দ্রদগী মীয়ান্না খন্দুনা থাগৎলকপা এম এল এ নি। বিধান সভাগী মীফম কৌদুনা মন্ত্রিমন্দল শেমদুনা লৈঙাকত্রিঙৈ রাজনিতি য়ান্না চরাংনবা তাংকক্ অমনি। মতম অদুদা নংহৌররোই মতাগুম মণিপুরনা রাজনিতি মরা চেৎত্রিঙৈ মতমদা মণিপুরবু ভারত সরকারনা খুদুম পুমচন চনশিন্নবা শরৌ শিল্লকখি। ৱাফম অসি জণ-নেতানা ভারত সরকারগী চংশিল্লকইবা থৌওং অসি থেংননবা মাংজৌননা লানথোং শিনখি।

নুমিৎ অসি ইম্ফালগী অৱাং নোংপোক লমদমগী প্রজা মীয়ান্না প্রতিবাদ সভা য়াওনবা অচৌবা সভাযাত্রা অমা শিন্দুনা লাকখি। মতম অদুগী সরকারনা মাং জৌননা নুমিৎ অদুগী এন্টি-পুর্ব্বানচল দে সভাযাত্রা (প্রোসেসন) অদু থুগাইনবা শিনখি। সভাযাত্রা লাকপগী পাউ ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনগী ও সি - না ফংবদগী খুদক্তা ও সি শ্রী কৈশাম নরান সিংহনা লুচিংদুনা নোংমৈ পায়বা পুলিস সিপাহি হৱাগাড়িদা ময়াম অমা পুদুনা সভাযাত্রা লাক্লিবদু থিংনবা চৎখিরম্মী। ইম্ফালদগী হায়থবদা পুংদোংবম য়ৌদ্রিঙৈ য়োরবুংদা নোংমৈ পায়বা সিপাহীশিংগা সভাযাত্রা লাকপা মীয়ামগা মায়োক্লখিরম্মী। সভা যাত্রা অদুবু লুচিংলকখিবশিং অহানবমক্তদা পুলিসনা ফাজিনখিরম্মী। সভাযাত্রিক মীয়ান্না, লুচিংবা ফারিবগী মরম করিনো থাদোকউ হায়না তক্লখিরম্মী। নুমিৎ অদুগী সভাযাত্রা অদু লম্লাই মায়কৈগী কৃষক সভাগী ব্রান্চ সভাপতি শ্রী ফৈরোইজম কাহ্নাইমচানা লুচিংখি। শ্রী কাহ্নাইমচা অমশুং অতৈ লুচিংবশিং খরা ফাবদগী মতম অদুদা অচৌবা ইরাং অমা থোকখিরম্মী। ইরাং অদুবু লাকশিন্নবনি হায়দুনা মরম শুকচা চাদনা প্রজা নুপী নুপা মীয়ামগী মথক্তা ও সি - না ৱাখল থেনবদগী নোংমৈ কাপ্পবা হুকুম তৌখিরম্মী। সিপাহী শিংনা কাপথোরকপা নোংমৈ গুলি অমনা মীয়ামগা মায়োক্নদুনা লৈরিবা ও সি অদুগী মশাদা পানফম চাদবা মফমদা পানবদগী মফম অদুমক্তদা ও সি অদু শিখিরম্মী। অৱাং নোংপোক্কী প্রজা মীয়ামগা মতৌ অসুন্না সিপাহিশিংগা ইন্ন-কাওনরি, য়োরবুংগী লানফমদা।

মতম অদুদা জণ-নেতা ইরাবত এম ডি ইউ হোলদা মিতিং তৌনবগী থৌরাং লাওদুনা লৈরি। থৌদোক অদু থোক্লে হায়বগী পাউ অসি লম্বীদা পুলিস ওফিসারশিংগী মচিন্দগী ঐনা (সোয়াম ছত্রধারি) তাবা ফংখিরম্মী। মতম অদুদা ঐহাক এম ডি ইউ হোলগী মিতিং থৌরাং য়াওরম্বদগী ইশাগী অরুবা থবক অমগীদমক থোরক্লম্মী। নুমিৎ অসি ভারতকী অচৌ অচৌবা বেঙ্ক খরা কায়খিবা নুমিৎনি। ইম্ফাললদা ত্রিপুরা মোর্দন বেঙ্ককী ব্রান্চতা ইশাগী একাউন্ট অমা লৈরম্মী। বেঙ্ক কায়রে, শেন লৌথোকহৌদ্রবদি মাঙলগনি হায়না মরুপ মপাংশিংনা পাউ পিরকপদগী শেন লৌথোকপা ঐহাক চৎপনি। ঐগী শেন মাঙবগী পাউদগী, পাউ অসিনা হেন্না মরু ওইরে খন্দুনা ঐহাক এম, ডি, ইউ, হোল তান্না তন্ন হন্দুনা থৌদোক অদুগী পাউ জণ-নেতাদা তম্লুখি। পাউ অদু ফংবগা খুদক্তা জণ-নেতা ইরাবতনা মিতিং য়ৈথোক্লো নখোয় ময়ামসু চেকশিল্লু হায়রল্লগা এম, ডি, ইউ, হোলদা ময়াম লৈমিন্নরম্বদগী জণ নেতানা কমরেড থোকচোম বোরোগী সাইকল পুদুনা খোংশানখ্রে। উৎলৌগী শ্রী লাইশ্রম লৈরেন সিংহগী য়ুমদা থুংলমখি।

## জণ-নেতা ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ

সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৮ ইং অসি জণ-নেতা ইরাবত অন্দর গ্রাউন্দদা চংখিবা নুমিৎনি। খুদক অদুমক্তদা মতম অদুগী ইন্টরিম সরকার (লাংঙাই সরকার) অদুনা জণ-নেতা ইরাবতপু ফানবা ৱারেন্ট ইশু তৌদুনা নেতাগী শঙাই (য়ুম) জনমস্থানদা পুলিসনা কোয়শিল্লমখি। জণ-নেতাদা নত্তনা কর্ম্মী কাংবুসু ৱারেন্ট ইশু তৌদুনা ফানবা থৌরাংখি। জণ-নেতাগা মরি লৈনবা সংগঠন অমসুং দল খুদিংমকপু বে-আইননি (আইন্না য়াদবা) তৌদুনা অথিংবা থমখ্রে।

## রিপ্রেসন

নাকন অমরোমদা, পুলিস সিপাহী নোংমৈ পায়বা চামা চামানা খুজিং ওইদুনা মণিপুর পুম্বগী লৌমী প্রজা নুপা নুপী মীয়ামগী মথক্তা লান্দাখিরম্মী। সিপাহীশিং না অওৎ-অনৈ চথরকপা, নোংমৈ গুন্দা না ফুদেকপা অমসুং থিনদৎপা, হিপহল্লগা খোংউপ বুটনা নেৎথৎপা, উতুপ-ৱাতুপ্পা ফুগাইবা, ঈখেং ওবা কয়া য়াওনখি। অওৎ-অনৈ পুন্নমক্কী মথক্তা মালেম অসিদা মীওইবা খুন্নাইদা চৎনদ্রবা খ্বাইদগী তমথিবা থৱাই শোকপা থৌদোক্তি থানা মনুংদা ফাদুনা পুরকপা মীয়াম্বু মপা-মচা য়াওরকপশিং পুথোক্লগা ষন ৱাইনহনবা, মপানা ষন শারগা মচানা তোংলগা ফুহনবা, মচিন-মনাও, মপা-মচা মুক্কা শান্নহনবা অসিনচিংবা মীওইববু শা-ষনগুম ওৎ-নৈদুনা লাক্লখিরম্মী। মতম অদুগী সরকারনা মীওইববু শা-ষনদগী হেন্না তোন্না খন্দুনা পুলিস সিপাহীশিংনা ওৎ-নৈখিবা অদুগী অশেংবা শক্তম অদু ঐগী কলম অসিনা ফোংদোকপা ওইথোকত্রে।

## মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস

মতাং অসিদা মণিপুর কংগ্রেসকী পোলিৎবিদি জণ-নেতা ইরাবতপু ফাননবা পুলিসতা মতেং পীশিন্দুনা থিবা হুম্বগী থবক্তা অকনবা থৌদাং লৌখি। চুম্না জণ-নেতাবু ফাবতা নত্তনা মহাক্কা মরি লৈনবা দলগী কর্ম্মী কয়া ফারগা জেলদা থমজিনবা, কৃষক সভা, প্রজা সঙ্ঘ, মহিলা সম্মেলোনি অমসুং ছাত্র ফেদরেশন্ন-নচিংবা মীয়ামগী সংস্থান পুন্নমক পুংমুৎ মুথৎনবা অকনবা থৌদাং লৌখি হায়বদা ৱাহৈ অসি হায়মনবা থোক্লোই।

মণিপুরগী রাজনিতিগী ইতিহাসতা, সেপ্তেম্বর ২১ ভারত সরকারনা নিংখা তম্না লৈজবা মণিপুরবু খুদুম চনশিন্নবা ভারত সরকারগী অহানবা লানজংনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মতম অদুদা মণিপুরবু খুদুম চনশিল্লগা পুর্ব্বানচল প্রদেশ শেম্নম্বা থোক্লবদি ভারতবর্ষগী মেপতা মণিপুন্ন ষ্টেট য়াওরম্লরোই হায়বসি মশানা তারবা ৱাফম্নি। জণনেতা ইরাবতনা ভারত সরকারগী রাজনিতিগী পোরম অদু উবদগী মণিপুরগী নিংখা তম্বা কনজনবগীদমক্তা ভারত সরকারগী মায়োক্তা লেপতুনা অকনবা লান থেংনরম্বনি।

ভারতবর্ষগী কংগ্রেস সরকারনা পুর্ব্বানচল প্রদেশকী চংশিল্লকপা রাজনিতিগী খোংজং জণনেতা ইরাবতনা মায়থিবা পীখিদুনা মণিপুর কলহৌই।

---

য়েংগদবা ঃ- অন্দরগ্রাউন চঙবা নুমিৎ অদুদগী পার্টি মনুংগী কোরেসপোন্দেন্টস পুন্নমক্তা অরোনবা মিং শিজিন্নখ্রে।

## মণিপুর এসেমব্লী

ইরাবতনা অন্দর গ্রাউন্ড লৈরিঙৈ তাং ১৮ ওক্তোবর ১৯৪৮ ইং, মণিপুর এসেমব্লীগী অহান্বা সিটিং মহারাজনা কৌরকলে। ভারত সরকারগী খুজিন থৌ-রাংদা, ইরাবত এম, এল, এ বু এসেমব্লী ফমবা য়াওহন্দবনি। মহাকপু মাজৌননা, ৱারেন্ট থমজিন্দুনা ফানবা কোইতান তান্নদুনা লৈরি। চুন্না ৱারেন্ট নত্তনা, মহাকপু ফাবা ঙম্বা মীদা শেলগী মনা পীগনি হায়না ফাওবা লাওথোক্তুনা, থোরকপা ঙমদনবা শিনখ্রে। মতাং অসিদা য়েংগদবদি, ইরাবত ফাবদা মনা পিগনি হায়বসি থাংখাং অনি অহুমলক থোক্লা লাওথোকখি। মণিপুর মশাগী মন্ত্রিমন্ডলনা সাশন তৌরিঙৈ, লুপা লিশিং অমগী মনা, মথংদা ভারতনা মণিপুর লৌশিললগা পাট "সি" ষ্টেট ওইনা লৈরবা তুংদা মণিপুরগী সাশন চীফ কমিশনার অমনা শুপ্লায় পায়শিল্লগা, মণিপুর প্রজাবু শা ঙাদগী হেন্না তোন্না, পুলিশ-সিপাহীশিং থাজিন্দুনা অকন্বা রিপ্রেসন তৌখিবা খোংফমদা,-লুপা লিশিং তরা মনা অসি লাওথোকখি।

ইরাবতনা এসেমব্লী ফম্বা য়াওদবা য়াদে হায়রবদি, ভারত সরকারগী চংথরকলিবা পোলিবি অদুদা চংজরগা (সরেন্দর তৌরগা) য়াওবা তাই। ইরাবত চংজবদগীদি, শিখিবনা লাইনা থোকপা মীশকনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফমদি, শ্রী হিজম ধবল্লো সিংহ সভাপতি মণিপুর প্রজা শান্তি দল, ইরাবতকীদি মতোননি। প্রজা শান্তিনা সরকার শেন্নবা চংশিললকপা মতাংদা, ইরাবতপু কেবিনেৎ মিনিষ্টর নত্রগা এসেমব্লীগী স্পীকর অনি অসিগী মনুংদা মহাক্কী অপাম্বা অমা লৌরগা সরকার শেম্মীনবগী ৱাফম হৌদোরকখি। হায়রিবা ৱাফম অসি অইবা ঐঙোন্দা য়াম্না লুনা শিন্নবদগী, ইরাবতকা ৱারি অসি শান্নরুই। মহাক্না নোক্লগা খুমলকখি, ঐগী ইখুড়াসি সরকার শেম্বদা থৱাই য়াম্না য়াওরিনা, নংনো পাও অসিবু অদুক থৱাই য়াওনা পুরকলিবনা করিগীনো? ৱাহে অদু তাবদা য়াম্না ঙক্লা লৌরম্মী। এসেমব্লী অদু মহাক মশা য়াওদবগী ফীরেপ লৌদুনা য়াওখিদে।

এসেমব্লী অদুদা কৃষক সভাগী ইরাবত থারগা এম, এল, এ, তরুক ফাখি। মেম্বরশিং মথংশিংনা সর্ববশ্রী হিজম ইরাবত সিংহ, লৈমজম বোকুল সিংহ, অয়েকপম অঙাংহল সিংহ, মাইমোম মধুঙ্গোল সিংহ, থোকচোম শ্যামোসিংহ অমসুং সিনাম বিজয় সিংহনি। তরুক অসিগী মনুংদা শ্রী সিনাম বিজয় সিংহ দি, কৃষক সভা থাদোক্তুনা চংখ্রে, কংগ্রেসতা য়াওখ্রে। সরকার শেম্বগী ৱাফম লাকপদা, এসেমব্লী অদুদা দল অমত্তা এবসোলুট মেজোরিটি ওইহনবা ঙম্নখিদে। লৈনরিবা দলশিংদি, কংগ্রেস, প্রজা শান্তি, কৃষকসভা, সোসিয়েলিষ্ট পার্টি, হীলস ইউনিয়ন অমসুং ইন্দিপন্দেন্টশিংনি। পাটিশিংগী লৈরিবা ফীভম অদুগী মতুং ইন্না কংগ্রেস নত্রগা প্রজাশান্তি অনি নত্তনা অতোপ্পনা মণিপুর সরকার শেম্বা ওইথোক্তবা ফীভম লৈখি।

ইরাবত এসেম্ব্লী ফম্বা য়াওব্রবসু, কৃষক সভাগী এম, এল, এ মরিদি এসেম্ব্লী অদুদা য়াওবগী ফীরেপ লৌখি। কনাদা সপোর্ট তৌগদগে, কনাগা ক্যালিয়েশন সরকার শেমিন্নগদগে হায়বগী মতাংদা কৃষক সভাগী ফীরেপ্তী প্রজা শান্তিগা শেমমিন্নবগী পোলিষিদা চংশিনখি। মতম অদুগী মণিপুরগী রাজনিতিগী অরুবা মতাংদি, ভারত সরকারগী চংশিল্লকলিবা রাজনিতিগী লালোংদি গুন্তীরনা ময়া কাথোক্কুনা, ঙা য়োংকদবগী ঙাইদুনা লৈবগুম, মণিপুর য়োংকদবগী ঙাইদুনা লৈরি। কংগ্রেসপু সরকার শেমহনবা তারবদি গুন্তীরগী মখয়াংতা ঙা হুনজিনবগা অমহানি। হায়বদি ভারত সরকারনা মণিপুর লৌশিনখিবদা অদুক্কী মতিক লাইনা থোক্কনি। মরম অদুনা কৃষক সভানা কংগ্রেসকী মার্জর পোলিষি চংশিলকলিবা অদুগী মায়োক্তা, প্রজাশান্তিদা সপোর্ট তৌরগা, মণিপুর সরকার শেমহন্নবা - ইরাবতকী পোলিষি ওইখি।

## মীখলদগী কারকপা দলশিংগী সঙ্খ্যা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | হীলস ইউনিয়ন | - | ১৮ |
| ২। | মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস | - | ১৪ |
| ৩। | মণিপুর প্রজাশান্তি দল | - | ১২ |
| ৪। | মণিপুর কৃষক সভা | - | ৫ |
| ৫। | সোসিয়েলিষ্ট পার্টি | - | ৩ |
| | | | ৫২ |

মণিপুর প্রজা শান্তিগী সরকারগী শক্তম ওইগদৌরিবসি, প্রজা শান্তি, হীলস ইউনিয়ন, মণিপুর কৃষক সভা অমসুং সংবীধানগী মতুং ইন্না মহারাজগী নোমিনিনা চীফ মিনিষ্টর ওইবা অসিনি।

মহারাজনা মণিপুর সংবীধানগী মতুং ইন্না মনাও ইবুঙো শ্রী এম, কে, পৃয়ব্রত সিংহবু চীফ মিনিষ্টর ওইনা খল্লবা তুংদা, চীফ মিনিষ্টরগা লোইননা মন্ত্রিমণ্ডল অমা শেমদুনা নিংখা তম্বা মণিপুরগী অহান্বা প্রজাগী ভোৎনা খল্লগা থাগৎলকপা সরকারনা লৈবাক্কী সাশন তৌবা হৌরে।

কৃষক সভানা সপোর্ট তৌরগা শেম্বা সরকার অদুনশু ইরাবতকী মথক্তা লৈবা ৱারেন্ট লৌথোকপা ঙমখিদে।

## মণিপুর ভারতনা লৌশিনখ্রে

মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেশনা মণিপুর অসি ভারত্তা তিনশিন্নবগী অকন্বা আন্দোলন অমা মহারাজগী মায়োক্তা হৌরকখি। মতম অদুগী মীখলদা, মণিপুর প্রজা মীয়ামগী ভোৎনা খল্লগা থাগৎলকপা, মীহুৎনা শেম্বা সরকার অদুগী মায়োক্তা চংশিললকখি। মৈতৈ ৱাহৈদা উচি কলকপদগী ময়ুম মৈ থাই হায়বা পাওরৌ,- মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী ৱাখল থেনবা পোলিথি অদুনা মণিপুর মাঙনবা লম্বী ওইখি। মতম অদুদা ইরাবত্তী কংগ্রেসকী আন্দোলন অদুগী মায়োক্তা লেপতুনা, মণিপুর কনবগী লম্বীদা অকন্বা থবক পাইখৎখি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মপাঙ্গলদি করি লৈগনি। গনতন্ত্রবু চরম মেৎলগা,.মহাকপু ফানবা ৱারেন্ট থমদুনা কোইতান তান্নরিবা মতমনি। মতম অসিদা ইরাবতনা ফোংনা লৈবাক প্রজা মীয়ামগা লোইননা ভারত সরকারনা মণিপুর লৌশিন্নবগী মায়োক্তা, গনতান্ত্রিককী লম্বীদা, মীয়ামগা লোইননা থেংনবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈত্রবা মতমনি। ভারত সরকারনা মাঙজৌননা মহাক্কী মপাঙ্গল লৈতনবা পোরম শিনখ্রবনি। চুম্না মহাকপু ফানবা ৱারেন্ট থম্বতা নত্তনা, মহাক্না মরি লৈনবা দল পুন্নমকপু বেনাইনী ওইরে হায়না লাওথোক্কুনা মচিন মেঙ্গিন্দুনা থমজিল্লগা, ভারত সরকারগী ইঙ্গিৎনা, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসপু হৌহনবা আন্দোলননি। কংগ্রেসকী আন্দোলন অদুনা মরম ওইদুনা মতম অদুগী প্রজা শান্তি সরকার অদু মপুল্সি চহি ফারকপদা মুথৎখ্রে।

মণিপুরবু ভারত সরকারনা লৌশিননবগী চংশিল্লকপা থৌরাংদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহবু শিলোংদা কৌরগা শোক ১৯৪৯ ইং সেপ্তম্বর ২১ দা ভারত সরকারনা পুথোরকপা দলিনদা সহি তৌখ্রবা মতুং মথং থা ওক্তোবর ১৫,১৯৪৯ ইংদা মণিপুরবু ভারতনা লৌশিনখ্রে। মণিপুর নিংতম্বা মাঙখ্রে। ভারতকী মনুংদা খ্বাঈদগী হন্থবা থাক পার্ট - সি ষ্টেট ওইনা থমলে। ভারত সরকারগী মীহুৎ চীফ কমিশনার অমনা মণিপুরগী সাশন পুখ্রে।

মণিপুরলৌশিনখ্রে হায়বা পাওঅসি ইরাবতনা হেক ফংবগাসহি তৌরুবা মহারাজবোধচন্দ্র সিংহবু অকনবা নিন্দা তৌখি। মহাক্না লৈরিবা ইমুং অদুদা নুংদাং অথেংবদা থবক শুদুনা লৈরম্বদগী মতোমতা শাও মনখিদুনা চেকলম লংথোক্কুনা হৌগৎলগা মপান থোকখি। মহাক্না ৱারৌখি, মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মতোমতা লৈবাক প্রজা মীয়ামগী ৱা তাদনা সহি তৌথোকলম্বদু, মহাক মতোমতগী মপাঙ্গল করি লৈদুনা তৌরমলিবনো। প্রজাগী ভোৎনা খনবা এসেমব্লী, মন্ত্রিমন্ডল লৈরিবশিং অমত্তা তান্নরমদনা মণিপুর পিথোকলুবা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহবু হন্না হন্না অকন্বা নিন্দা তৌখি। মণিপুর লোইরেদনা হায়দুনা পাওতমলুবা ইশাদা (অইবা) অমদি লৈরিবা ইমুং অদুগী মীশিংদা ফোংদোকলম্মী। নুমিৎ অদু মহাক্কী পেন্দবা

নিঙবা কায়বা, নুঙাইতবনা থুমথখিদুনা চাক ইশিং ফাওবা নিংথি নুঙাইনা চাখিদে। নুমিৎ অদুদগী ইরাবত অনৌবা পোলিথি অমা লৌনবা ৱাখল খনবা হৌখি।

অইবা ঐঙোন্দা ৱাফম সিগু ফোংদোকলম্মী, ভারতকী অতৈ ষ্টেট জয়পুর-নচিংবা বি ক্লাস ষ্টেট ওইনা থমদুনা নিংথৌবু রাজ প্রমুখ ওইনা থমলী। মণিপুর বি ক্লাস ষ্টেট থাক ফাওবা থম্বীদুনা, মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহবু রাজ প্রমুখ ওইনা থমলগা, মণিপুর এসেমব্লী লেংদনা থমদুনা মন্ত্রি মন্ডলনা সাশন তৌদুনা লৈহনবা য়াবনি মদুগী থাক ফাওবা থম্বীদে হায়না হায়রম্মী।

## কে কু লোৎপী

ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দা মতম কুইনা অকম্বা থবক শুদুনা লৈরকপগী হৌনবা ঙাইহাকসু পোথানিংই। মথক্তা পনজখ্রে মহাক্কী পোথাবা হায়বসি অঙাং ময়ামগা লোইননা শান্নবনা মহাক্কী পোথাবা ওইজে। নোংপোক চীংখৈ মাইকৈদা লৈরিঙৈ মতমদা, নোংমদি ইমুং অদুগী মী অহল লমনশিং মথৈসু থবক ইখাং চৎখোকনখিদুনা কনা অমত্তা লৈতবা নুমিৎ ওইখি। মহাক্না লৈকাইগী অঙাং মচা মচা খরগা শান্নরম্মী। ইমুং অদুগী চাকশং অমসুং য়ুমজাওগা লোন্নবা ফকলাং মী অমা লিৎপা চন্নবা থাঙ্গোলনা লেলথৎতুনা অঙাং ময়ামগা লোয়ননা কেকু লোৎপী শান্নরম্মী। ইমুং অদুগী অহলশিং হনজিন্নরকপদা, মহাক্না থৌৱায় য়াওনা শান্নরমলিবা অদু উবদা, ইমুং চংদনা মপান্দা মতম কুইনা লেপ্তুনা কুমৈ ওইনা য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মতৌ অদু অশুক্কী মতিক চমখ্রে মদুদি অঙাং ময়াম অদুগা নুংশিনা হ্রাও তয়ান্না নুঙাইনা শান্নরিবদু উবদা, য়েংলিবা ইমুং অদুগী মীওইশিং অদুনা মমিৎতগী মপি তাখি। লৌমী ইমুং অদুনা ইরাবতনা লেনথৎলম্বা ফকলাং অদু মতম কুইনা নিংশিং খুদম ওইনা নুংশি হায়দুনা মেন্সিদনা থমখি।

ইরাবতপু ফানবগীদমক্তা নোংমদি নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদা কৈব্বী মাইকৈদা লৈরিঙৈ থাংজম তোম্বগী ময়ুমদা পুলিশ ফোর্স অমা লাকখি। পাও অদু ফংবগা তোম্বাদগী লৌখাও ফুরিৎ, খুদৈ, লৌমীগী ফীজোন লৌদুনা শেৎচিল্লগা য়েমপাক অমা মকোক্তা তুপশিল্লগা, লৌরি য়ান্নবা থাংজৌ অমা লেংবান্দা থোংলগা, মহাক্কী মশাগী খুবোম খুরৈনচিংবা লৈখোম তৈশিল্লগা ইচম চম্বা লৌমী অমা লৌরাংশুবা লৌবুক্তা কুম্বগুম পুলিশকী মমাংদা লাম্থোকলগা মশা নাম্থোকখি। কৈব্বী মনিংগী চীংদুম মচা অমা লৈবা অদুগী মথক্তা উপাম্বী শৈজাক পাম্বী মচা অমা হৌই, ইরাবতনা উপাম্বী অদুগী মথক্তা কাখৎলগা পুলিশনা খুল অদুদা চৎলগা মহাকপু থিরিবদুগী মতৌ য়েংদুনা লৈথোকখি। কৈব্বী মাইকৈগী প্রজাশিংনা, মহাক্না তোংলম্বা উ অদুবু নুংশিনা, নিংশিং খুদম অমা ওইনা মাঙখি তাখিদনবা, য়ানথৎতনা চেকশিন্না থমলম্মী।

## ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগা পোলিষি খেন্নরকপা

ইরাবত ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগা, পোলিষি চাওনা খেৎনরম্মী। মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী ডি, ও, সি শ্রী লৈমজম বোকুল সিংহনা সেক্রেটরী ওইরম্বদগী, শ্রী থোকচোম বড় সিংহনা অন্দর গ্রাউন্ড মতমদা ফম্বা ডি, ও, সি মিটিং তাং ২৯/১০/৪৮ ইং দগী সেক্রেটরী ওইরে। শ্রী বোকুল সিংহনা এসেমব্লীগী ডিপুটি স্পীকর ওইখিবদগী পার্টি সেক্রেটরীগী থবক পুবা খুদোং চাদবা লৈবদগী হোং দোকপনি। অন্দরগ্রাউন্ড মতম অদুদা, কমিউষ্টি পার্টি আসাম প্রদেশিক কমিটিদগী শ্রীবাসনা সিংহবু ওর্গেনাইজব ওইনা থারকখিরম্মী। মতম অদুগী পার্টি পোলিষিগী মতাংদা, ইরাবতকী চৎলিবা লম্বী অদু লাল্লি হায়না আসাম কমিটিদগী অকন্বা কৃটিশিজম পিরকখি। ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টি পোলিষিদা, মণিপুর অসি ভারত্তা মার্জ তৌশিন্নবা ভারত সরকারনা লৌরকখিবা ফীরেপপু য়ানিংবা উৎলম্মী। শন্না হায়রবদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা ভারত সরকারদা মণিপুরবু লৌশিনবিরো হায়না অকন্বা আন্দোলন চংশিল্লিবা অদুগী মায়োক্তা, ইরাবতপু ব্না অমত্তা ঙাংউদবা, অয়েৎপশু পিরুদবা পামখি। মতাং অসিদা ইরাবতকা, ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগা মোৎ চাওনা খেন্নরম্বগী মওং উখি।

খেন্নবগী ব্নাফমদি, মহাক্কী রাজনিতিগী অচেৎপা ফীরেপ্তী বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা অব্নাং নোংপোক ভারত্তা পুর্বানচল **নোর্থ ইষ্টর্ন ফ্রোন্টিয়ার প্রোভিন্স** শেম্বগী চংশিল্লমলিবা থৌরাং অদুদা; ভারত সরকারনা বৃটিশকী প্লান অদুগী মতুং ইন্না পুর্বানচল প্রদেশ শেমবগী চংশিল্লকলিবা লম্বী অদুগী মায়োক্তা, ইরাবত্তী অকনবা ব্নারেপ লৌদুনা লাম্থেংনখি। অনিশুবদা, মহাক্কী রাজনিতিগী ফীরেপ্তী ভারত পুন্নমক্কী যুক্ত রাষ্ট্র অমগী অকন্বা দাবী তৌরী। যুক্ত রাষ্ট্র অদুগী মনুংদা, ব্নাৎত-পাদবা নুঙাইবনা থনবা, মনিং তম্না পানবা মণিপুর সনা লৈবাক শেম্বনি। কাছাড়গী নোংপোক থংবা মণিপুরীনা নম্না তাবা লম কবো ভেলী ঐখোয়গী লমফাওবা মণিপুরদা য়াওহনবা অচেৎপা ফীরেপ লৌদুনা চংশিল্লিবা মহাক্কি রাজনিতিগী লম্বীনি। মাদুগী ওন্না তৈনবদা, মণিপুরবু ভারত সরকারনা লৌশিন্নবগী চংশিল্লকলিবা খোংথাংদা ইরাবতকী চীন মেনবদি ওইথোক্তবা ব্নাফমনি।

অহুমশুবদা, ভারতকী গনতান্ত্রিক বিপ্লবকী লম্বীদশু চাওনা খেন্নে। শিন্মি, লৌমী, সহরগী ময়াই ওইবা লাইর-অনংবা কাংলুপশিংগী লুচিংদা চংশিন্বা অসি মণিপুরগুম্বা লমদদি শুকচান-চান্নদে। মণিপুর অসি ফীউদেল ইকোনোমীনি, লৌমীনা ১০০গী মনুংদা ৯০ নি। শিন্মি মশক উদ্রিবা লমনি। ভারতকী অতৈ লমগা, খেন্নবা য়াম্না লৈ। মফম মতম চানা মার্কসিজম পানদুনা কমিউনিষ্ট পার্টি শাগৎক্কদবনি, হায়বসি ইরাবতকী ব্নাখল্লোননি।

মণিপুর অসি নিংখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাকনি। রাজনিতিদা, হিরম খুদিংমক্তা মণিপুর অসি ভারত্তগী পুমতোপ তোপ্পা লৈবাক অমনি। ভারতগুন্না ইন্দষ্ট্রি লৈবা লৈবাক নত্তে। কৃষি বিপ্লবনা লৈবাক অসিগী চানবা লম্বী ওইগনি হায়বসি ইরাবতকী অচেৎপা ফীরেপনি। ভারতকা মণিপুরগা খেন্নরিবসি, ইন্দষ্ট্রিগী শিন্মী অপুম্বা ময়ুম মকে মশাগী হায়বা লৈজদবা, কম্পানিনা পীবা য়ুমদা লৈরগা থবক শুবা। কম্পানি অদুগী থবক শুরিবা মখৈ ময়ুম লৈ। কম্পনিনা তাম্বোরকপা নুমিৎতা ময়ুম মকে লৈত্রে, পম্বুংফম খংদনা হৌগৎলগা চৎখিবা। লৌমীগী ফীভমগু জমিদারগী মরমদা, ময়ুম শারগা লৈবা, জমিদারনা তাম্বোরকপদা, পম্বুংফম খং দনা চৎখিবা মাদুগী শক্তম অদু মণিপুরদি নত্তে। মণিপুরগী লৌমী লায়রবা অমনা মরৌ লৈজদ্রগশু, মশাগী ময়ুম, ইংখোলদি শোইদনা মতিক চানা লৈবা ঙাক্তনি। লৈতবা অমত্তা য়াওদে হায়বসি আসাম পার্টিনা খংদে, মরম খিবীক অসিনা ভারতবর্ষগা মণিপুরগী শক্তমগা শাথিনা খেন্নে।

ইরাবতকী মথক্তা পার্টি মনুংগী রাজনিতিগী খেন্নবগী অকম্বা প্রেসর (নমশিল্লকপা) অমা পিরমখি। মতম শাংনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মনুংদা অকনবা ষ্ট্রগল (মুক্নবা) তৌখি। মতুংদা ইরাবতপু মহাক্কী পোলিষি (লম্বী) অদু লালহনখি। ইরাবতপু মহাক্কী পোলিষি অদু লাল্লে হায়য়ু হায়দুনা নমশিল্লকখি। হেনফদনা মহাক্কী মরাল নমদুনা য়াবা তাখি। মহাক্না পীরম্বা সেলফ কৃটিসিজম (অরানবগী ষ্টেটমেন) দি, যুগোশ্লোভিয়াগী মার্শেল টিটোগী পোলিষি ইল্লুরে। মদুদি টিটোনা কুমিনকোমগী পোলিষিগী মায়োক্তা, যুগোশ্লোভিয়াগী লম্বী তোঙন্না লৌরিবা পোলিষিবু থাজরুই হায়না পীরম্মী। অদুম ওইনমক ইরাবত সেলফকৃটিসিজম পীরবসু হেনফদবগী পীখিবনি হায়বসি মতম পুন্নমক্তা মহাক্কী পেনদবা ওইখি। শোক ১৯৪৯-৫০ ইংদা, ভারতকী কমিউনিষ্ট পার্টিগী মনুংদা রনদিবেগী লম্বী লাল্লে, ভারত্তী কৃষি বিপ্লবনা চাননি হায়না সি, রাজেশ্বর রাওগী থেশিস অমা ইরাবতকী লম্বীগা করিমত্তা খেন্নদনা পুথোরকখি।

রাওগী থেশিসকী মতুংইন্না হায়দ্রবাদকী টেলেঙ্গনা, ৱেষ্ট বেঙ্গোল, ত্রিপুরা, আসামনচিংবগী লৌমী মরক্তা খুৎলাই পায়দুনা কৃষি বিপ্লবকী লম্বী চংশিল্লকখি। মতম অদুদা মণিপুরদসু লৌমী মরক্তা ইরাবতকী লমজিংদা চংশিল্লমখি। মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেক্রেটরী শ্রী নিংথৌজম বিনোয়সিংহনা ওইরে। শ্রী থোকচোম বড়সিংহনা রেডগার্ডকী কামান্ডর খনখি। পার্টিনা রেডগার্ডকী মিলিটরী কাউন্সিল অমা শেমদুনা মিলিটরী ত্রেনিং পীবা হৌখি।

## পুলিশ রিপ্রেসন

নাপেৎপল্লিদা ফমখিবা কমিউনিষ্ট পার্টি ডি,ও,সি, মিটিংদগী শ্রী নিংথৌজম বিনয় সিংহনা সেক্রেটরী ওইবদগীদি, মণিপুর সরকারনা মণিপুর প্রজা মরুওইনা লৌমী মীয়ামগী মথক্তা পুলিশকী অকনবা রিপ্রেসন (ওৎনৈবা) অমা চৎথনবা মণিপুর সরকারনা অরাঙবা থাক্তা খন্নখিরম্মী। মণিপুরগী এসেম্ব্লী মুৎথৎতুনা ভারত সরকারনা লৌশিনখিবা অসি ইং শোক ১৯৪৯ ওক্তোবর ১৫ নি। ভারত সরকারনা মণিপুর লৌশিনখিবদগী পার্ট সি ষ্টেট ওইনা থমখি। মণিপুরগী শাসন মওংদি চীফ কমিশনার, চীফ সেক্রেটরী, ডিপুটি কমিশনার অহুম অসিনা লৈবাক ঙাকলি। মতম অদুগী সরকারগী তমথিনা য়েক্লবসি ইরাবতনি হায়বদা লালোই। মতম অমদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা, ইরাবতপু শিলেৎ জেলদগী থাদোরকলবা ফাওবদা, মমা লৈবাক মণিপুর চহি অহুম চুপ্পা চঙবা য়াদে হায়দুনা অকনবা চৈরাক পীদুনা লমহাংদা লেলহনখি হায়বদা লান্দ্রবা ৱাফমনি। ইরাবত করি মরানগী মমা লৈবাক চঙহদ্রিবনো? মহাক্কী মরাল হায়ববু, মীখা পোনবা তোল্লবা মরৈবাক মজাতি নুংশিজবনি। বৃটিশ তম্বোকখিদুনা নিঙখা তম্বা ভারতবর্ষগী মনুঙচনবা পার্ট সি ষ্টেট ওইনা লৈরিবা মণিপুর সরকারনা ৱারেন্ট থমজিন্দুনা ইরাবতপু ফানবা করিগীদমক্তা কোয়থী থিরিবনো হায়বা ৱাহং অসি থমনিংই।

ইরাবতবু ফানবা মতম অদুগী সরকারগী অরাংবা থাক্তা কুপ্পা খন্নখিরম্মী। মহাক য়াম্না লায়না ফাবা ঙম্বা মীশক্তী ওইদে হায়বসি মতম অদুগী সরকার অদুনা মুন্না খঙই। মতম অদুগী সরকারগী মকোক থোংবশিং পুম্নমক নন মণিপুরীনি। চীফ কমিশনার শ্রী হিমৎসিং, চীফ সেক্রেটরী শ্রী পি, সি, দেব, ডিপুটি কমিশনার শ্রী এম, এন, ফুকন অমসুং পুলিশ এস, পি, শ্রী পালিৎনি। মখোয় মরি অসিগী চুঙশিন্নবা কোক্তগী থোরকপা ৱাখলদা, পুলিশ ফোর্সকী অকনবা রিপ্রেসন অমা তৌব চুম্মী হায়না ফিরেপ লৌরমখিদবা নত্তে। রিপ্রেসন অসি চৎথবা তারবদি, ইরাবত মহাক্কা মরি লৈনবা দল খুদিংমক মিংচৎ থীহন্নবা লম্বী য়াৎপা হায়বসিনা মরুওইনা খন্নখিরম্মী হায়না লৌবা তায়। পুলিশকী অওৎ-অনৈ হায়বসি ইরাং লৈতবা মফমদা তৌবা য়াদে। ইরাং লৈহন্নবগী খুজিল থৌরাংগী মনুঙদা মীহাৎপা, লুট তৌবা, হুরান-চিষ্টিদা মশক নাইবা গুন্দা ক্রিমিনেলশিংবু সরকারগী খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা হায়বসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদকী লৌ-নি। লৌ অসি শিজিন্নবদা এস, পি, পালিৎ অথোয়বা পুলিশ ওফিসারনি হায়বদা লালোই। বৃটিশকী মতমদগী চৎথরকপা লৈঙাক লোনচৎ, জেলদগী ক্রিমিনেল ফাদোক থাদোক্নুনা সরকারগী অপাম্বা মওংদা শিজিন্নদুনা, সরকারগী মায়োক্তা হৌরকখিবা ইহৌ নমথবা হায়বসি মহৌশা ওইরকখি।

মণিপুর লৌমী প্রজাগী ইহৌ নমথবগী লম্বীদা মশক নাইবা ক্রিমিনেল কেশতা মীয়াদ তাবা ফাদোক মতম অদুগী সরকারগী অৱাঙবা থাক্তা খন্নদুনা লৌতুনরগা অরোনবা পাওতাক কয়া পীদুনা থাদোকখিরম্মী। মরুওইনা ফত্তবদা অখন্ননা মিংচৎ লৈরবা ফাদোক অনি ইম্ফাল জেলদগী থাদোকখিরম্মী। মখোয় অনি অসি মবুঙোশিংগী পাওতাক মতুংইন্না, কমিউনিষ্টকী অকনবা লম কৈবী তরেৎ খুনদা লাক্কুনা ফাদোক মীচেননি, ঐখোয় অনিগী থৱায় কনবীয়ু হায়না চংজফম লৌরমখি। মখোয় অনি অসিনা মখোয়গী মীচং খোংদুনা লুট পার্টি অমা শেমদুনা লুট পাৎ, হুরান চিষ্থিগী থবক কন্না চংথরমখি। মখোয় মশানা ঐখোয় কৃষক সভা নত্রগা কমিউনিষ্ট পার্টিগী ভোলুন্টিয়ারনি চংথরিবা থবক অসি ইরাবতকী হুকুমনি হায়না মখোয়না থবক পাঙথোকলুবা মফম খুদিংদা শিনথুংনা শন্দোকখিরম্মী। কাউন্টরশিংগী থবক থৌওং অদুনা ইরাবতপু পুলিশনা ক্রিমিনেল ওইনা রেকোর্ড তৌহনখিরম্মী। মতম অদুগী সরকার অদুনা শেম্বা কাউন্টর অদুগী এক্সন্না, ইরাবতপু ক্রিমিনেল ওইনা প্রজা মীয়ামদা উহন্নবা অমদি মহাক্কা মরি লৈনবা দল খুদিংমক্কী মায়োক্তা মণিপুরগী অমসুং মপানগী পাউচেশিংদা অকনবা প্রচার তৌখিরম্মী।

ইরাবতকী লমজিংদা কৃষি বিপ্লবকী লম্বীদা চংশিল্লকলে। সরকারগী অকন্বা লৌমী প্রজাগী মথক্তা দমননিতি (রিপ্রসন) চংথরকলে। নুপী অঙাং খাক্তনা পুলিশনা ফা-পুনবা তৌরে। জেলদা মী ১০০/১০০ না খুজিং ওইদুনা বিচার তৌদনা থমজিল্লে। পুলিশ সিফাইশিংনা ইহিং নাহিং শানা ফুরে, খোংউপ বুটনা নেৎথেকলে। নুপী নহাদা নত্তবা লিচৎ-শাজৎ চৎতুনা ওৎনৈরে। লৌমী প্রজাগী হৌরকলিবা ইহৌ অদু নমথনবা অকম্বা চৈফু ফুদরক্লে। নহারোল লুচিংবাশিংগী মনুংদা সর্ববশ্রী থোকচোম বড়সিংহ, ঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র সিংহ, থোকচোম বীরসিংহ, নিংথৌজম বিনোয় সিংহ সেক্রেটরী, মোইরাংথেম ইবোহল সিংহ, লোংজম জ্ঞানেন্দ্র সিংহ, নিংথৌংজম অজিংকুমার সিংহ অমসুং অইবা ইশা য়াওনা নহারোলশিং মথং মথং ফারগা জেলদা থমলে।

মণিপুর সরকারনা ইরাবতপু ফানবা অকম্বা থিবা হুম্বগী থবক চংথরি। মতম অদুগী সরকারগী ৱাখলদা ইরাবত তগা ফারবদি কমিউনিষ্টকী ইহৌ অসি মুৎথৎপা ঙমলগনি হায়না থাজখি। মহাকপু ফাবা ঙম্বা মীদা লুপা লিশিং তরাগী মনা পীগনি হায়না হন্না হন্না লাওথোক্কুনা চংশিলমখি। মণিপুরগী পাওচেদা ফোঙবতা নত্তনা কলিকাতাদা ফোঙবা নেসন্যাল পেপরশিং ষ্টেষ্টসম্যান নচিংবদা ফাওবা ফোঙদুনা ফানবা লাক্লখি।

## ব্রহ্মাদা ইরাবত

শ্রী বিনোয় সিংহ, সেক্রেটরী কমিউনিষ্ট পার্টি মহাক ফাগ্লবা মতুংদা শ্রী লমাবম ইবোতোম্বী সিংহনা মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টি ডি,ও,সি, গী সেক্রেটরী ওইরে। মহাক্না মরিশুবা সেক্রেটরীনি। ইরাবত শ্রী ইবোতোম্বী সিংহগী মতমদা ব্রহ্মাগীদমক্তা শোক ১৯৫০ ইং মে থাগী অহান্বা চয়োলদা, মণিপুর থাদোকখি। মহাক্না ব্রহ্মা চৎপগী মরুওইবা রাফমদি, মণিপুরদা গনতান্ত্রিক বিপ্লবকীদমক্তা ব্রহ্মা কমিউনিষ্ট পার্টিদগী লৌবা য়াবা মতেং লৌনবা চৎপনি।

ইরাবত মণিপুরগা তাইনবা মোলাইক দিষ্ট্রিক ফাওদুনা চৎলি। মতম অদুগী ব্রহ্মাগী খুৎলাই পায়দুনা ব্রহ্মা সরকারগী মথক্তা লালহৌরিবা পীপলস কমরেড পার্টি (পি,সি,পি) অরাং ব্রহ্মাগী ব্যুরো লুচিংবশিংগা অহান্বমক্তদা উনবা ফংখি। মতম অদুদা মোলাইক ডিষ্ট্রিক অসিগী অয়াম্বা শরুক টামু ফাওবা পি,সি,পি না কন্ট্রোল তৌরম্মী।

ইরাবতনা ব্রহ্মাদা থুংলুবা মতমদা, অকন্বা সিভিল রার চৎথরম্মী। মতমদুদা ব্রম্মাগী উনু সরকারগী মথক্তা খুলাই পায়দুনা লালহৌ চংশিললম্বা পার্টিশিংদি, থাকিন থানতুন্না লুচিংবা **কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ ব্রহ্মা হবাইট ফ্রেগ (সি,পি,বি), ব্রহ্মা কমিউনিষ্ট পার্টি (বি,সি,পি)**, থাকিনসোনা লুচিংবা, রেড ফ্রেগ কমিউনিষ্ট হায়রগা খংনবা, **পিপলস কমরেড পার্টি (পি,সি,পি)** অহুম অসিনি। অহুম অসিগী মথক্তা করেন, সান, মোন, অরাকানিজ নচিংবা অতৈ খুৎলাই পায়বা কাংলুপ কয়াশু লৈরম্মী। পুন্নমক অসি উনু সরকারগা থেংনবগা লোইননা, মখোই মশেলশু হেক উনবা মফমদা কাপ্নরম্মী। অসিগুম্বা শাথিরবা তানজা 'সিদনি ইরাবতনা ব্রহ্মাদা থুংলুবসি। তৌরমলিবা অদু উরুবদা অহান্বমক্তদা নিংবা খর কায়রুই। ইরাবতনা পি,সি,পি ব্যুরো নং ১ দা থুংলুবগা লুচিংবশিংদগী ব্রহ্মাগী চৎথরিবা খুৎলাই পায়দুনা থেংনরিবা লালহৌ অদুগী শক্তম ময়েক শেংনা খঙবা ঙমখি। মহাক্না পি,সি,পি গী লুচিংবা শিংদা খুৎলাই পায়বা শক্তিশিংগী মরক্তা ইউনাইটেড ফ্রন্টকী দরকার অমসুং য়েক্লবা উনু সরকারবু পুন্না থেংনমিন্নবগী দরকার অদু কুপ্না খন্নদুনা লুচিংবা শিংবু জ্ঞান তাহন্বা ঙমখি। ইরাবতনা পীরম্বা মমল য়ামলম্বা অপুন্বা ইউনাইটেড ফ্রন্টকী রাফম অদু পি,সি,পি না হরাওনা লৌখি। অতৈ খুৎলাই পায়বা পার্টিশিংগা অপুন্বা ফ্রন্টকী রারি শান্ননবা খোঙথাং থিনথদনা চংশিনখি।

পি,সি,পি গী লুচিংবা শিংগা উনদুনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা ইরাবতনা মহাক্কী অপাম্বসু ময়েক শেংনা থমখি। ব্রহ্মাগা মণিপুরগা তাইনবা পি,সি,পি মখুত্তা লৈরিবা কবো ভেলীগী লমদা মণিপুর কমিউনিষ্ট পার্টিগী বেজ অমা পিনবা অমসুং দরকার লৈবা মতেংশিং ফংহনবগী রাফম থাংজিনবদা, হায়রিবা রাফম অদু হরাওনা য়ারকখি।

ইরাবতপু পি,সি,পি গী এরিয়াশিংদা পুদুনা য়েংহললবা মতুংদা, সি,পি,বি গী এরিয়া তান্না থিনখি। সি,পি,বি গী এরিয়া য়ৌরবা মতুংদা, ইরাবতনা পার্টি অনিগী লুচিংবাশিংগা উন্নদুনা, পি,সি,পি গা শান্নরকপা ৱারোল অদুগা, মণিপুরদা চৎথরিবা খুৎলাই পায়বগী খোংজং অমসুং নাকল অনিনা পীবা য়াবা মতেংনচিংবগী মতাংদা কুপ্না খন্ন নৈনখি। সি,পি,বি গী লিবরেটেদ এরিয়াশিং নুমিৎ কয়ানি কোইরুরবা মতুংদা অমুক হন্নরক্লুনা পি, সি, পি, গী অৱাং ব্রহ্মাগী ব্যুরো নং ১ গী হেডক্বাটরদা মে থা মনুংদা অমুক থুংলখি।

মতৌ অশুম্না ব্রহ্মাগী পার্টি অহুম মথং মথং উন্নদুনা ৱারি শান্নবা হৌরকখি। ইরাবতনা পীবা লমজিংগী মতুংইন্না পার্টি অহুম পুন্না ফম্মিন্দুনা ট্রাই পার্টি কনফরেন্স অমা মাইপাক্না পাংথোকখি। পার্টি অহুমগী ইউনাইটেড ফ্রন্ট অমা শেমদুনা, অপুন্বা কমান্ড অমগী লমজিংদা ব্রহ্মা সরকারগা লাম্থেংনখি।

পি,সি,পি না খুদুম চন্দুনা মখোইগী কন্ট্রোলদা লৈবা কবো ভেলীগী শরুক অঙ্গো চীংনা কোনবা লমগী শরুক ফাওবা য়াওনা মণিপুরগী ওইনা ইরাবত্তা দলিল ইদুনা পীরম্মী। ব্রহ্মাগী মাঈকৈদগী পি,সি,পি না দলিলদা সহি তৌরগা, সি,পি,বি অমসুং বি,সি,পি পার্টি অনিনা দলিল অদুদা সহি তৌদুনা চেৎশিনখি। ইরাবত মহাক্কী কন্ট্রোল মনুংদা লৈবা লম অদুদা, মণিপুরগী রেড গার্ড আর্ম্মি শাগৎতুনা মহাক্কী অনিংবা লম্বী পাংথোক্লবা চংশিললম্মী।

য়েংগদবাঃ ইরাবতনা পীরম্বা লমজিং অপুন্বা ফ্রন্টকী ৱাফম খুৎলাই পায়বা পার্টিশিংগী অপুন্বা অমত্তা ওইনা চংশিন্নবগী ৱারি শান্নবগী ৱাফমসি পি,সি,পি গী ব্যুরো নং ১ গী সার্কুলর নং ৫৮/এ-৩/৫১ ইউবি২০/৬/৫১দা ময়েক শেংনা পার্টিগী ইউনিৎ খুদিং শিনবা থুংনা সার্কুলর তৌদুনা খন্ন নৈনহনখি। মসিমক্লা খুলাই পায়বা লালহৌ তৌরিবা পার্টিশিংগী মরক্তা অপুন্বা লিপুন পুরক্লবগী অচৌবা লম্বী ওইখি।

অসিগুম্বা অপুন্বা পুরক্লবগী পার্টি অহুমগা অপুন্বা কনফরেন্স অসি মোংয়া ডিষ্ট্রিক্তা ইরাবতনা লৈখিদ্রবা মতুং শোক ১৯৫২ ইংগী জুন থাদগী সেপ্তেম্বর থা ফাওবা ফমদুনা থবক ওইনা পাংথোকখি অমসুং অপুন্বা লিপুন অমত্তা ওইনা পুরকপা ঙমখি। মরম অসিনা ইরাবতপু ব্রহ্মাগী রাজনিতিগা লমজিং লমতাকপীরম্বা অচৌবা লুচিংবনি হায়না লৌখি।

ইরাবত মতম শাংনা পোথাবা লৈতনা রাজনিতিগী অকন্বা থবক লোমদুনা লাকপা চহি মত্তাংসু অহল ওইশিললকপা, লৈরিবা লমদম অদুসু ইশিং নুংশিৎ ফত্তবা, মখল মখাগী লাইনা চেনবা লমদমনি। মহাক্কী হেড ক্বাটর তাংবো কৌবা

খুল অমদা ওইদুনা লৈরিঙৈ টাইফদনা য়াম্না কন্না নারকখি। লম অদুদা মতিক চাবা অফবা ডাক্তার ফংদবা, হিদাক লাংথক মতিক চানা ফংদবা মফম অমনি। ইরাবত নারে তাবদা মহাকপু কন্নবগীদমক্তা ব্রহ্মা পার্টিগী লুচিংবশিংনা রেঙ্গুন অমদি মন্দলেনচিংবদা মী থাদুনা হিদাক লৈহল্লুদুনা হোৎনবা য়াবা হোৎনখি। তৌইগুমসুং মহাক্কী মতম লোইশিল্লকপা হায়গদ্রা মহাকপু কনবা ঙমখিদে। মহাকপু লাইকন্নখিবা মফম অসি অঙ্গো চীংগী নাপোমদা লৈবা তাংবো খুনগী লায়রবা লৌমী অমগী য়ুমদনি।

শোক ১৯৫১ ইং সেপ্তেম্বর ২৬ তা ইরাবত তাইবঙ্পান থাদোকখি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অঙাংবা ফীরাল থাঙ্গোল নুংথঙ য়েকপনা কুপলগা লৈশুনা য়োমদুনা লৈতেংলগা, পুং ২৪ চুপ্পা থমখী। অরাপ-অরাপ্পা পার্টি লৈবা মফমশিংদা পাও থাদুনা মীয়াম তিল্লগা মতিক চানা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু কৈরেন কৈজাও শারগা মখল মখাগী লৈশুনা লৈতেংলগা বেন্দ পার্টিগা লোয়ননা অচৌবা মীয়ামগী অৱাবা খোংচৎ শোকসভা শাংনা চৎতুনা নেতাবু ইকাই খুম্নবা উৎখি। কমিউনিষ্ট পার্টিগী রেড গার্ডনা হৌনবী ইকাই খুম্নবা উৎতুনা গার্ড ওফ ওনার সেলুৎ গন কাপ্তুনা মৈতৈ ঐখোয়গী ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না পোৎলোইখি। পোৎলোইখিবগী উৎ ব্রহ্মা পার্টি অহুমগীশু শরুক থুংবীয়ু, মণিপুর নখোইগীতা নেতা নত্তে মহাক্তি ব্রহ্মা ঐখোয়গীসু নেতানি ঐখোইবু লমজিং লমতাক পীরম্বা নেতানি; হায়দুনা পার্টি অহুম্মক্কী নেতাশিংনা উৎলৌখি।

ইরাবত মণিপুরগীতা নত্তনা খা-নোংপোক এশিয়াগী লমদমদা বীপ্লবকী লমজিং পীরম্বা মীশকনি। কবি হেমাঙ্গ বিশ্বাযনা সিমান্ত প্রহরী মীংথোন পী, নোংপোক বঙ্গ, সুর্মা ভেলী কাছাড় কৃষক সভানা জননেতা মীংথোন পী, মণিপুর কৃষক সভানা প্রেসিডেন্ট মীংথোন পী, পন্ডিত রাজ অতোম্বাপু দেব শর্ম্মানা রাষ্ট্রসেবক মীংথোন পী, অশুন্না মীংথোন কয়ানা লৈতেংলবা ইরাবতনি।

ইরাবত নহাক্না রাষ্ট্রপীতা মহাত্মা গান্ধীগী লাইনিং লম্বীবু চেৎনা থাগোনজরমলবদি, নহাকসু মহাত্মা গান্ধীগী লম্বী ইনজরমদুনা মণিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা কোনুংদা লৈবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরদা ভগবান থিজরমলবদি, গোবিন্দজীগী শরিক মখোন তাবা ফুরা দলান মরক্তা নপুন্সি লোমজরমগদবনি। পৃথিবীগী ইনাক খুনবাশিংগী মনুংদা শিংথানরিবা বীরলাগী মন্দিরদা শকশোন্দুনা ভগবান থিবনা বিরলা ভবনদা মহত্মাগী পুন্সি লোমখি।

ইরাবত নহাক্তি লোকমান্য তিলককী লম্বীবু চেৎনা থাগোনজরকপনা, ফি শেৎনিঙাই লৈতবা, তোল্লবা মীখাপোল্লবা, চানিংঙাই লৈতবা, য়ুম নোংয়ুবা লৌমীগী ইমুংদা নপুন্সি লোমখি।

বন্দা, জঙ্গলদা, মন্দিরদা, মসজিৎতা ভগবানবু থিবতনা থিবা চিংবা নত্তে। ইবুংঙো নহাকপু থিগদবা মফমদি, ফি শেৎনিঙাই লৈতবা তোল্লবা, মিখা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি, মখোইগী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বসি লোকমান্য তিলক্কী জীবন চরিৎ, ইরাবত নহাক্কী কলমনা নখুৎ মক্লা ইজরম্বা লম্বীদা, নহাক্তি ভগবান থিবা নপুন্সিগী ওইনা খোংশানখ্রিবদো, নহাক্লা মতম পুন্নমক্তা ৱাহৈ খুদিংদা ৱাৎতা পাদবা নুঙাইবনা থনবা মনিংতম্না পানবা মণিপুর সনা লৈবাক শেমগদবনি হায়রম্বদো; নহাক্লা পাংথোক্কে নিংজরম্বা থবকশিং পম্লুং ফম য়ৌদনা হুন্দোকলম্লগা নিঙাইদনা খোংশানখ্রিবদো কনাদা শিন্নরম্বগে?

**ইরাবতপু চহি অহুম জেলগী মীয়াদ পীবগী মণিপুর ষ্টেট দরবারগী রায়।**

## IN THE COURT OF MANIPUR STATE DURBUR

CRIMINAL CASE NO 4 1940

MANIPUR STATE, COMPLAINANT

VS

*Hijam Irabat Singh, s/o Late Ibongohal Singh of Janmastan, Imphal, Accused*

### JUDGEMENT

The prosecution story is that the accused delivered a lecture in the police Bazar on the 7th Jan. 1940.

During the course of which he made remarks of a seditious nature P.W. No. 2 & P.W. 3 were present at the meeting and made notes recording the portion of speech which, in their opinion, were seditious.

One of the passages recorded and reported by P.W.2 is as follows:

"Remember the Telegraph office,incident. We begged for rice and in return received bayonet wounds and wound from gun-butts. For one handful of rice we paid two handfuls of blood. Had we not paid blood, we should not have succeeded in closing the export of rice. The export of rice has been stoped and the Mills closed at the cost of the blood of a Brahmani woman-folk have shed their blood for the sake of food and the men-folk should no longer remain silent through fear of arrest and going to Jail. Be determined, it is no right to be afraid of jail walls. See what was the condition of Japan and Russia. Rise up and be united. The women's work is finished and now has come the time for the men, let us take revenge for the split blood of the Brahmani". P.W. 3 Laishram Yaimabi Singh officiating Subedar S.M.P recorded and reported portion of the speech.

According to his evidence the accused asked the people to remember the Telegraph office incident. "We begged for rice and received bayonet points and rifles butts. One handful of rice has been purchased at the price of two handfuls of blood. Rice export would not have been closed without the spilling of blood. We should take revenge and remedy the wrong" - are portions of the speech recorded by P.W. 3 in his note book.

P.W. 4 A.S.I. Karam Yaiskul Singh was deputed by the I.P. to listen to the speech of the accused. He deposed that during the course of his speech the accused claimed the Telegraph office incident saying that while he (accused) was away from Manipur the people had begged for rice and had received bayonet point and rifles butts, in exchage for one handful of rice they had received two handfuls of blood, had not the blood been split rice export would not have been stopped. According to this witness the accused then said that they should take revenge and remedy the wrong.

Other portion of the speech remembered by this witness are as follows: "At the prie of the blood of a Brahmani,rive export and Mills had been closed". The women-folk have split their blood and it is not right for men to be afraid of jail walls. The witness deposes that the accused then exhorted the men to be determined and united, he asked the people to remember the conditions of Japan and Russia a few yars ago; said the women's work was finished, called on the men to rise up and said that they should like revenge for blood of the Brahamani.

P.W. 5 a bullock cart driver, deposes that he was present at the meeting in the Police Bazar.

His evidence corroborates the evidence of the other P.W.S. but he admits that he remembered portions of the accused speech because he has been continually reminded of them by hearing the conversation of people he has met and passed on road. It is therefore probable that some of his evidence amounts to heresay evidence and no weight

therefore is attached to the deposition of this witness.

The two most important prosecution witnesses are P.W. 2 and 3 who actually made notes of the speech while the accused was speaking. Neither the witness understand short hand writing, they both recorded notes in Manipuri script and it is therefore understandable that their report ahould differ slightly. They were not able to record the whole speech but only noted down those portion which were in their opinion objectionable.

The accused remarks in connection with the Telegraph office as reported by those two witnesses carries the sense the the wording does not differ materially. The sense conveyed is that the women begged for the rice but received bayonet points and rifle butts, one handful of rice was purchased at the price of two handfuls of blood, rice export would not have been closed without the spliting of blood and the people should take revenge and remedy the wrong.

The other P.W.S corraborate P.W. 2 & P.W. 3.

The evidence of P.W.'s 2, 3, & 4 on which the prosecution must depend has not been shaken at all in cross examination.

The accused when examined denied that in the course of his speech he spoke in the way alleged by the prosecution, and in his written statement he claimed that the speech had been written down beforehand and read out at the meeting. In two is the written speech which the accused claims to have read . The same claim was made by the representative of the Praja Sanmilani in their petition dated 2.2.40 filed with the record, they claimed that the written speech Ex. 2 was approvd by the whole body of the Sanmilani, before the meeting took place.

The defence witnesses, who are member of the Praja Sanmilani admit that the accused did not read the speech but

only occasionally referred to a paper he held in his hand. The witnesses also admit that certain portions of the accused's speech are not to be found in the written speech Ex 2 the accused's claim that the speech was read as written, cannot, therefore, be accepted. In connection with the Telegraph office DWI admits that the accused said the women begged for food from the authorities and are replied with bayonets in state but does not admit the other remarks alleged by the prosecution other PWS depose that they even hear the accused say that the women begged for food and were replied with bayonets.

The D.W.S. are members of Praja Sanmilani or Mahasabha of which the accused is the President and it is highly unlikely that they would give any evidence which would be likely incriminate their leader.

After considering all the evidence in detail the Durbar find that it is proved beyond all probablity of doubt that the accused, in the course of his speech, made the following remaks i.e. that the women who had begged for the rice and received bayonet points and rifles butts instead that one handful of rice had been purchased at the price of two handfuls of blood and that the people would take revenge and remedy the wrong. It is also well proved that the accused then exhorted the menfolk to rise up not to fear jail and take revenge for the Brahamani.

It is now for the Durbar to decide whether such a speech amounts to a seditious speech within the meaning of S 124 A. In order to decide whether this speech constituted an attempt to excite hatred, contempts of dissatisfaction towards the Government established by law in Manipur State it must be received from the stanpoints of the types of persons to whom it was addressed. The time of delivery of the speech must also be taken into consideration. From the time of the Telegraph Office incident the women of Manipur had continued to remain in very excited state and had persistantly been roaming roung the town in large bodies breaking up

bazars and literally screaming for a bitcher in connection with the alleged beyonet attack at the Telegraph Office.

In the circumstances the Durbar maintained that the accused speech which was a gross misrepresentaion of facts was one which would be highly successful in bringing into hatred into hatred and exciting dissatisfaction towards the State Authority.

The Dubar therefore find the accused guilty of making a seditious speech U/S 124 A.I.P.C. and sentence him to a term of three years S.I. :-

**S/d - Th. Sharpe 21.3.40** **S/d - L.M.I.H. Singh 21.3.40**

**S/d - Bhaskar Singh 21.3.40** **S/d - Maharaj Kumar Priyo Brata Singh**

**S/d - S.N. Singh 21.3.40** **S/d - S. Singh 21.3.40**

## কমরেড ইরাবতকী সেলফ্ ক্রীটিসিজম

(মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি শাগৎলকপা, ডিষ্ট্রিক ওর্গেনাইজিং কমিতিগী থাক্তা লৈরিঙৈ মতমগী ডি, ও, সি, সারকুলার নং ৮, তাং ১০। ১০। ৪৯ ইং সংগঠনগী ওইবা সারকুলার অমদা কমরেড ইরাবতনা ইরগা পীরম্বা মশাগী ক্রীটিসিজম - ডি, ও, সি, সারকুলার নংঃ ৮, তাং ১০। ১০। ৪৯ ইং, ওর্গেনাইজেশন, পেজ নংঃ ৮, অনিশুবা পেবা)

## কমরেড ইরাবতকী সেলফ্ ক্রীটিসিজম

(১০। ১০। ১৯৪৯)

ডি, ও, সি, - গী থবক পাঙথোকপা ঙমহৌদবা, পার্টিনা মাঙদা চংখৎপা ঙমহৌদবা অসিগীদমক মরুওইনা ঐহাক্না দাযনি। ঐ পার্টি অসিনা লায়রবা প্রজা মীয়ামগী মুক্তিগী লম্বেল তাকই অমসুং লুচিংঙি হায়না থাজবদগী হেন্না মনুঙগী অকুপ্পা মবোল খঙলমদে। পার্টি অসিদি পৃথিবী অপুম্বগীনি (ইন্টবনেশনেল) হাযবসি ঐ খঙলমদে। পার্টিগী নীতি অমদি পৃথিবীগী মফম পুন্নমককী চপ মান্নগদবনি হোংফদে হায়বসি ঐ থাজরমদে, অদুনা পি সি-না ফনা ঐঙোন্দা তাক্লুনসু "মণিপুরগী অবস্থাদি মতা অমনি মখোয়না খঙবা পোৎ নত্তে" হায়দুনা ঐনা থোকপা অমা তৌদুনা লাকপনি।

মীয়ামগী মনুঙদা কাঙবু কাঙবু লৈ হায়বসি ঐহাক খঙলমদে, ঐখোয়গী বিপ্লব হায়বসি কাঙবু অমগা থেংনবনি (ক্লাস ৱার) হায়বসি ঐ শুকখঙ খঙলমদে। কনাগুম্বনা হাযরবসু থাজবমদে, লৌমীগী মনুঙদসু লৌমীবু ওৎপা কাঙবু অমা লৈরি হায়বসি ঐ থাজরমদে।

ক্রীটিসিজম হাযবসি কবিনো হায়বসি ঐ খঙলমদে। ক্রীটিসিজম্না চাওখৎপগী খুৎলাযনি হায়বসি চিন্দদি হায় হায়ববু পুক্লিংদা চপ চানা থাজবমদে অদুনা মণিপুবদা হৌদোককদৌবদা য়াম্না কিরম্মী, মণিপুরদদি শুকয়া যাবোই হায়নসু থাজরম্মী। প্রজা মীয়াম হায়বসিগী ৱাখন্দা ঐখোযনা শাগৎকদবনি হায়বসি ঐ খঙলমদে। অদুনা ঐনা পার্টি শারমদবদি ময়াম্নায়ানদ্রি হায়দুনা লৈবম্বনি, ঐখোয়না ময়াম অসি য়াহনগদবনি হায়বা অসি মুম্না ভাব তারমদে।

অদুনা অনৌবা ওল্লকইবা অবস্থা অসিদা ঐগী নীতি অসি শোয়রে মাঙ চংখৎপা য়াদ্রে হাযবসি ইশান। ৭ঙই অদুবু ইথস্তগী ৱাখন্না পুখৎপা য়াগনি হায়না কন্না থাজবদগী কনামতনা ঙাঙবা তাদনা লাকইবনি। অদুনা মশানা তাবা অবস্থা হেক হেক ওল্লকপদা তৌফম খঙদদুনা পুক্লিং লেপ্পা ঙম্নক্তে। ঙকচানবা য়াম্না য়াওখ্রে।

ক্রীটিসিজমগী কান্নবা মশক খণ্ডদবদগী পি সি - না মচা তানা ময়েক লানা, নিংথিনা তাক্লকইবা ক্রীটিসিজম অদুবু ঐনা ঐবু চৈরিবনি হায়না লৌখি - ক্রীটিসিজম নত্তে, মসিদি চার্জনি পি সি - না মণিপুরগী অবস্থা করিসু খঙবা নত্তে, ঐ হৌজিক অঙাং মচাদৌনা পি সি-দগী রাজনিতি তমদুনা লৈবা শংদ্রে অসিনচিংবা পার্টিদা হায়হৈদবা বা কয়ামুকসু হায়খি।

ঐবু লাল্লে হায়রিবা কাঙবু অসি ঐগী থবক্লা ফগৎলকপা কান্দা তুমিন্না লৈজখিনি হায়না থাজরম্মী। ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিদা ফুগৎপা য়ারোই হায়বসি ঐ জ্ঞান শুকতামক তাখিদে। ঐনা চৎলিবা লম্বী অদু লাল্লে, অমাঙবা ওইরগনি হায়না পাওতাক পীখিবা কাঙবুবু ঐবু হল্লিবনি ঐবু বারকইবনি হায়না লৌখি। নীতি কায়না ডিসিপ্লিন কায়না কনষ্টিটিউসন কায়না চৎপা কাঙবুবুসু লৈবাককী ফহননবা তৌবা কাঙবুনি, ঐনা হায়রবদি শোয়দনা জ্ঞান তারক্কনি অমসুং পার্টিগী মনুংদা নাক তারকইবা অসিদা ঐদিময়ায়দা লৈগদবনি (নিউত্রেল) অমসুং ঐগী থবক্লা ফরকপদা শোয়দনা পুল্লগনি হায়বসি কন্না থাজরম্মী। মসিদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। "ঐনা তৌরিবা অসিদি লম্বী য়াম্না লাল্লে, ঐ মাঙবা তারে" হায়না জ্ঞান তারকপা অসি যুগোশ্লাভকী পৃথিবী ফাওরবা নেতা টীটোবু পার্টিদগী তানথোকখিবা অমসুং মদুগী ইতিহাস পারুবদগীনি। ঐনা তৌরিবসিদি চপ চাবা টীটোগী নীতি শান্নরল্লে হায়বসি হৌজিক্তা জ্ঞান তারে। হৌজিক ঐনা পার্টিদা হায়জগদবদি ঐগী ইরন্নাই করিগুম্বা মতলব অমত্তা লৈদুনা তৌরুবা নত্তে ঐনা চুম্না খঙদবদগী তৌখিবনি। ঙসিদি ক্রীটিসিজম হায়বসিনা ঐখোয়গী হিঙনফম্লি হায়বসি ঐ চপ চানা থাজরে, কনাগুম্বা কমরেডশিংনা হৌজিকফাওবা ঐবু চিংনবিবা লৈরম্লবদি ঐ য়াম্না অৱাবা ওইগনি। মার্কসিজম লেননিজমগী মকএবা লম্বী অসি নত্তনা হিঙনফম লৈতে হায়বসি ঐ থৱায় শোক্লা থাজে। ডি, ও, সি, -গী অনৌবা সিদ্ধান্ত অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী অরেপ্পা লম্বীনি হায়না থাজবগা লোয়ননা সিদ্ধান্তশিং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা ঙম্বা শক্তি শিজিন্নগনি।

লাল [illegible]